# রামাংয়ান

চৈরাওথ্রে হাকুম ১ হায়রগে, ইং কুমজা ১৯৯০ মে-থা দা-লীলা ২. ট্রেজিকমেদী হায়ব য়াব, মমিংন—ঃ "সনাথৈ হুথ্রে—লৈবাক্তে" অমসুং "ককথ্রব কোকয়াম, রাবন কয়াগি"। পুন্ন লাইবিক—অমত্তদা ফোঙখি। অহানবহুন রূপমহল-আর্টিষ্টশিংন মাইপাক্ল—৭/৮ লক শান্নখি। অনীশুবহুন—এম—ডি—য়ু হোলদ মেক-অপ-তম্ব-ছাত্র—ছাত্রীশিংন ফন হুংঙাইন শান্নখি ৩/৪ রক্লা—। কোলেজগি লেকচরর—এল গোজেন্দ্র সিংহন-দিরেক্সন তৌবিখি। গ্রীসকি Tetralogy গুম্ব অমা থোক্লব—লাইরিকসিদ য়াওরিব লীলা অনীসি ইজখি, Political play ঙাক্তনি—অমনা Tragic ওইরে হায়ব যাব, অতোপ্প -"নুপী-' অধিকাব" হায়রবসিন Tragic ওইরবসু—নোক্লিং ঈখিল য়াম্ন য়াওব মরম্না—Comedy কৌবসু য়াই। Tragedy Comedy কদায়বু কৌই ? Aristotle, Hegel মখোয়ন লৌনবস্ব অর্থ—, কদায়বু কৌবগে definition শিংজু মতম-মফমগি—ঈখিলন হোংদোকখিব অরানব নত্তে।

"We Change to live, living changes Still-further." হিংনব ঐখোয় হোংই—, হিংবদগি অমুক হেন্ন অহুম হোংদোকই। ঐখোয়ন উরে তারে থেংনরে—Constitution গি কান্নব কান্নদব—, Democracy গি খুৎথেক—খুৎহায়—লীচৎ শাজৎ—। খুৎলায় ফন ফসনু—, খুৎতুন-মফত্রবদি—শূবিব থবক্তু চু তাব—হৌনদে—। চহি ৪০ হেন্ন—সংবিধান যাৎপিব ফুরিৎ গণতন্ত্র লিৎলকই। Socialist democratic republic welfare state—পান্দমফম ওইখি। মফম চাউব-পায়দোব মীহুৎ-শ্রগ অথনব মহৈ হৈব-উচিবু—কৈ ওলহনব ঙমদোবশিংবু ঐখোয়ন থাজনরম্মি—রাবন, মহিরাবন, কংস, জরাসন্ধ—ওল্লকই—, মবুক হোংলকই—। হৌজিক ভারত্তা কনা কনান এনাক থুল্লে-কনা কনান চাক নিহুন—হূরান্দুন—লুট তৌহুন চারে—? মীগ মীগ কয়া থেন্নরে ? কয়া য়াম্ন হুংশিনরে—জাৎ-বিজাৎ। মপা মচা

মচিন্মনাও মীগা মীগা ? করি খোনপাউচখদ তাক্লিব—মীয়াং—মীফু। শাসন—, শাসনচং হিংচা-রাজম নত্তো ?

লাইরিকসিদ মন্ত্রীশাবনু মীন তৌব—শাওব খুৎই—খাওব থেংনবিনি। মহু কমাওব-গুবী—মন্ত্রী—কমচ্চৌবু অহিংব—অরূপ লৈখিত্রবশিংবু করক থেংথীরদৈ লরুব নত্তে—। থীন তৌব নত্তে। গরতন্ত্র পথাপ লাঙ্গোল ওইন লৈকারুখোয়র—লৈয়াক লোম্বদ লমপুংবর. অহেনবদ যুহ্নৌব—, নাপী শিংবী হারবংর রাথহৌব—, ভীল কাংথম—ভীব-মচা—চকথাদ্ধবিব........ অলোই অওাম খ্রাম যাওগমনন ঈশিং রাংপ—, হার-হেনব-রাংপ— মরম কয়ান Government by the people হায়বসি—মাইপাকপ—ভমিত্রা? মী খুদিং ভোট কংহুন বিধান মজাদবু কাখ্রবদি পাড়ী—থৌব অন্দনি License শীব—চুমত্রা—? শাসন খুজী—প্পায়ব হৈরত্রা ?

হোংদোকপ তায়—পাথাপ কত্রবদি—শেমদোকপ তায়—হাপচিনব তায়— মতমগা মকমগ চুমনত্রুব—খুজ্জায়—থোন্ডু প,— চউরদ লিংখিব ফুরিং,— amendment কয়া—পরপ—পরপ তৌব তায় ভূমহুনদ লৈকদে অহিংবদি। পেনদব—কয়া—মতম মতমদ মকম মকমদ অশিং অরাম্বাপি সুংশিংন উকুল-রাইকুল হুমজিনকপগুম ভৌহুন—ভারতনা—য়ানরিব— নংনখিব—হিংচাব ত্নরানব ভীল কাও—জারম, লায়না—কয়া পোকহল্লিবগি মরম শরিনো হায়সন্দ্র লৈবাকি মীংয়েং চিংসিজনীহুন—ইখিবনি—।

শিত্রব, হিংলিব মন্ত্রী কনাদ লক্লগে ইব নত্তে। তুংদ পোকলাকপ য়াব হিংচায়াতব মন্ত্রীশিংদ বাজিব তেম্নি।

ষ্টেট—কলা একাদেমীন লাইরিকসি ফোঙবদ পাংথিখিব মঙ্গেংগি লমন ভোজরি।

ইম্ফাল

তাং ৭। ৫। ৭৩

জি—সি তোংত্রা

# প্রজ্বাই খুদোল : সন্নাও থম্মোই

( অন্না পোলোই লীলা )

মীকোক | চহি
---|---





# প্রজাই খুদোন ঃ
## সন্নাও থম্মোই

মতাং—১/১

খজিল্লব সঙ্গোইমচাবু রিং ওইহন, মন্নুংদ কেপ্পেন - অমসুং মোমোন্নবী হাফপেন্ত শেৎ মোজাফুরিৎ অমদি টি-সার্ত লিৎ বোক্সিং গ্লোভ উপ শান্নরি নুংশি মথিন্ন রাউণ্ড ১। নুপীন চন্ন তানশিল্লি নিপাদু হন্দোকই কিরপ ঙাক্ক ঙক্ক ভূখি। ঙহাক লেপ্পরগা নুপীদ এটেক তৌবদ লেকথরক-নিপান ভূদনব কোন্সিনখি নুপীবু—নোকমিন্নে ফাক-ফাক হরাওন। ঙহাক কে-ন পোথারিঙৈ। মবুং নানৌ শ্রী, মখুংতা হেন্দকপ-, মখোঙদ নান্থোকরকপ য়োৎহ্নিং -কোৎহ্নিং গিয়াও গিয়াও-য়ান্ন লাওতুন লাকই।

নানৌ ঃ কদায় লৈবগে ঐখোয়গী মপাশাব দীনবন্ধু-লায়রবই মরূপ, লৈবাক মীয়াম মহুৎ ওইরম্বা মন্ত্রীমন্দুবো ? মহাক্ক অকব শা মহাত্মা দেশবন্ধু ওইজনীং—হূরান লোঞ্চৎ—, মীয়াম মমীৎত উৎ চায়রগা মীত্রংন খোমখিব লখা ক্রোড় লুপা—, নোটচে—মপুন মপুন, কেকু ! কনা কনা খঙদে—লায়রব— মবুক শেংব-সাধু মাল্লিবদো—পকপ্রা য়েংও—, লীলানে ! হা হা হা — — — ।

হুজিক্তি থাজরম্নু—নমীৎন উবপুন্থ,—ননান তাবসু অতু-ঙাই—মায়াপুরশিদ। থাজগদবদি নবুক্ত চংথিবা-ভুমাই-চজিক—, নিংথমথাগী নিকপা থক থকতু—অশেংবনি অতু।

মোমোন ঃ করিনো-য়াম্বুং হায়হৈদে—, ফরস্থু যন্ত্রবস্থু পাবুংদো মী-তোপ নত্তে —। য়াম্বুংগীস্থ-ঐগীস্থ অপোকপনি।

নানৌ ঃ ইমানীদৈ মপা নত্তে-সর্ব্বনামদো পুন্নমক্কি মপা-ইপা খুণ্ডদে—ইমা খুণ্ডদে, ফত্রবদি ঐদি ফত্তে হায়নি—, চীরোন তৌব-ওমদে—। নও নমা কদায়দ চৎখ্রে? ঐগিস্থ ইমাদো-ভোট য়াম্ন ফংনব পাবুংন য়েম্বে কখিব শোইদন—ওইগনি—। নমাস্থ ফত্তুন মংখবনি ইমাস্থ-ফত্তুন মাংখিবনি—। করিদা ফত্রিবনে—? সঙ্গ ফত্তব—মতাং হৈব পাবুংদ লৈরুব—নুংঙাইগদ্রা থজ তাৎহৈব—নিপা—নমা ইপা—হা হা হা — — — —। থাজগনবী নুপী—ইমা, পাম্নুইদকো! (মখু—লৈতা নোংথক- য়েং কম্মি)

মোমোন (মপি তৈথোক) ঃ হৈ কোন্নুংজাউ, অস্থপ্প। তারিব্রনহে শকুনি।

(শকুনিশাব—লাওরুই ঃ তাকপিরকও-মিশ স্মাইলিং? )

মোমো ঃ পাবুং থিরকও? কৈদৌরি নও নুংশা শেন্নরিব্রও, পাবুং থাদোক?

( কোন্নুং পুজরক্কে নপাবুং মীয়ামহুৎ, Pronoun দু )

নানৌ ঃ খুণ্ডব্রা পাখণ্ডসে কোন্নুংজাউ? নপাবুং মায়োক্তা, মরাল থিগৎলিব য়েরুবশিং মিটিংদ মহাক য়াওই। কুরুক্ষেত্রগি খোংমী অমনি মশক খুণ্ডু—নপাবুং নুংশিরবদি ?

মোমো ঃ য়াম্বুংদি পাবুং নুংশিদ্রাও? করিগিনো পাবুংগি মরাল অরোল অথুপ ফোংদোক লাও-খোং—খুণ্ড তাদবপুম্বদ শন্দোকপিরিবত্রু? মতুন য়াম্বুংগি করি কাম্নে?

নানৌ : ঐবু মীয়ামদ পাবুংন অঙাওবনি হায়না উহল্লি—ফাতুন থম্বিরি, ঐনি স্বর মাংহন্নব ওইরম্বস্তু য়াই। পাবুংগি অপ স্বত্তু থুংনবা অঙাওব মান্নব—চোইত্রং-পত্রং ঙাওশিন্নরিবনি। মাগি মরাল অখঙবখৈ ঐন—লাওথোক্লবদি মরল মাংখ্রব খর ময়াওনি, ঐবু ঙাওরে হায়নবদ পাবুংস্তু মনীং থুংনি।

মোমো—মরল মাংখ্রব মীয়াম হায়বদি?

নানৌ : হা-হা-হা-হা-ঙাওদব নখোয়দি খঙদে : পাবুংশাব—অঙম অথৌ, অচৌ অশাং, মীহুৎ-মিংহুৎ লৈনুংহুৎ শগুন থাং লৈবাক মপু মপাশা মখোয়ন থৈদোকখিব লোৎখিবদনি মনি মুক্তা সনা লুপা—, লৌ হিঙ্গোল—লৈবাক মীয়াম লায়রবনে চানীংঙায় ফাওবা লৈশিল্লক্লিবসে, মমা মপা শারগা য়েপখিব লোৎখিবনে—! ফোং ফোং!

মোমো : মতুন্না লাওরগা পাবুংবু মীন থীন ঙাম্ননি—, মতুদ য়াম্বুংগি কান্নবদি?

নানৌ : প্রহ্লাদ-গা মপা হিরন্য কৌশিপুগ য়েন্নখি, কংশ নিংথৌগ মপা উগ্রশেনগ য়েন্নখি, অদুঙৈ পূরান শাস্ত্রগি বানি—অচুম্বনে মদো—খুদম : পাবুংগ ঐগ য়েংথীনৈ।

য়েন্নব পাবুং—মমাই খুরবদি-জেলদ চংখ্রবদি মীয়াম্ন ফাগৎ পাবুং মাগি য়েন্নব নঙস্তু ঐস্তু—চাউখৎফম থোক্লাও?

মোমোন : হিটলারগি খোংলোই জিউ লখাকোটি কয়াবু মেৎতুন—হাৎখিবশিংবু লান্দুংদ থিগৎ চৈরাক পীখি। কংস রাবণ শামী ওৎ—মরাল লোৎ নীংখা তম্ন শারমচৎতা

মুংঙাই য়াইফরম্ব—লৈবাক মীয়ামগি স্বার্থবুদি খোংবান্দ লংথ উংব্রাইন কুপ্লম্বশিংবু থিগৎ ফাগৎ দত্তি পীভম থোকই লৈবাক্ত—; মচা নিপা মুপী শারিব ঐখোয়নদি তাকথোকপ—থিগৎপ চুম্ব্রাও ?

নানৌ : চুমদদি কৈনো ? নপা নত্তে ইপা নত্তে মহাক্তি, মীয়াম মীৎত উং চায় নঙবুস্সু ঐবুস্সু মচানি মমৈনি হায় লাওরিবনে—। মবুক্লিংদদি ইমানী মমৈ নত্তে—তৌরানে—। মরাল কয়াদ ঈরাক্ত লুপ—শিদনব চরুমকা অনী ইবানীদ মথুং ২ না য়ান্নরিবনে—। য়াগুমসে ইমানী-ইপা নত্তে হিংচাবনে—মতু মচ মুংশিব থঙদব—। লৈবাক্ত নংথরুরকইব—মুংথরকইব নিউক্লিয়ার বোম শানব মখোয়ন লোন্ন তুংখংখিব লনথুম—সনা লুপা থৈদোকখিবনে—। মখোয়দি মুংঙায়রি—লৈবাক্ত নংলবস্তু—অরাৎপগি অরাৎপ ঙাক—চেং—চাক—, থাও—মৈ, ঈশিং বিজুলী—গেশ...জীরো ; মখোয় Pronoun থরদংগি—বোম শানব মপান্দ থেং লাওন পিস্তোল কাপ্লকপ—ম:খাল তায়-লুকথৈ নানৌ কিবন.. নিক—, লাওান চংলকই—টুপী—অমুব উপ দীনবন্ধু—কোন্নুংজাউনা— মতুংদ গদা ১ পায়-ইন্নরি—।

দীনবন্ধু (য়ুনম) : কদায়দনে। লাংখোং—লৈবাক লাহেলা, মপি তানীং টিয়ারগেস কৌই হায়ববো— ? (মচাদ শংত্রিক য়েং-) নংলা—অতিয়াদ থাকখোং বজু তাগে—তৌই হায়বদে—? নঙবু—চৈ—কাউরব্রা—? লৈম্নুংদ ফা-থম, কাংতুমিং চিকহন—লুথাক চগুম চাহুন—হিংবহু- অমুক পাম্লব্রা—? পাংদব—পেনাল্টী কিক— ?

নানৌ— : ইমাহু য়োম্থোকখ্রবা, হাংতোক্লগ চাক চানখ্রবা- ? নশাদগি য়েংব নতু নচা মুংশিব খঙদব—লৈবাক মীয়ামগি সর্ব্বনাম—শারগ থাজহনহাং—মীরৈহং—, সাধুরা—বৈষ্ণবলা—

নমাকৈবাক—য়োল্লচাব, নঙ—নতাং—; মমৈ নত্তে—তৌগ্নানি হায়বত্থু কনান থাজবিদগে—? মঙ—মতম শুরবনি থঙঙ্ —। লৈবাক মীয়াম চাউখৎনব নখুৎত শিন্নখিব লনথুম অত্থুক য়াম্ব—কদায়-কদায়দ থেঁদোকখ্রে—লৈবাক্তি স্থুম-শূমচা নংশিল্লক্লে, পোং তাংবন শেংপ চাব ঝাংনবন ইমা ইমা লাওনম্নে—। নঙ অমদি দাকু পার্টিন নমা কয়া মাংহল্লে হিংচাব—? কাউনদে শগুম্বোংদ তাহৌরিব থোঙ্গুন (মথুৎন য়ুবম্বদৈ শাওমংখ্রত্থুন দীনবন্ধু-ছূবী শৎসগ থিনগে তৌই, মসাম্বী কেপ্পেনা থাম্ব লাক্লে—, কোন্নুংজাওন—ফায়—নানৌ ফংদনব)

দীন—: হূই মচা—, জাং নাইদব—শা, ঝংখোঙদ চঃ চাক্তাব—, নমা নপা মশক খঙদব-লমজা-হোটেল বোই ওইগদব লুখাক, নঙ নথম্নাইত্থু শৎতোকপ তারেঁঙসি—। কনান ইন্সন্দুন থীরিব মচীন্নো —চোঙা—থীজাবী পার্টিদা য়াওরব্রা নিবো ? ময়াংকাক্ল ?

হৈ-কোন্নুংজাউ, চৎলু শাম্নাক শাজৈ অম সৌরু, মসি মনম তৎনব ফূগে-চাহ অম হৌগৎপ—ঙমদনব—।

মোমো : পাবুং-স্থ্রাইদ ঝা ঝা লাওগনি ফূবি চৈবিন্থু—। কনা নত্তে—নচানিপানে য়োকখিবদ শোইখ্রব—। অত্থুন ঙাওবনে অঙাওবগ মাঙ্গববদি পাবুংবু মীয়াম্ন ঙাওরে হায়রোইদ্রাও শাওগংখি রু—, মিংচৎ ফজব লৈখা তাদনব—থাংবিযু—। দেশবন্ধু—লৈবাক্তি মরূপ,—দীনবন্ধু কি জৈ! লাইরবগি মরূপ—কি জৈ—! কয়াদ ফজখ্রব লৈবাক্তি খোল্লাওনে—।

(ফন্দূন—রাগ মুংঙাই দীনবন্ধু)

দীন : খঙেদনে—চুপী মচা, ঐবু শাওগৎলুবব্রা — মোমোন্নবী! (ম্নংশ মপি হোম্থা ঐহাক ওইরম্মি—লৈবাক্তি নেতা—মীয়ামগি-মহুৎ সার্ব্বনাম—Noun গি মহুৎ Pronoun শুম—

মীয়ামগি মহুৎ—হেনোরেবল মিনিষ্টর—। ( পাম্বোম—তিংডি )

মোমো : য়ৈ চৈ কিহল্লগ য়্নারকপন করিস্সু কান্নদ্রে খওবিন্নবনি—ঐবু হায়জৌ হায়রবদি— অহিংসা অমদি প্রেম্ন—থেমতুন নৌতুন থুতুম চনবিয়ু—;সারাক শাজৈগি মহুৎ—। য়াম্ব ুংসি হুজিক অঙাং নত্রে মৌ অম হায়ন শীংনরগ লুহোংবিনব তৌগি। মহুন ফত্রগ রাক্ষিদা, টেজপুরদ থারগ য়েংব ফগত্রা থঞ্জে—।

দীন :—Thank য়ু মিশ স্মাইলিং —। মদোমদ য়েংব—তারে—, এ গুদ শজেসন। ( মকোক নাঞ্জ—জ্ঞানতা—হঙ্গৎ—হন্দা চৎ—মুদ শাগৎ--order তৌই—। হৈ – নানৌ শ্রী, নও—লুহোংব-তারে ফজরবী—নুপী —অম থিরগ ? নওবু— রা লোইনরুরগ মাই —ঙম্মোইকা হায়জাৎলা— ?

নানৌ : হা হা হা অঙাওব ঐঙোন্দ—নুপী—থিবিগে হায়রি— হোনোরেবল সর্ব্বনামনা। জৈ—জৈ—দেশবন্ধু—সৈবাক— মরুমগি জৈ !

অঙাওব—নানৌ—ঐবু পাম্বিগদব—কন্য—মায়াপুরদ পোক্ল-স্মত্রাও ? ফোংফোং—পোক্লমত্রবদি নানৌ শ্রী ঐবু ইঙকশমদ লাইসেন্স—ইব—প্লেকদি - হায়ত্রা ক্রোক—লাওবি হায়ত্রা - অম য়ানবিরগ মায়াপুরগি খৈদেন খৈদেন্দ—কাও থাবিয়ু— মতুং ইঞ্জগে সর্ব্বশ্রী অঙম্বশিংগি থোঙ্গল—লী—।

দীন : কোম্নুংজাউ, পুরো নানৌ—আ : পাৎপানগি বাঙ্গলা অনৌবদা —পুল্লনু—নান্ন কেন—ইরুমাইথজ বর ওইনব শেম—শারু— ঐ—কন্যা খল্লখিগে মেলাদৈ, অউনপোৎক কোন্নন থাজ-য়োঞ্জনব য়াম্ন হারৈ—হায়। অতুগ য়েংউ। বর উৎনব শো-রুম অহাংব ১ ঐ কল্লমগে—, মতুদ—নানৌবু—কে-ন বরগি ফিজেৎ—শেৎহন লিৎহন—কোয়েৎফাওব—ফুল ড্রেশ—

রিহার্শেল ওইন পুথোরকউ—বসন্ত মেলা লম্পাক্ত— ।

( কোম্নুংজাউন—মানৌ পুখি )

মুপীমচা—, নং বোক্সিং ঔরাইমিন্নরিব নিশাহু কনানো—মংগ করি মরী লৈনরে ?

মো : বোক্সিং কেরাটি হৈ—, ছাত্র ওইরিভৈদ—খঙনখি । ঐসু শরীং শরাংনচিংব তম্ব খরদি চুম্মি, ইশা কঞ্জনব—খন্দূন — ।

দীন : তম্ব—ফৈ , খঙনব—চান্নবস্ম য়াই—মীগ মীগ— । তৌবদদি য়াম্নদি নকশিন্নদব ।— হঙ্গোইনব ইকাইনস— । লাও— নিপা ঐগ ৱারী শারুসি ! কয়ুম্নো কদায়দ লৈ । লৌ কয়াম্ন চায় ? করি থবক কারি ? গাড়ী কয়া লোই ? নথোয়গি ভারা শানব য়ুম দোকান প্লোট কয়া লৈ ?

( পুরগ ৱারী শামিন্ন চৎখি )

———

# প্রাক্সাই খুদোন

## সন্নাও থম্মোয়

১/২

তুতালাদ দ্রোইংরুম লৈ টেবিল লিক্সী অচাথক চৌকি ২ ——
কোম্নুংজাউন শেমশারি, মখাথং কাদ মোমোন্নবী লৈ, শমজেং
নুংশেল—য়েংই—পাউদর থা—ফিজেৎ—লৈতেংই— ।

তেপরেকোর্দ অমন নোকথে-লাংব ইশৈ অম—খোংই ।

মন্ত্রীমন : কনা কনানো মখাদ লাংইবদো—?
তানীংদে—মুথৎলু নহে—?
( সেকেণ্ড ৪/৫ লাংদে )
হৈ, কনা কনা লৈ ? ( ক্রিংথিংই )

কোম্নুংজাও : ননাই কোম্নুংজাও লৈজে—ঐগ্যা । করি সনা য়াথং—?
( সিড়িদ কাথৎ )

মন্ত্রী : মুপীমচা মোমোন্নবী লৈত্রা ? পাবুংন—কৌরি, মথক্ত—
কাখৎলকউ হায়রু ।

কোম্নুং : ফনি ঐগ্যা ..... ( দং দং কুমথখি ) ( মখাদ কুম কাক
কাক ৩ লক—)

মো : কনানো কংরিগিনো ? পারা পীরা ?

কো : ননাই কোম্নুংজাউ ক্লীব লিঙ্গনি ।

মো । বম্মবু পাবুংন মথক্কি চেম্বরদা কৌথৎলি ।

মো লিক্সী মনম নমহৌত্রাও ?

কো : ননাই লিক্সীদি উজরক্তে

মো : ননাতোন্ন উত্রাও মনমদো ? চৎলো লাকে । তনখ্রে সত্য, লিক্সীদ
ওংবা পাখ্রগ রারী শাদোব—
সিড়ীদ কাথৎখি খীং খীং : "—তিংগোং কাংগোং, কনাবু
কৌগে ? মৌ কদায়লৈ—খৈদেন কাথি ।" (ডংই)

( থোঙদ কাক কাক খৎলুরগা )

পাবুং ঐবু কৌবিরাও ? ঐহাক মোমোন্নবী

দীন : ঐহাক্ত নপাবুংনি, সর্ব্বশ্রী মহুং ওইরম্ব—(মরোল খর খোই) অমত্ত পোকপী একাবলী, চহি ২১–২২ হৈজিং ফারবী, (থোঙ-গে ) মোমোন্নবী— !

মো : ইস—পাবুং মনমত্তুদি ওক ! ( মনাতোন মেন )

ওহ পলেম অপেকপি ! (কপ্লি) নঙ লৈতত্তুং মৈথু কাম্মে মৈগি চীং !

দীন : হৈ কৈদৌরে ? ফেন থারগে মনমদি ফরনি। সঙ্গ খর তৌব তাবনে -ইফম চাওক্তবে—থকপ চাব ঈশ জগোয়, মতমগি ঈচেন ! ( ফেন মখোন ) লাও-চংলকও মতমগি চাউখৎলবা।

মো: ঐ পাবুং কাদ চংনীংদে—মহী মৈথু মৈচীং মনম —। করিনো তাকপিগদবা ? মাই অশোম ওন্তোকপিখো অত্থুগ—

দীন : ফোটো ২ থক লৈ নঙ্গোন্দ য়েংহন্নব জৈপুরদগি রাজকুমার নেভিগি আফিসার অন অত্থুগ—বোম্বেদগি মনিং চৎপ এক্টর ষ্টেজদদি ফাওরব অমগি ! মশাম্নু ফখ্রব ডাক্তনি ।

মো : অহৈরা কৌবিববু ? মশক ফজখ্রবা নিংথৌ মচাগুম্বা শক-হেনবশিংতুদ ইশক অথীব উংলুনব য়ুমক পাঙনীদে ইকাইজে। নুপী ঐগিদি লায়বি, তাচৌদ নত্তন পাবুংগিম্নু চিত্রাহার হৈবী অম য়েংবিয়ু।

দীন : নত্তে নত্ত কদায়দগি ঐ চহি ৬০ তাল্লে বর্নাশ্রম ধর্ম্ম চংলগে হয়েংপোক্কি লম্বী শেম্মগে—, হন্দক মপোক্কি লমন খিংতং শিংদোক্লগ সম্পর্কপূম্ব নচিন-নৌপরাদ শিন্নরম্মগে খল্লবনি। ব্রহ্মচার্য্য ব্রতকৎ তীর্থ কয়া থুরুম্মব তারি।

মো : অবোনব অমত্ত কুইব য়াদে—। বিউটি কন্টেষ্টা জজ ওইব য়াওই—হায়েন মায়াপুর মেল হায়ব দৈনীক পত্রিকাদ য়াওই পাবুং।

দীন : নমাশি লৈবিতে জগ্ন ওইরম্মি বিউটি কন্টেষ্ট, মতুংদ ঐগোন্দ ওইবিদ য়াদে কন্ন তকপদগি মহিলা সমাজন, ওইরুবনি , দেশ-সেবাগি ভাবতা, ডাইখোনে—মোমোন্নবী। নঙবু নপাবুং য়ারক-পিনব কৌব্রাও ? ঐগি য়া হায়দ্রি-ডায়খো— । লম হেন্নবু ঐবু কংস জর সন্ধ শাও হায়ব্রাও ? হায়ব ইনখিদব প্রহ্লাদগি মতৌ তমজনু—কলি যুগনে— ।

মো : হিরণ্যকৌশিপু মনাক্তা চংব কিজৈ—সিদ ডায়জরি—করিনো তাকপিদৌব ?

দীন : কনা লৈজৈ নঙ্গ খঙন-চান্নবা ? নহানগি বোক্সবদুরা করিনো মতিকচাব অম পুথোরক্ড লুহো'বিরগে ।

মো : কনামত লৈজদে— অশেংবনি

দীন :—অদুদি বর মেলা লিংখৎলগ অমা খনব তারে—নঙন পাম্ব—

মো : ঐবু ইকাইহন্দব ঙম্ব—, অয়ুক-নুংথিন্দ, য়া কাথোক নোক-হন—ঙম্ব ১ থিবিয়ু।

দীন : খোংতেক-মীৎতাং. হন্ন-হন। মীয়াই চল্লব—কুম-লায়না—থেংন-রুরদি ? হিন্দু মুশ্লীম-সিখ লাযর চুদৎনব—ওইরম্মদি ?

মো : ইরাইবক ওইজগে পাবুং. ফংলমদ্রগ পাবুং কল্লকপেনবিয়ু—লমহেনবিন নংবদা— ।

দীন : জবান হোংব য়াদেদো - নুপী ?

মো : সত্য ! হোংজরোই—পাবুং ।

দীন : সগোল পাউ চেলহল্লগেকো—মায়াপুর লৈবাক সিন-থুংনা ?

মো : ফনি পাবুং। চৎচরে !

দীন : অঙকপ মতমগি হিগাই-রা— । মপা মচা—থাজনদব, মতৈ-মনাও তোয়ন খৎনব —, মচিন-মনাও মুংশিনদব অহল্লোন নহারোল লম্বী-থোঙ ফাঙনদব— !

হৈ কনা কনা লৈ ? কোম্মুংজাও ননা তাত্রা ? সগোল পাউ চেল্লু মায়াপুর সিন-থু—চয়োলসি মতুং পূর্নিমা—মুমিত্রা স্বয়ম্বর তৌনি, মোমোন্নবী, অমত্তা পোকপী—, মন্ত্রীমনগি মক্তা-ইবেম্মবু ময়া কাথোক নোকহনব ওম্ব কনাগুম্ব নিপান পুং অমত্তং ৱারী শারগা, অচু ওইরবদি মঙোন্দা মক্তা ইবেম্মন বরমালা হুক্কনি—মপাবুংগি সম্পত্তি ফংগনি। ওমদব থোক্লগ মরু কোক যন-ইরোই শেন চহি অম মন্ত্রীময়ুমদ শজিক ফানব তায়—

( শগোন থৌখিব মখোল )

---

১/৩

# লায়র খাংপোক

## লমঙানবী—য়ুম—নুংদাং পুং ৮½ তাব

থৌদৌ—( থোঙদ কাক কাক খৎ ) : ইমা—, ইমা ওস্তান তুম্মব্রা ? খৈদেন খমত্রিয়ে—. চাক থোংদ্রবাও ?—ইমা !

লমঙানবী : নিপামচা থৌদৌরা ? কদায় — চৎলুই — মুক থেংলফাও য়ুমদ হুল্লক্কবদি ? নওবু ময়াইকাব পোৎচৈ চারু থক্লুবগি থানা য়ৌক্রব্রাও ?

থৌ : কৈস্থ চাদে ঐদি, এনাকথুন মচাশিংদন দ্রগ চাজবনে মমন য়াম্ব—। লায়ন য়ারোই অশেংব অরুব মহী—হোংখ্রব খরদি—উস্মুরেকে। লায়র মৈচাক খাংব ওম্নব লৌলাই লংজিনসু মাংদনব—। থোঙ হাংঙো—ইমা—, চাক—লাম্মে—

লম : মৌহুৎ থোঙলোমদ লাকও, নশক য়েংগে—; নরৈ তিংথোক হা--কাম্মো

থৌ : মনমতু হৈনগদ্রা ইমাবো ? হা-হা আ

ঙম্বী : মপান্দ- অতুম—লৈখে—, হা মনম কোক্ত্রিব—ফাওব—। নপা লৈজদ্রব—তোল্লব লাইবক কায়—, য়ারেম তাবুন নঙন—নমান য়ারকপ ইপ্রিব করিগিনো ?

নঙবু শেম্বিরমখি গ থন ইয়ুম—পান্দন খাংইবনে—। লৈখিদ্রবী ইতা থম্বাল্লে মন্ত্রীময়ুম ঙংবীতু ঐদোন ফজখিদে—, মহাক্ল— ইকাইখঙদব হেনখিবগি মন্ত্রীদ লৈখিব—, য়াশক ঙাক্লব নপা জুয়ায়দ ঐন লৈরুরে—- নপা কত্তন চিঞ্জাক—য়ারক ঙমদবন ঙস্তা শিদোকখি—মাইব ডোক্তরন খাম্ব য়াপোৎ নত্তে—। ওহ-ইঙো-, ওইদবদ ঙাংব-মুংশিবাও, নচাম্মু ঙাংব-, ওইদবঙাক —ইবানিবু করম্ন—হিংউগে—মীনম্বন কান্নরব য়ুগসিদা— ?
( কপ্পি )

থৌদৌ :—ইমা থোঙ—হাংও ঐ চাক লাম্মে ?

ঙাম্বী :—হা হা হা… হায়ো—! চাক লাম্মে—হায়বা ? করিগিনো ? কৈদৌন লার্ম্মি—নো—? ঙসিদরা চাক লাম্ব খংলিবদো ? ডাক্তোরদ—হিদাক হউনি—, ঐঙোন্দদি— চাক লাম্ব ফব— পেয়েতু থকখ্রে—।

থৌদৌ :—খোঙ হাংলে ইমা—, কৈনো অম—হায়গে তৌবনি কাউথোকখ্রে—। চাক চখোম অমনী চারগ নিংাশংয়াই—।

ঙাম্বী : ঙাইখে হৈ, তাঞ্জা ফংলিত্তৈ—পেন্নব ঙাংখিগে। খোই-দোদ হায়িংখোই—য়াম্বী ঙংদনব—। কল্লকইদা সত্য হৌখ্রকো মতমদো—। ( তকসি—ত্রাক ) মরলম্মু লৈখ্রব-- মপুন্সিম্ম শাংদোব-পাখঙ কয়ান কিউদ লেপ ঙায়নরম্বী মুপীনে—ঐ—! করম্ব—লায়মুন ইন্সিন নিপা—জুয়ার শিদ্রু খাক্তুবু—খল্লুরিনো—ঐনা— ! মখদাদ শম্ব্রু-অমদি থুংখিব্রা —হে লাইবক—।

খোদো : য়েংওই ইমা—য় অম হায়রগে—নিংশিংলক্রে —?

ঙা : হায়য়ু- মনমদি কোকফাৎত্রি খোঙ হাংখিরোই—।

খোদো : য়েংও, সনবাম ইপল চেংচক্রী—লোইব- অরিকপচুন ঐগ হেক উন্নব—খুদিংগি—হংবনিহে— ।

ঙা : করি হংলিবা—?

খো : ঐঙোন্দা—'লীলা লেংব নঙবু- থবক ফংলব্রাও? পাউরার পায়রবশিংন কিনব রা, লীসা ইয়ো—,কোলোম পায়দনব থবক অতৈ পীহন্নিংও—।" করি শূরগ নমান নঙবু থাকইবগে? থৈদেন কাপ্রগ ঙা ত্তোয়ন বৈরকপ্রা ?

ঙা: মথৌ করি লৈ হংলিবনি হায়বগে? হন্দকমুক হংলক্লবদি মথোয় রাইস মিল মমাং শোড়োক ভনস্তাদ পান দোকান অম ইমাবু ফমহনগেরা হংউ— ? মথোয় মিলদ চেংয়াম লাক্লবা —

খো : দাওনী সরকার হৈবোংপাম্বী মথাদয়া কাথোক ঙায়রকইব—ফন কুইরে—কত্তন ঐ—ব্রায়েম খোম লীলা লেং —

ঙা : থবক পীয়ু য়াত্রবস্থ লোনগি দরখাস্ত থাব য়াত্রা ? হুরাগাড়ী খঙদে স্কুটর খঙদে অমন তক্লব থেংলবা পূংভম ঙায়দৌ শরুক ?

খো : গরুড় শা খুৎ লোম্ন—টেন পার্শেস্ত টুয়েন্তী পার্শেন্তকা হায়ব লোনগি লোনরা য়াম লৈ হায়—হৈনদে ঐ ।

ঙা : চাক চানব চেং, মুংশা হোম্নব চাদবয়াদে। নথোয় লীলাদদি চাক্লা কবোক অফাত্রা চথোম অমন পুক থনবয়াইদে—! মতমগি ঈচেলদা হঙ্গৎন ঈরোইবসি চাক লাম্মি ম্রাইনে নিপা-মচা ।

( সগোন থৌব মথোল কুক্রুং কুক্রুং ভারম্বদগি—পাউজেল লাওরকপ তায় )

কোম্নুংজাউ : তাও তাও মায়াপুরগি প্রজা—অশিংবশা ! সর্ব্বশ্রীহুৎ মন্ত্রী ওইবিরম্ব পুকচেন চাউনা—নহারোলগি মরায়বক্ত সনাই

থম্বাল শাংহন্নীং— মজাইবেম্ম অমত্ত লোকশী মোমোন্নবীগি স্বয়ম্বর তৌদৌরি, লাক্লিব পূর্ণিমা য়ুমশকৈশাদ, খোঙতেক-মীৎতাং —অহল নহা জাংবিজাং থায়দে, নিপা খুদিং লাইবক য়েং-লব য়ানি। পূং অম মজাইবেম্ম মোমোন্নবীগ ল্লাল্লী শাবদ ময়াকা নোকহনব ওম্ব - নিপাদো বর থল্লে—মপাবুংগি সম্পত্তি ওঅাই অমস্থু—ফংগনি। করিগুম্বা মাইথীব থোক্লবদি ওম্ব নিপাত্থু চহি ১ সন ইয়োই শেন-, সগোল শজিক ফান—, হুমাং তাথৌদি পায়ব তায়কো—!

( সগোন থৌ চংখি )

থৌদৌ: হুজিক কোন্নুং পাউজেন্দু তাহৌরেদন ইমা- । মন্ত্রীময়ুম মোমোন্নবীগি স্বয়ম্বর—ময়া উং নোকহনব ওম্ব নিপাদ থাজনি হায়রি । ইমাই থৌজান ফংলবদি লাইবক য়েংনীংই ঐ ।

ঙা: লৈবাক্তে খোমথিব—লোন্ন তুংথংখিব লমথুম ময়ামত্থু হূবগি পাপ কোল্লব দান ওইন—লৈবাক্কি সেবাগি থিংদ মজাং অনৌব অমা থোরক্লে—। মাবু শেন্নব মাই খুৎচৎ য়েংজিব—মঙ্গোন্দ লমন খুন্নিংব—অথৌব লৈজব নত্তে—!

থৌ: নোকহন্নব শিংলী—তাংলী থঙব মাইব হন্নুব অম লৈ—মাগস্থু তান্নরুগে ইমান বোয়দ পীনবিয়ু।

ঙাম্বী:— ঐঙোন্দে বোরবুদি ফুরিংখাও—থন্নব পুজথো—। মপা থরানমথী ঙাল্লম্বদে মুংলবত্থুন তৌবকপ সিমক্তবু পাক্ থাজব—য়াদে—থওঙ— মীয়ান মনীংত্তা উং চায়রগা মহাক্ল মনি খুঙ্গং ফুব্লিংখাওদ হাপখিব থৌঙ্গদনি মান পামজব—।

থৌ: অত্তবুদি ইমা—মীয়াম্ন—মাগি মরাল থিগৎলি—, লেম্ন থক থাবোই, লৈবাক্ল ওংহৌক্লিবসি মখোয়গুম্ব সর্ব্বনাম—মিংহুৎ শিংন সগুন তৌখিবদগিনি খঙনববনি হায়নববনি—।

ঙা: লাও চংলকও চাক চাররো - নিপামচা।

( থ্রোঙ হাং পুসিনখি )

———-

প্রজাই থুদোম

সন্নাও-থম্মোই

১/৪

লায়নীংশঙ—ফোটো কয়া মন্ত্রীগি - অয়োনব কা মচা ১। যমু' মচা অনানব ১—টেবিল মচা—ফুলগ্লাস—লৈতেং অতৈ- মতম— সন্ধ্যা য়াচংব—, লিক্লী—+থক্কব অচ' অথক—খর —

দীন: (খোংগ্রাও—ওভরকোট—হঙ্গংহন্দা চৎ রাখল তৌ—চিন্তা তৌরপ)

হৈ-কনা কনা লৈ - ? শকয়েং মুংশেন পুথোরকও ? ইশকসি য়েংদব কুইরে অমুক্তং মুম্ন য়েঙ্গে— ? ঐশকসিবু কমদৌরিগে ? কয়াম ফজরিগে ?

উরুমলৈম :— ( মুংসেন অচৌবন মমাই খঙ্গিন থোরক্লগা থিল্লে—, মন্ত্রী-মমাংদ—, মহাক্ল মরুমদ—ফমথি—): শকপুদি—লংওন ওন্দে, হায়গি হৌদোংগি—শকফমত্থ কায়দে -: হৌদোংগি হৌদোং !

দীন: রা খর হংগে—, অশেং অশেংব পাউথুম পীয়ু। শেম্মগ এইদব থুমগনু হরাও—হন্নীং—?

উরু : শাওবিরোই হায়রদি শেনদন—অচুম্ব—ঙাক—। অখঙবথৈ-।

দীন—:মুপীমচা মোমোন্নবীবু নঙন শেন্নরি অয়াম্ব—মতমদা—। মাগি অয়োনব—নিপা মরুপকা—লৈব খঙব্রা ?

উরু : মশাফব, শরীৎ শরাৎ য়াম্ন হৈব—বোক্সর অমদি—লাক্ল ফানৈ—হঙ্গোইনদ—। কয়া য়াম্ন নক্লরব চান্নরব হায়ব অশেংবদি ননাই ঐ খঙজদে—। মথোয়নীদি—খঙলম্নি—থেংনস্থ—লৈমিন্নৈ চিক্ল।

দীন—: মখোয়নীহ্নু কায়নহনব য়ায়োইত্রা ?

উরু :নজাইবেম্মন য়ানি থাজদে, নিপ দুবুদি লাক্সু হায়বদ লাক্তব য়াই—, নজাইবেম্মন ওাওজুন চং থিরনি । ঐন তম্বনি—তাকউরবদি - নজাইম্মেন, ঐবু—তাম্বোকে — হায়নি— । ইপু ইনাই খায়নব—য়ারোইনব ওানি——।

দীন :নওন ঐগি সিদ—পার্ট টাইম ওইন য়ুমশঙবি শারকইবসি ফন কুইরে—থা ৪ শুরুম্মত্র', ঐবু নও থরদি মুংশিরম্মনি হন্নুরে —খওওবস্থ—।

উরু : শেল পামজ, থবক ফং, তঙ্গবকি কাজরকপনি। হন্নুরব শক্তাহুদ মুংশিবগি য়াখন্দি লৈজদে।

দীন : থীরব মপা মপু— মুংশিনৈ হে— ?

উরু : ঐস্থ মীনি—, অহুদ পাবুংবু ওইজওইথক ফংহনবগি মুংশিদোব—নত্তনা— অরেম্বদ মমল পীদন মুংশিদনব—শৈরেং অম লৈ —।

দীন : কদায়—করি শৈরেং ?

উরু : ( লায়রিক মরক্তগি চেজেৎত ইব—পুথোররূগ পীবদ )

দীন : পারকউ তাগে— ?

"চদৎনৈ মীথৈ"

উরু : কয় শঙবন কয়দ হুৎ—

ফৌওইবি—মাংখি—।

কল্লক পেন্সিরা ?

লমজেনস্থ পোরে

মকলাপ্ত পাঙ্গনরাং

মবুক্ল—-থংসিং —।

মীৎতৈ হুমাং বুপ।

মহৈস্নু হৈতে—

নিংথিন তম ফংজদে

লায়রিক তাংহনবৈ

সরস্বতীন' ।

স'র্ব্বশ্রীহুৎ,

কনাগি মরাম্লোসে—

কয়শঙ - থৌপুবা—

সগুণ থাঙস্নু শূ -- ?

দীন : লৈবাকি ফোংওইবি মাংহনখ্রীবসি কয়শঙব ঐন কয়দ হুৎপদৈ—অচ্চা : ঐডোন্দা ইরান শীরিবা ? কৈশঙথৌপুবা, সগুণথাঙস্নু—শূ—! বা বা ! কনা কনান ইরিবা ফোংলিব—করম্বা প্রেস্তা— ? শূনিংদব—উতাংবীগুম লেমজ্জা চাপে—, মী মাংনব হুনগে—ওইদবঙাং চানীংব মী য়ামথংলে । অরোনব থবক কয়া কুইন থুপ্প—য়াদগে ? লোংউপ তান—, খুৎন হুম ফারগ—করি মনা ফংবগে য়েংউকো—?

x ( মশক থর লোৎ ) : ব্রামত—হংজগে ?

দীন : কনানো—নমায়লোৎ ? করিনো ?

x : নাউন কয়াগি মহুৎসিন সর্ব্বনাম ওইবিরম্ব—, লায়রবগি মরূপ দীনবন্ধু—ফমদাবব—মন্ত্রীমনগি সঙ্গাই অরোনব হায়বহু সি নংপিদ্রা ?

দীন : করিগিনে—মানি হায়ন খল্লো ?

x ! বার্ত্তোন সিমত্ত থমজরমগে তৌব—

দী : পোৎয়েংসেনগি বার্ত্তোনলা—মিটিংগিরা ?

x : ফাক্তোক্লগ—য়েংবিয়ু—সার— ।

( হনখি )

( উরুমলৈমন থুম্লগ ফাক্তোক্লুন পায় )

উরু : অঙম্ব - লং চুঙ,

লৈবাক্কি কয়দগি ফোওইবি মাংখ্রে। কয়শঙ থোপুরগ কয়নারম্বসি তৌরা নত্তে—, ঽমৈননি হায়নরে। লমদা থাংজ্ল—থাস্নু—অহিং নোংমাইদ কারকউ কোম্নুং মংভমদ রায়েন চৈরাক—চখদৌরি—। লায়রেন—

দীন : (তারম্বদৈ—খং - লুখম মং - ) : হৈ কৈনো অম, রেংলরাও উরুম লৈম-। তীঙখাক —ল।—তীলাই খোম্বীরা অম-- মোনমোন মতুন কাপ্পা করিনো— ?

উরু : ( য়েংলগ ) — তীঙথাক থাজিল্লম্মিব্রা—পাউমীত্নুনা ? উহৌদে—ত্নুস্নু

দীন : মুন্ন য়েংউ হাক্কজগুম করিগুম হক্ক কাপ্পিব্রা ?

উরু : মফম শাথীন লৈরে-, লাইরেনগি ময়েক-অমুব— য়াওংমচু- মরাং মরাং —!

দীন : মচুত্নু কোরুব—নখুং খুন্নম নাল্লো—তপ্প তপ্প—কোকউ য়াদ্রগ--নখদাংন নানগেরা—নখজাইন নানগেরা—য়াম্ন— হাকচরে—পরপ · পরপ—

উরুম্ন ফিংন নাল্লি - খুৎংম — অমদি খদাংনস্নু—

দীন : (নু শা মপি হোন থাংই) অং অং নুংঙাই য়াম্না-নানথো-হে ? ?

---

## অয়ুক—অঙনব—

লায়র থাংপোক—মাঙ্গোন—, থোঙ অপৈর. মাঙ্গোন্দ ফান মখোঙ নামপৈ ... — ।

থোঙ খর হাংবন থৌদৌন তূম্মি হিদান্দু তঙ্খাই উই—।

নাখোক—মমঙস্থ মঙই—:

থৌদৌ (মমঙদ ভাংই) : করিমত হঙ্গোইবিন্নু মঙ্গাইবেন্ম ফান্দুদ ঙহাক্ত লেংশিল্লু ঐ কম্থাকচগে মখোঙস্থ পৈব য়াংবনি—। করি য়েঙ্গাংবু থোংলমদোবনো—, পাঙ্গংগা ইরোল্লন তোকনি। ইমা, ইমা! নখৌ মুপী চাক শিজগে পূবক্লে, করি থোংলবগে—? থরোই নীংখাবীরাও? নঙন মুংশিদব বাজিনা লুহোংবদ য়েংখিব কোয়েংতূ লাং থমদোশরুক ভানপ অতেকপ চরা অমগ ওন্নরুর থোংলম য়াত্রাও? হা ইমা? ইমা নম্মোইরেন্ম ওক্লোও পোদোন থাঙ্গৎলগা?

লমঙানবি : হা কদায় ইম্মৌবেম্মা হায়দি—? হৈ অয়ুক নোং ভান্দোরব মঙনে। নিপামচা নোংয়াই—। নঙ মুপীহু কদায় লৈগে, চেংহী চফুদ হাপচিলহোগে—তাইবংদ লৈরম্নব—। নোংভাল্লমদায় মঙদি চুমগল্লি হায়নৈ।

থৌ অঃ অঃ... ইমা! ঐনা হৌদোক তাদ্রাও?—ঐখোয় মাঙ্গোন্দ ফক্লাং ভাকপ শুম্বন মনাক্ত ফাল মখোঙ পৈব অমা থারিবদায় মতুদ ক্ষমহনবনে. লৈরিত্রা অমুক্ত য়েংবিরু?

লমঙা : চেংশী চফুদদি হাপহৌদন কদায়দগি লৈজরমগবনো? (থোঙ গে-হাং য়েংব) লৈতে নিপামচা হোগৎলো-মুপী খোঙঙপ গোঙ্গল অমদি তায়—মানব্রা য়েংওহে?

থৌ : হা? কদায়? নত্তেদা—য়াম্না থেংলমলপোৎনিনে। ইমা ঐগি টুথ ক্রসত্তি—?

লম: লুপা অন শিং ঙারী লৈনখ্রে। পৈয়া লৈবনি মতেক অম—।

থৌ: ইমা ঙসিদি ঐবু চাক খর ঙন্ন পীজৌ পরীক্ষানি।

লমঙ: য়াম্ন চা-থকপদি পঙথনবনি, চাকচা হৈজানব হাকমন মায়া-পুর প'থবনে নংবনে। চাদথক্কন চং য়েংউ নমীৎ-ননা শিংনব। মুংদাং ঙানপ খোংলমগে-নখোয়নী হাওনা চামিন্নরো—।

থৌ: চাদন চংশন ফত্রা জ্ঞান তাব হেন্নব ইমা?

লমঙ': হেন্দদি করিনো। নঙন ফুরিংখাও চপ য়াওরুবৈ গঙ্গা ব্রেক চেল্লুব—দোকান্দ লুট চংব—য়াওরুবদ নমাই পাক্লকখিবশিংতু নিংশিংউ, কনান তাকপিখি লৌশিং? চাক লাম্বদগি থোরকখিব লৌশিং ঙাক্কনে। লৈরিব চারা অমসে হুজিক—চাথোক্লগ হোরেল মুংদাং মৌ অনৌবীগ চারা হেনমিংগেরা? হুজিক হেন্নগ—হোরেল মুংদাং হাওন চামিন্নগেরা? লফোই লফাং শংমুন্নব অম চাকথুম সগাইদ য়াম্লিবসে ২-৩ থংলগা থুম-মোরোক নম্মগ চাথো। কোম্থোংদ ফম্লিব হোটেলদো শোংপ য়াম্রবনি—মোম্প ক মথাদ নঙন লেংব লীলা নমম্রিব শিংতব চেজেৎ ময়ামদো খর তাসিন পুথো চাগা ওন্নতুন থকখিব কাম্নি।

থৌ: (মমাই মমীৎ তারি—মচিন তেংই ঈশিং ফুকাম—) ইহে ইমা-ফিবু য়াম্ন মোংথ্রেদা—। ফেজোম্না পাজমারা অমত্তং সনবাম রাইশ মিলদৈ ব্রাইরুব ফগদ্রাও?

লম. ইজ্জৎ লৈতব ব্রাতু ইমাগ্নব মহাজন্দ-হং ইশাবু—ইমন হোংহনব চুম্লব্রাও? খুদৈ শেংখো নঙ থ্রোঙ্গ্রাওগ ফুরিংকতু শুংহল্লম্মু-শোড়োক মপানগি ধোবীদুদ-ইস্তি তক্লব ফুরিং থোঙ্গ্রাও মপুদ খিম্রিব অমত্তং ব্রাইখিগে হায়রু—। লমঙানবী-মচান ইস্তি তক্লব ফি শেংলিং চংকদ্রাও কোম্নুং কাবদা?

থৌদৌ: ফরে—ইমা রিকশা তোংনখিনব লুপা ২ দং লৈরোইদ্রাও?

লম: ইহে—অফংব রিকশো অমদ থক্ত কাথংলু. কোম্নুং য়োরগ সনাথোঙদ ঙহাক ঙায়রম্মু হায়রু কোম্নুং চংখ্রগ নঙবু কনান

ফারনি—ইস্তি ডকপ ফুব্রিং থোঙ্গ্রাও লিংলবনি—মমাক ইঙোনি—হায়রম্মু—।

থৌ : ফনি ইমা—, কান্দুদ ঙহাক্ত ফম্বিয়ু ইমা—(ফম্মি) ইপাপ কোক্লব—মজোল—ওইরক্লব—পলেম নথোঙ পায়হুন অমুক্ত—খুরুমজখিগে ইমা।

লম : ইমাগি—থৌদৌ—ওয়াং নপা পন থর ঙাংখিবহু নঙ শাওনিংখি—নঙবু জ্ঞান তাহম্লীং ঙাংখিবনি। (কম্লি) নঙ্গোন্দ চৌখিবনি শাওগম্নু। ইন্টরভিয়ুদ নমাই পাক—মন্ত্রীময়ূম—মোমোম্নবীহু ময়াকা নোকহন য়ূথদ পুজরকপ ঙমজো—ঐবু রাহন নংহল্লিব মন্ত্রীমন্দো—মথক্ত লমনখুম্ব শকচগে অমম অঙাম থায়ল্লিব মপু—ইঙে !

( অয়া খোম্বোক্ত ভাইওলিয় হিকথৈ )



## য়ুমজাও—মাঙোন্দা—ফক অমদ ফম—

ধনন্তরি মাইব-লিক্লী খর-মনা মশীং খর, ওগাই-হিদাক শেম্মি

ইশৈহনবী : ঙহাক্তনি—চৎলুগে ?

ধন : য়াদে,, নও ঙসি—ইশৈ—তম্ব চংয়ারোই ঐদি মাইব—শা চংকনি, য়ুম শংবিন লৈতে—খরস্থ লাপ্পি - - ।

ইশৈ : ইশৈ তিম্মনি লাক্বনি হায়দোকখ্রে—, ইশৈ পুন্নিব ঐন—চৎত্রবদি—পালা ময়াম্ন শাওনরোইদ্রাও ?

হন্নুব : নখোয় উঝা তূনানবত্থন মরাইন তম্বিজনি—নও হয়েং চৎলু –, ঐ—ঙসি চৎত য়াদে—মীগি পোৎশেম যাহু অরুব অম লৌথোকপিরুদব য়াদে—

ইশৈ : মৌ নহা অম থিল্লি—লেংই হায় নহান উঝা মাইববু থিরবত্থরাও ? মশক ফজরে—নহাগ ওইরে, অত্তদদি থানব মুমিৎ শোইনব য়াদবনিনে ?

হন্নুব : থৌদৌ মুমিৎ অফ ফত্ত—তৎনব তৎনদব হায়ব লৈরি, মুপীগি মশক মতৌ চহি য়েং মাইব শাত্রাও ?

ইশৈ : ঐখোয় উঝান হরাওবসি মৌনহা - মৌশাবিন কৌরব ওইরে, নিপান—কৌরবজাৎতি - হোরেল হয়েং য়ৈথোক, মুপীন কৌররগ-চা থক্লিবত্থ লোইদন ফুক-হৌগৎ–, হা হা য়ো !

ধন : নও নচিন্থীন্নু মীন পাউথোকনি—, নখোয়—ইশৈ জগোই উঝান—তম্বিনীংব ছাত্রীদ খন—লম্মাই থরাই য়াওন—তম্বিবত্থ মাইব ঐখোয়দি—তৌনদে— ।

নখোয় উঝা তুনান্দুব ঙসি মুংথিন ওন্তা নত্রবদি—হয়েংদি শংদে হায়ব্রা ?

ইশৈ : লুক হাদোকপিরুয়ো মাগুবতা ঙহাক্ত শৎ য়োরুরগ—হায়দোকউগে, "ঙম্মরোই" ! —করিগিনো ঐবু থাজবিদ্রিববো —চহি ৬০ হেল্লরুবনে— ?

ধন : নমীৎ—আনোক হাপ্তে উঝাত্থন মমীৎ শেপ্পি—।

ইশৈ : লাইযেংব চৎলগ শেল থানিংঙায়—লৈত্রে হায়ত্থন মশা ওইন পুরকখিব মুপী, ঐন মঙক লাক ইনখিবা কয়া গুরে ?

ধন : হৌখ্রব রাদি চারম্ব ঙান ওদপ্রুগ চাওবগুম্বনি—নিংশিংলকনু ।

ইশৈ : অত্থু-দা খঙদে ঐ ঙসি ইশৈ তিম্নব চত্তব য়াদে—।

ধন : চিম্থক্ত থুম্ব শায়. নঙ ঙসি য়ৈদ য়াদে—। ধমকা তৌই—লৈবাক্ত চৈন— (শেৎ শেৎ—শিঙাইবাক মখোল)

ইশৈ : হাৎলে—হাৎলে ! লৈকাই লৈকাইশা থরাইদদি কনবিয়ো, অনাব লায়েংব মাইবন-অকনবী মুপীবু হাৎতৌরে । অয়োইমা—! অয়োইমা—! (জগোয়—শাব) (ধমকা তৌবদ—লাওখি—, থৌদৌ চেল্লক থাম্মে—)

থৌ : করিনো করিনো কৈদৌনরে—? অহল থংদা—? করি রাথোক্তী য়ৈনগুন ঙস্তা শিরগ চেংয়েন খঙদে—য়ুমশানব লোন খঙদে পীনৈ—হায়ব পাউ তাত্রাও বৈতরনী তুবেন রাংমদা—? (হমুবীদ) কয়া থীন শোক্রে—? ইশ, মথা মথা পোম্মেদনা—! মামন ইনেবু স্নক থীন ফুবিরিবসি মুপী য়ৈনব থানাদৈ লাইসেন্স পায়বিত্রা—? পাম্বিত্রগা—খৈদেন্দ— হোংলপ থাদোকপিখি য়াত্রাও—,হুজিঙ্গি মৌনহা—মাল্লিব-অসুম্বদি- য়াম্ন চৎলবনে—সিনেমা মমাং কায়ো-নফমদ খঙদে—, খোংনাংখোং—ফম্বী পোৎফমদ - খঙদে - ,কাংখথাঙ তাত্রবনে ।

ধন : মসি হমুবীসে মৌনহা ওন্নিংঙে—, ইশৈ তম্ব চৎলুগে হায়ে—, মখোয় উঝাত্থ মমীৎ শেপ্পপ—তৌই হায়ত্থন ঐন চৎহন্ত্রে—অত্থই—খৎনরিবনে—!

থৌ : থাইনগি লায়রিক—কন্ন অমদবনিন—লায়রিক হৈ মরক্ত ম্নাও-বিরম্নি—লায়স্নুদি রাংলিদন মামন্নু—। কৈদৌন থিংউরি হুপীবু চৎচখিসন্নু। পাখঙ ওন্নিংত্রাও মাদবো—? ঐগ মন্ত্রী মন্নুম কোমুং কামিন্নরুসি। হুজিক—মজাইবেম্না মোমোম্নবী—অমত্ত পোকপীহুবু ময়াকা নোকহনভব—নিপা ১ দা থাজরনি—সন্নবর ভৌনি হায়রে—।

ধন : হুপী মচা অম নোকহনববু কয়া লুনি—হায়হুন—হেন্না, ঐ নোকহনবিগে ?

থৌ : নোকহনববু ঙম্ভিরবদি মমাকইঙো—থোংজেক মীৎ—তাং, অহল-নহা—বেন্না লৈতে জাৎ বিজাৎ—হিন্দু মুসলমান—থায়রোই—অউনপোৎ—মপাকুন পৈথৎলম্ব সনা লুপা—মনি মুক্তা-, লৌ হিজোল-দোকান প্লোট মায়াপুন্নদগি, থোপচিন্নব-পুন্বনি—তঙ্খায় অম অউনপোৎ ওইন উন্দোরিবা। লুকহারত্রা মমাকইঙোবু—ঙস্কি ?

ধন : চাকতি লোয়রে, চাত্রি। নঙদি চারত্রা—থর—চাখিসিদনা ?

থৌ : চাজগে—মায়—হায়হৈদে—। ইবেন নঙস্নু মুম্ন—তাও : ঐখোয় ইপুন মোমোম্নবীবু ময়াকা নোকহন ঙম্মদি—মমাক-ইঙো—ওইখ্রে—পাখঙ ঙন।

ইশৈ : ঐদি কমদৌহৈবা ?

ধন : নঙদি নঙ উঝাখোয়দ ইশৈ তন্থ। চৎচপ্রো।

ইশৈ : চৎলোই—।

থৌ : অমুক্ত থৎনখিন্নু ন্না লোইন তাদিখো—য়েজাংবু করিনো ইনে ঙসি ?

ইশৈ : থাবকা মাইরেনয় থোংব—অম,লাইখ্রোই—পুন্নে—ইরোনব অমগ—।

থৌ : (মতীন-য়োংৎ—) হন্দক্ত মজাইবেম মোমোম্নবীসে থারৈবা-ঙগি পাইথ্রকপা লায়-পাখঙ অমন হন্নুব—হন্নুবীবু পাখঙ

লৈশাবী অলহুমব—হিদাক লাইর, তাকপিরম্মে। মপান্থু পাখঙ ওম্ বিলাক্ত। খঙদে আমেরিকাদ খঙরে চেনখিদোরে, মীওয়াংপশিংম মাখ্ হাখকে আকপ্পি- লাজে—চেঙ্গদগি কৌওইবি তুবানবিবগি।

ইশৈ : হৈপা—লায়পাখঙতুগদি কদায়দ থেংনরুবিবা—।

থৌ : লংকৈদ ছাত্রী মমান্নবশি গ চীংখা তময়া লক্ষ্যাংদ পিকনিক—লমচাক চাব চংমিন্নৈ হায়য়ে—। ইউ-এক-ও দা তোং চীংখোঙদ তারক—লায় পাখঙ অমন তাকপিরম মানে—মে মোন্নবীদ—

ধন : উম—উম—আগ্রে মৈবুন মান্ন—তারকই—হায়ব—বেলুন-গুম্ব ওইরম্ব য়াই—, থাদম্বু মী মৌকুরে—, তীর্থ চংনরে—লায়ক্ষেত্র মহৈ চাওক্লম্বু লৈ—হায়নৈ—ওকখ্রব—মতম্মে—।

ইশৈ : থবানমিচাক মথৌ—তারকপদ য়াওরক্লমম্বু মাই—।

থৌ : উ-ফো হায়বসিবু করি ওইবমদগে ইপু—মাইব—, পণ্ডিত অননি—।

ধন : উফে'—: উইনগে ফোংদোকপ পোং ওইরম্নি। কয়াদ হৈখ্রব ওকখ্রব মতম্মো—! চাক থিক্ত—মুপী—থেংখিনি, পাখঙসি—চাক য়াম্ন হাপ্প—; আইখোই চাত্রা নঙকো পাখঙ—? ওক্রা ওম্মু—লৈরো লৌবিয়ু—চামিন্নসি—, নহা ওন্নখ্রবদি তম্ব ওমদে মহৈ মহৈ চংনখিনি—। হুম্বী—চাক—থিরুরো

থৌদো : অওইবনি তম্ব-ওমদে—ইপু, রাখবদি ওংবাটৈ—চুপি—। করিগুম্ব নগুগি—ইরোশিংন মজাইবেম্মবু নোকহন ওম্মবদি ঐ লৌজগে মোমেন্নবী, ইপুগ ইবেনগবু পাখঙ—লৈশাবী ওলহুজগে, লৈবাক্কি ফমদো অচৌবম্বু হাপহনগে।

হন্নুব : য়াই—করিগুম্ব ঐগি ইহৈ ইশিংন অমত্ত পোকপীহুবু ময়াকা নোকহন গুম্দি—ঐ নহা ওন মমাকইবুংডো অমুক্তং ওইগে— নবেনবু নহা ওলহল্লগ ইশৈ জগোইগি ওঝ। দিরেক্টর—মতুংইনবী হাপহনগে—, নিপামচা নওবুন নিঙোল লাকপা হাপ্পিগে—।

ইশৈ : চাক থিবগি থবক লৈতে হন্নুব শুন্নুকোক—।

ধন : ফাগী তৌবনি ইমানী নহা ওইহৌরলোইয়ে—।

চাক চাথোকসি ইশৈহনবী—, ফিগে কনেক শেৎকৎলু, ইঙ্গিনায় ইন্নফি—ইনথৎলু, লৈজব শনারক শিঙ্জিল্ল, সনাখুজী—হৈ—ঐগি খামেনচং কৈজোম—নিংথৌ—মনা-ফি, রেশম ফুরিং শাইগকপা কদায় থমখি পুথোকউ—নিংশিংউ

হন্নবী : ভাবুদ য়াওরম্মি-, লুক-হাদোকপিথো—নিপামচা চায়বো ওক্তি মথৈ হাপ্পব

খোদৌ : হাওখ্রেদা চাক এঙ্গাংসি ইস্কাল। মুক্তিগি স্নুম হায়ন চারবদি—পাখঙ লৈশাবী ওনব য়ারোই

হন্নুব : কদায়দৈনো ঙসিদি ভাত্তেকপ ফংদহুন—খৈদেন থোকউ য়াদে—পাউদর থাব— মকোক্ত কাপ অমুব থানি-ইশৈ ওজাগ মুমিং থানখ্রে হায়হুন --। চাক হাপহল্ল

থৌ : চন্দ্রপ্র'মুক্তং থাদবিয়ু ইস্কাল।

( মমিং মপি--কপ্পি )

ইশৈ : করিনো পাথং নমীং—নপি? চাক্ত ভাহৈদে।

থৌ : ইমা লুপ্রাবীত্ব করি চারমদগে খল্লরে ইস্কাল—।

(হৌক হৌক কপ্পি )

——— –

## মন্ত্রীমনগি অরোৎপ থৃম কা

মুংদাং—টেবিলদ নুংশেল অম থম মোর্দন ফিজেৎ সালবার কমিল্ল তপ নপ্পি—মকোক্তন মীতৈ কক্সেংলৈ হাপ্প মশক য়েংজরি—মেক অপ তৌরি উরুম লৈম—

কোম্নুংজাও স্নট তাই তৌ লাক্লগ।

কোম্নুং : করিনো উরুম লৈম ? অতিয়াদ থোকশ—হুমিৎপু নশমগি লৈচীল্লক্ত লোৎশিন মেনকা জগোষ্ট শারুগেরা কদায়দনো ? ঐথোয় য়েংব য়ারোইদ্র' ?

উরুম : য়ারোই নখোয় ভোট্‌র ওইদ্রিব অঙাংদি। মিলিটারী সিমিত্রিদ পাবফোং কুইজ, ববি লাওনব, থাম্ব অহিংদ মংভমদ পাংদৌরি।

কোম্নুং : মতুদ য়াওরুনব বার্ত্তান ঐঙোন্দম্নু তৌরকই।

উরুম : অয়ানথুভম ফংলব থরাইমিন নীংখা তম্ন ঙাংনিংব শকনিংব-শাকব তায়—নঙ কবি লায় শারগ চৎলুদৌরি ?

কোম্নুং : ঐহাক মহাদেবগি—মনাই নন্দিয়া ভৃঙ্গিবা অম শারগ চৎনীংই—পাবু' শর্ব্বনামদা হংগে, লাকত্রিবা য়াবিগদ্র থঙদে—।

উরুম : নঙবু পাবুংগি ফনব নীংব নিপাবাও শকুনিন দুর্যোধন মহা-রাজবু হাৎনীং শেম্নব—শিনলাংব মন্ত্রী শাথিবগুম তৌবিব নত্রাও ? মঙ্গোন্দ করি তাম্নভম লৈ ?

কোম্নুং : তাম্ন শিম্নব হায়দুনি, মপু নীংব মাম্নব, ঐন পামজরিবদি নঙগুম্বী মেনকান ইমাংদ মীহৌ জগোয় শারব ঐবু ফানীংপুম্নীং

উরু : হঙোইকোক নঙন অতুম্ব আশা লৈজরদি মহাদেবগি জটা মরক্ত থোকপ থামচেৎতু নয়াদ উম্মগ হুরকউ—ঐগি শমজীদ থেৎলো—।

কোন্নুং : থেওক য়ু —, ওসি অহিং মন্ত্রীমন্দু কদায়দ লেকদগে প্রী জ ?

উরু : ঐগি থরাই মিরবদু সর্ব্বনাশদুই অরেহ অকোম কেকু অহিংদ শেন্নব ঐনি, নওন মাগি অপাম্বা থৌ পাংনব—মুংথিন্দ খুৎলাই পান্বে ওইবগুম।

কোন্নুং : সোরী, নোংপোক শুরুংদ লৈরম্ব য়াই, ঐ থিরু খিগে— । ( চৎখি )

উরু : ওইদবদ ভানব তাব —, নত্রগদি—হিংব য়াব ' মঙ্গল লৈরিব পোংসে —মীনক্তা—নক্ষাক— শৌনম। অহোংব মীকত্তশিংগী অকএশিংবু তাম্বোকপ, চন্নেহন্নব—যেদ কোইন্ন অদ কোইনবু তাম্বোকপ —বাজাবদ চংহন্দবগুব—। (মথন্দ শোনব )

(চিংকি চিং খিবদ খব, মন্ত্রীমন—চুদাং ওইরব —কিজুব মক্কোক খুম ল্যাকই—)

মন্ত্রীমন : মাতা হারি ! কদায় লৈ ?

উরু : কনাবুনো ঐগা ? ঐদি মতাহারি নত্তে—, উরুম লৈবু— পুক্‌চেলশেংবী সতীনি—।

মন্ত্রী : নও মাতা হারি হায়মু খঙ্গরা শাওব উই।

উরু : থভিঙ অহানব ল্যাঙ্গাওদ স্পাই শা—অর্ম্মানশিংদসু এনাইজ— শিংদসু লানবাও অরোনব য়োনব মুপীথুনি। ফ্রান্সতা মাবু— কাপ্লগা হৎখি—থাজব য়োনবীচ।

মন্ত্রী : মাগি মতিক মগুনদি — ?

উরু : মগুন হায়গদ্রা— : মশক ফজে—, ফি শেৎতন জগোয় শাব হৈনৈ। চাউরব লাম্বী মকোকশিংদগি অরোনব পাউ থেম্মগ খওব ওম্মী, য়েরুবদ য়োন্নব।

মন্ত্রী : নওন ওসি কজেংলৈ উপ্লিবতু করিগিনো ?

উরু : কন্ঠা ওইব য়ারিগি সাক্ষীনি সি—ঐহাক থাম্নু মুমিৎ মওভমদা কবি লাওনব পাকফোং ফোংনব কুইজ হংনব য়াওজরুনি। মতুদ কজেংলৈ পুনি।

মন্ত্রী : কোম্নুংজাওন ঙসি ঐবু থিরমগে ?

টরু : কদায় লৈগে হংলম্মি — । ঐন তাকখিদে — মংভমদ লাকপীয়ু বার্তোন তৌরকপন্থু লেংবিরোইগ্রা ?

মন্ত্রী : ঐ চংলোই, অন্থবু লোন্নদি তাগনি — মখোয়ন — খন্ন নৈনবন্থু ! নঙনস্থু, ঐঙোন্দ লমন খুম্নব মখোয়ন লাক্করিবন্থু কুপ্ন খঙ্জিল্লকউ। সিদ ঙসি নঙস্থু লৈব য়াদে। কদায়দনো লোংলুসি ল.ও ?

(চংমিল্লখি)

———

২/১

## তৈখন মাণ্ডবতা, অম্মূক পূং ১১

মোমোন্নবী পারব ক্রেপ্ন শাব কাঙখন খন ফমুংদ — ফম্মি, ফম্মাংদ সনাই তাংবল থায়, মায়োক্নন সোফা ১, মাইখন খল্লগ ফমুং মতুংদ জজ শা মন্ত্রীমন ফম্মি।

মাণ্ডব অকোইবদ ভাবোক বিক থম্ন ফম্মি। দোলাই পাবন লাংগন্নু লাওরি।

মীনিন-মীখোল লাংব তায় ঃ

কোম্নুংজাও ঃ লাংবিগনো —, ব্রা নমসে ! অহল লমন লায়গুরু লৈবাক মচা খিবিক ! তৈখন কুম্মৈ হৌগদৌরে — কন্যান্নু জজ ওইবিগদব মপাবুংস্থু-লেংসিল্লুন লৈরে, হুজিক মরাইরক্ত — চিঠিখেলাগুম — বর ওইনীংব কেন্দিদেট মমিং চিংখংলনি —, ইন্টরভিয়ু তৌনব। মরাইবক্ত চে চিংখংলে কনাই মিংনো — অহানব চং মোমোন্নবীগ ব্রারী পূং ১ শাবদ ময়াকা নোকহল্লব লাইরক য়েংদৌব ? শ্রীতমচেং-খঙতনি ধু-তুধু-উ (মোইবুংন খোংই মীয়াম্ন থুবাক) (মশা পাব — পাখঙ ফাগী লীলা মী- মুপী শা পক্তৌব ১ — থেকনৌ চংলকই —)

মান চংলকপ য়েং—মোমোন্নবী ফমুংদৈ খোরক—ফমংদ সনাই তাংবন্দ ফম্মে।

৫: নমস্কার—ইবেম্মা, খেংবদ মীৎ থুপ্পি।

মো: ফম্মু নুপীমান—, ঐবু তুমিংলা নমীৎ থুপ্পি হায়দি—?

৫: থাগৎলা শাওরিবদি য়ুম্বান খঙদ, নুপা ওনবিদৌরব্র'।

মো: নমিং করি কৌই? অহল লমন শুন।

৫: ইমিংদি তমচেৎ কৌজে, ইমান চফু কংনানবী কৌজে ইপাদি মশক খঙহৌদ্রে—।।

মো: নমিংগি মতৌগুম তমচেৎ নঙবু তাংজ নপৎ হিংবজাৎলা? নরন্নাই হিংঙমদবা? তৎ, ইকাইব খর ব্রাৎপ মীতারা?

৫: থেংন য়ুম্বানবদি ইকাইনদ্রে হুজিক অদু ইকাইব ফনবা পুন্সিদ নপফম ১ লৈনব ওসি লায়বক য়েংজররি।

মো: করি শিন শূই?

৫: শুমাংদ মাগুবতা নোক রা যোনব য়াওজে।

মো: ফাগী হন্নাও হন্নাও তৌজকরগ মীন নোকপিদ্রবদি ইকাইদ্রাও।

৫: অচুম্ব—য়েংবিয়ু হায়রগ তৌব ফাগীদি নোকপিদ্রবসু—ইকাইনদে। চুম্ব খঙদে—লানব খঙদে—নোকপিদ য়াদে হায়ব কাংবুদুনি—নাকপিদ্র ইকাইনরিবসি।

মো: খুদম পীব ঙমগদ্রা—?

৫: দেশ সেবাদ পুক্নিং হকচাং লুপথুব মহাত্মাগান্ধী—কৈজোম মতেক ১ শেৎ ইন্নফি—মচা ১ ইন—বিলাতকি মহারানী বকিংহাম কোন্নুংদ অদুওৈ উন্নরুই—, চরা কয়ারক হেনথি বৃটিশ তাম্বোকখিনব—নোংমৈ পায়খিদে: খ্বাইদৈ ব্রাংব—ফাগীজাৎনি।

মো: ফাগী মখল কয়া শুই হায়নীংঙি—?

৫: অনীথক্তনি। অঙৌব জাৎ ১, অমুব জাৎ ১। কুইন চৎপ—

অচুম্ব ফাগী গান্ধী, যীশু—খৃষ্ট -, বুদ্ধ—খোয়ন তৌব—লোক্লীং রা শিংহু অণৌব-ফাগী জাংনি—! নঙ্গাই নামদ - খুবাক্ল থাম্লব্বদি অমত্তুদমু ও সিল্লগ থ হল্ল, —হাংতবন অথোইব ধর্ম্মনি - কয়া ফজখ্রব ফাগী অচুম্বনো—।

মো : অমুব ফাগীদি :

ৎ : শেল ফংলগ লোযবে হায়ত্তুন টেলিভিজন্দ চিত্র'হার উৎপসি অমুব ফাগী জাং—

মো : মরুম —য়েন করম্বন হান থোকখি ?

ৎ : ঙা মরুমদি শা উচেক্কগি হানখি—।

মো : য়েনগ য়েরুমগদি — ?

ৎ : য়েনগি মরুমদি যেন্না হাল্লি, মশান তাকচরে—।

মো : ফরে, থোকখ্রো—করিনো হায়নীংব ১ হায়রম্মগ—।

ৎ : হে ইবেম্মা—মোমোন্নবি ! নমীৎন—নোকফেৎ, চীম্বাম্ন শোলোনগুম উমগিন শাওরিব্রা রারিব্রা—? পেন নোকপিয়ু থাজনা থীজগে—ঐ নগুংলা। নমস্কার—।

মো : থেঙক য়ু —, মনাদি—মপান্দ ঙাযবিক্ল,

( চৎখি নিপা — Calling Bell খিংখি )

মন্ত্রীমন : হুজিক তমচেৎ - শ্রীখণ্ডত-কৌব - পাখঙহু কুমারী মোমোন্নবিগ য়াম্ন ফজন রারী শাখ্রে, অহুবু নোকহনবমক্তি—ঙনখিদে—। মরম অত্তুন মাগি মনাদি চহি ১ অয়ুক খুদিং—সনশা মো মো খোং চক্রীদ থাও শুম্ব—। ভেরী শোরী—।

কোম্মুং : হল্লো—! লাংবিরমু—মথংদ অতোপ্প মিংচে—অম—চিংখৎচরে—।

থোদোশিং থোদাম মচা। ( ধ-তু-ধু - ) মঙ্গাম্ন খুবাক খুনৈ — চংলক্লগা—মাগুবত।

থোঁদো : ইসৎ স্বর্গ হায়ন্থরা—সিবো ? ঐবু লমাংনরক্লা মুংশারেমা।

মো : করি থবক্কিনো—মীৎথক পাংথলিবহু— ?"

থৌদো : ( শৈরেং থীগুম ) : মতম কুইম ভারুজবতুং —

হৈবোং মথাদ ইন্নাকা—

উজনীং লায়রবৈ তম্ফা

মায়গৈ ভানবী থবা— !

হন্ডোই অমন উমথি য়াই—

লিশীংন য়েংলৈহৌ তিংডক

করম্নো শোইকদে ঐদি

পলেমদৈ বোর বোরা-ফংনি।

কেল্লসি সনা হৈবোং অমুনবি

ফরাংজী থাওমুং লেংসিন্সি।

মোমোন্দ নোকপী মোনা লিজাগুম—!

কাবিয়ু অমুক্তং তেনরা চিয়ান ?

( সুং-সুং কপ্পি )

মো : ফম্ ফান্দুদ—চীরোনগি শৈরাং নচীনবান্দ চিনি, থমুংদ মীনম থাও করি শিন শূই ?

থৌ : চে কলম পায়ব— ওইদ-রা খোমজিন অচুম্বা লীলানৌ পুখোকপ—।

মো : পকই—তোকওা খোমজিল্লগ লুকমাইদ ফৌ খৈদেন্দ কপ পোংশিংত—। অদোমবু য়ুম পাম্নব থিব খওওব্রাও ?

থৌ খওজদ্রি ইবেম্মগুম—, থিজরি মোমোরবিগুম।

মো : মিংদি করি ?

থৌ : থৌদো—।

মো থৌ তৌব মতৌ—থৌদৌ হায়বদি—verb ( ক্রিয়া ) ওইব তায়ে—।

থো : হোয়—তন্দব নিপানি।

মো : তাইবংপানসিদ লৈব মু'ঙাইবিরিব্রা ?

থো : মুংঙাইতদুন মহুৎ তাইব পান অতোপ্প অম—শেমদুন শান্নবনি।

মো : নহাক্কী তাইবং পান্দুন কবিদ হেন্ন ফদুন লৈব মুংঙাইদৌরিনো ?

থো : হুজিক ঐখোয় তাইবংপানসি মীচং মীথায় য়াম্ন নায়ন উই। মীচং সঙ্গন—, শাগে কা'লুপ খায়—, মু'ঙায়ব কা'বুন অদুম মুংঙাইগুম তৌই , লায়বক থীব কা'বুন প'নং ন' লৈ—

মো : কর্ম্মফল হায়দুনি, মান মান তৌজবগি মহৈ ফংনবনি—। নহান-পোক্ত করি কর্ম তৌরুবগিনো — হন্দক মপোক্ত থর মুংঙাইন পোকপ য়াওরকই।

থো : Poetic Justice—কাব্যগি অচুম্ব—বিচার উব ফংদন য়াওই তাইবংদদি, ঐগি লীলাদদি মীচং নাইদনব হোৎনজে।

মো : লায় খুৎসেমদগি লীলালেং খুৎসেম্ন চুম্বা—হেনব্রাও ?

থো : চুম চুমদব অশেংবদি হায়ব ঙমদ্রে—, লায় খুৎসেমত্ত পেন্দবদৈ লেংনবিব ব্রাব্রী লীলা—কয়া কয়ানি।

মো : লীলাদ বস কয়া শুই ?

থো : অমম অঙান, অব্রা মুংঙাই খায়বগুম হাস্যরস ( নোক্লিংব্রা ) অমশু' করুণরস কপ্পিংনৌনি ব্রা —অনীসিন মকনি। অতৈ ৭/৮ শুই হায়নৈ— মখোয়নী—মরক্ত' থম্ব য়াব - ।

মো : অদ্ভুদ—, ভয়ানক—, অঙকপ অকিব অনীদুই কদোম য়াওনি ?

থো : অদ্ভুদ—, অঙকপ খঙনীংব—খঙলগ মুংঙাইব—নোক্লিংব হাস্য রসকি মীচংনি—ভয়ানক অকিব অখংব ভূত থেংনব অথাক অবাও থেংনব - অশি অনা পি তাব—করুণ রসকা নক্লব। মতৌ অমুম্ন—বীররস, রৌদ্ররস শৃঙ্গার রসসু হাস্যরসকা নক্লরে। বীভৎস রসন করুণ রসকা, মরমদি দুশাসন মবুক্তগি ঈ খুজোক ভীমন কোৎল থকপদু পি তাব মহুংঙাই।

মো : অমম অঙান হাস্য করুণ, নোকপ—কপ্প অরা নুংঙাই—অনীদ থোক্লস্ত—অকপ অরাও—অশি অনা—করুণ রসন মরু নত্রাও ?

থো : নত্তে—হাস্যরসন মরুনি, পহিল্লা তারিখকুম্নজ:ংনি। রাখা কফোই অমুনবন চীংখায়হুন নোকপগুম নোকথোকপিয়ু—য়া কা—, ফজবহু উৎ। য়াম্ন রাই শংবিনি—।

মো : থাজদে—খিগৎলোই। হাস্যরসন পহিলা তারিখকুম করিগি মাকোক থংহন্দগে ?

থো : রস পোকপ নুঙাই লীলা শান্নগে হায়হুন — অহানবা শ্রীভগবান্ন যোগমায়া নত্রগ রাক্ষস বিদ্যা শিজিন্নরকপহ্ন হাস্যরসন ইন্সিনখিবনি। মীতৌতম মীহুৎসিন—রাক্ষসবিদ্যা

মোমোম্নবী মোনালিজা হায়বী ডাভিন্সিন য়েকখিব মোমোন—শত্তমহু শাওরিত্রা, রারিত্র,হরাওরিত্রা, কিরিত্রা, কপিংজিত্রা—, তুকচরিত্রা, ওক্লিত্রা হোয়রা মায়রা ?

হাস্যরসন পহিল্লা তারিখনে! পোকপ কুইত্রিব অঙাংদ হংলবস্থ তাক্লকনি। মবুক লাম ইন্থম কোন্ন কপ্পনে—

মো : অরাপোলোই লীলাদ করুণরসনা মিন্নুংশি পোকহন—পিচিংথ—, অকি অথংদ তু চুংহন থনুং শেংদোকপীবহ্ন হাস্যরসকী লীলান য়ৌব ঙমদে—। ( catharsis )

থো : হেরো হেরোইন শিখ্রগ ওক্রাগুম থোং চারনি হায়বগি নুংঙাইব নত্তে— ।

ওথেল্লোন রুমালদৈ থোকপ অরানব সাক্ষী থাজরু হৌদোং হাৎ লিংজেন্ন লাঞ্জদবী দেশদেমোনবু মেৎথৎখি, মশাবুস্থ থিন্দৎচখি ; কদায়দ নুংঙাইরিবনে ? কবিগি রায়েনচুন—(Poetic Justice) ফংবগী, কিংব—মচিং ফত্তবগি দণ্ডিদ কল্লক পেন্নে—, অম । অনীগুবদ শিখ্রিব অনীদো—ঐখোয় মরীমতা নত্তে :

হাস্যরস হায়সি ওইনম্ব— থুম্বওম্বনি। চিম্বান্দু খিৎত্তদি কাংবিয়ূ ফজব হেঙ্গংনব।

মো : কাংনীংদে—।

থৌ : অসাই খিত্তংদি কাখিগুম—

মো: জজগি রায়েন মপান্দ তাবিরু। বসকি রাফমতু কোন্ন য়েৎনসি।

থৌ : Thank you ( মপান থোকখি )

কোন্নুং : হুজিক থোকখিব শ্রীথোদো লমডানবী মচ মবৈ কন্ন যেৎনখি মোমোন্নবীগ—।

নোকহনবমক্তি ওম্ফাৎখিদে—। মরম অতুন—মহাক (থৌদো) চহি অম মরুকোক – নুক্তিগি য়ুম তরাদ চং, মীকোকশিংদ্দ হংলুব, নোংমদ পূং কয়া নোকই নুংঙাই, পূং কয়ান—নোক্তে— নুংঙাইতে থিগৎপ। কুমসি মোমোন্নবীবু নোকহমগুম— লুহোংখিদব থোক্লবদি নিপা সি নোংমৈ অমুক লাইবকয়েং য়াওব য়াই।

হেলো ! লাংবিরন্নু—মথংদ—মিংচে অম অমুক চিংখচ্চরেং, যন্ত্র-মন্ত্র ময়ূম মাইব ধনন্তরি—, চহি হুম্ফ ত্রাগি পাখণ্ড নহারুপ—পানা —( মোইবুং – ধুতূ – উ ধূ—! খোংখ )

চৈশু—কোক কোকশু—চংলক –মশা কোম্বরগ—মীয়াম সভাদ থু চিম্মি, ইপু লায়নক অমুক্ষ য়েংজরুগে ইশুশা— বোর শানৌ—। অহেম !

হনুব : কদায় কদায় নোকপ য়দবী অনাবীদে— ফম অম থারগ সিদ হিপ্পব, মরী অপৈংতু ঐ চুমথোকপিগে –ঈঙ্গনা পিঙ্গনা সুসুমিনা মরী অপৈব অম শোইদন য়াওরম্মনি, অতুন নোক্ত্রিবনি য়াওশঙ নুংশিৎত—নোকপ য়াদব নহা লৈব হৌনব্রা ? অংগ লাংদ্রে নতোন ৭ ভংগ থৎলকউ—। হৈ—নুপীমচা—! হিদাক—ঙাম্বক ১ থকসি–, নবেম্মতু পম্মগ থাংদোকউরো— !

মাইব লাক্লে—তাক্লু—চংলু—মরম ওকই—, মাইগুক য়া তম্বিনিহে নিপা নঙন পামজবত্নু ফাজব ঙম্নব—।

মো, ইপু মাইববু কনান কৌরবগে ?

হমুব : লৈবাক সগোন পাউন—কৌখৎপনে।

মো : মাইবশা চৎপবু খামেন চৎপ—ফৈজোন শেৎ, খুজীশি, রেশম ফুরিৎ শাইগক লিৎনব্রাও ?

হমুব : অনাবীহুন—নাব ফগৎ থোক্লবদি—মপ বুংন মাংবদ মজাইবেম্মত্নু দক্ষিনা তৌনি হায়নে—। মাগ লোইংতুন য়ুম হনখিবদ মতিকচাব ফিজোম্লেসে। ঙাইখো সেন্নু, নবেম্মত্নবু—লাইরা হৈ, হমুব হনুবীবু পাখঙ লৈশাবী ওলহন ঙম্মি হায়নব চুম্ব্রা ?

মো : কনা হায়রিনোনে ? নহা ওইনীং মাইব শাররিব্রা ইপু— ?

হমুব : হোইনহৈ—নবেম্মত্নু ফজে হায়নৈনে, মহাকপু নোকহন মমাক ইবুংঙো ওইজ—নহেম্মন চানবি ঐবু পাখঙ ওলহন—লমজাওদ দোলাই তোং চৎমিন্ন—নবেন হনুবী ইশৈ-হনবী মমাংদ কল্লক—অমুক্তং পেন্নীংবা—।

মো : হা—হা—! ( খংতোক কাউবদৈ নোকউ ) করিহন্ব মজাইবেম্মত্নুম নহ ওলহনব হৈতে হায়রদি—? কনাদ—য়োম্থোকখি তারে—মজাইবেম্মত্নু— ?

হমুব : কনাদম্নু য়োল্লোই—পীথোক্লোই—মাবু মুনব লাক্লবম্নু মহুৎতা থরাই—ওইন পীখিনি—মহাকপুন চন্দোল উপু মম্নুংদ লোৎসিন থম্মি—।

মো : ঙাইখো ইপু মাইব—। মথোয় ইবেন—ইশৈ হনবীহুবু—নঙ অহুক শাওরিব—করিগিনো ?

হমুব : ঐন মাইবশা চৎখ্রিঙৈ মথোয় উঝা মমীৎশেশহুন—শমজিম্নৈহুবু ফুরিৎখাও হাপ কোইপু পু-চৎলি হায়বতারকইব

চহি ৩০ হেল্লব, লমন অমুক্তুং খুম্নগে শিংলকইব—, মত্থই—ওমচান্নব—থন্নুংসে ।

মো : হা হা হা .. চৎলো য়ারে ইপু

হন্নুব : নামৎ শিং তোক্লদ্রা ঐবু ওসি, মজাইবেম মোমোন্নবীভুবু কৌথোকপ য়াররোইদ্রা ?

মো : নাব ফখ্রে—কৌথোক্তস্তু য়ারে মাইওকল্লা মাইবা । (ছন্নীক ক্রিং ২ )

হন্নুব : অচা চা—দাও য়াখিদ্রেদা ! ( চৎখি )

ওজা ঃ (on mike ) ঃ হুজিক নহারুশ পানাগি মাইব হন্নুব ধনন্তরিন থন্নুং চাকপ পাউতম অমন মজাইবেম্ম মোমোন্নবীবু—লায়ন নোকহনব ওমখ্রে— । হন্নুবন চেনখিদ্রবদি—চয়োল—অমগি মন্নুংদ লুহোংলনি— ।

( মোইবুং—ধু তুউ ধু )

কোন্নুং ঃ হল্লো ঃ ব্রা অমত্তদি তাবিখো : ওসি স্বয়ম্বর লোইরে । ভাবোক অতৈ, য়াওহৌদব কেন্দিদেটস্তু হনবিব য়ারনি । মাইথীব্রব উঝা তমচেৎ—মরু কোক্লগ থাও শুম্ব চহি অম য়াওব তারে, উঝা থৌদৌস্তু মরু কোক্লগ—নোংমদ য়ুমশিং ১০ থীব—থৌ প'য়খ্রে ।

মাইব হন্নুব ধনন্তরিবু মজাইবেম কাদ—পুশিল্লগ কুমারী ৭ না টব—অচৌব—ঈশিং অশাবদ থাদ শামপু সাবোন ইরুজবিরি—, লোইরগা সুট্—টাই তৌহ্নন পাখও মান্নব কোবদৌরি— ।

---

# সন্না ও থম্মোই মন্ত্রীমন্দ

অহিং নোংয়াই—, সিমিট্রি—( war ), মাস্ক উপ্প মীয়াম—, নীংখাতম্ন রাঙাংনব মীটিংদ লাকই - ফুরা, মণ্ডদ খিনব নুং——পাক—কয়া - হৈ পাম্বী—, লৈ পাম্বী কয়া—ফজন—ল্-নান্ন—হৌরি— !

( মিল মপু ঙানবী, ঈশৈ হনবী—, থোদো—, কোন্নুং-জাও—, x, নানৌ—, তমচেং—লৈশাবী—— )

মিলমপু : লাকচদবথৈ তোকচরে, মিটিং হৌরসে—।

লৈশা : মীয়াম পূল্লিসি করিগিনো ?

ঙানবী : থরদন ঙমদব থবক—মীয়াম্ন পাংনবনে।

কোন্নুং : মাইথুম উপ্পরিসি করি কান্নবৈনো ?

ইশৈ : শিরতুং শক খণ্ডনদে—খণ্ডন্দ্রবদি নীংখা তম্ন - ঙাংনীংব ঙাংবদ—থৌই।

নানৌ : ঙাংনীংব - পেন্ন ঙাং খ্বাইদৈ মুংঙাই লীলা—অমত শান্নসে।

x : করি লীলান খ্বাইদৈ—মুংঙাইগে ?

তমচেং : হেমলেট—, দেনমার্ককি।

লৈশা : দেনমার্ক হায়দি —? করম্ন মুংঙাই ?

থোদো : ঐথোয় লৈবাক্কি খনদ য়াই অতুম মুংঙাইনি—।

কোন্নুং : ঐগি পুক্লিংদদি মপা লৈতন—মুংঙাইব লীলাদি--থিবিজগি নিংথৌ ইদিপস - !

লৈশা : থিবিজ হায়দি হাইনৈ ইজিপ্তকি কোন্নুং অম—ওইবম তারে।

থোদো : মতুম্মু ঐথোয় লৈবাক্কি খনব য়াই অতুম মুংঙাইনি—। লৈবাক অমদ থোকখিব য়াই—থোক্লব য়াই—। মীগি রারীদি মী পূম্নমক্ত মুংঙাইভম থোকই।

তমচেৎ : নিংথৌমচা হেমলেটকি মপানিংথৌবু মখুড়া গুণ্ডান লোম্ন হাৎতোক—, মমাবু লৌ রানী অচুম কায়হন্দ মতম খর নিংথৌ ওইনা পানখি। মরাইবক থীরব হেমলেটন লমন খুম্নব হোৎনবদু মুংঙাই, মথরাইস্নু থাখি কল্লকই।

নানৌ : অচুম্ব—থৌদোক ঐখোয় লৈবাক্তস্নু থোকখি হায়ব য়াই—।

X : করম্না ? নাতৈ চাব—প্রমান চাব— করি লৈবগে ? অথণ্ডব হায়নসে।

নানৌ : ঐখোয় মায়াপুর হায়ব লৈবাকসি নিংথৌ পাল্লিব্রা ইপা শকপা—?

থৌদৌ : নিংথৌ পান্দ্রে—রাজকুমার—নখোয় কাকানা হাৎখ্রে হায়ব য়ারে লৈত্রবনিন—।

X : কাকা হায়বদু কনাদ তারে হুদে ?

থৌদৌ : নিংথৌ লৌখোকখিবদি প্রজাতন্ত্র চৎপ—, গনতন্ত্র হায়বদুন নও কাকা নিংথৌ হাৎপ ওইব তারে।

নানৌ : কাকা গনতন্ত্রদদি হেমলেটকি মহুৎশা মপা কায়নখ্রব প্রজা ঐখোয়ন করম্ন লমন খুমদগে ?

থৌদৌ : গনতন্ত্রগি মীহুৎ শা কারগ মন্ত্রী ওইরকপ মীফম্ভ য়াওদ্রাও ? মরন্নাই চামদ হুন্ফূদ্রামঙা ফুরিংখাওদ নম্মগ লৈবাক্কী ফনবা কুনমঙাদং তৌশিন্নরম্ব মন্ত্রী থিব রাগদ্রাও গনতন্ত্রগি মন্ত্রী ময়াম মরক্তগি ?

নানৌ : করি রারুনি মাযাপুবদদি হোংখ্রে—ঐখোয় পাবুং মন্ত্রীমন লমহূই মকোন থিবিয়ু লৈবাক্তগি লোম্ন সগুনতৌ পৈশিনখিব লন থুম—প্রজাশিংন লমনখুন চুম্মি। ঐখোয়বু নংহনব—ইপা নিংথৌ হাৎখিব গনতন্ত্রগি মন্ত্রীশিংন ওইরম্ব য়াই। গনতন্ত্রগি ভোট্রা কাব মন্ত্রীসিবু ফত্তব ১ ফাও য়াওদে অফব গুাক্তনি থনবিব্রা ? মমাশি কয়াবু রানী হাপখিব য়াওরম্মি মুম্ন থিয়ু।

অচেৎ : য়াও-এ, য়াম য়াও-এ—ইমা লুখ্রা লৌখি লুখাক চগুম-শোংহনখিবন খরবু কৈ-, করিনো ময়ুম হিঙোন সনা কান্নথোক,-মরো য়োষ্থোক—ফম মচা অমত্তং লেপসিন হৌবগি আশাদ মন্ত্রীমন্দ কৎশিল্লু—ঙাওতুন চংনব—হেমলেট কয়ানো ?

(খুবাক খুনৈ—)

নানৌ : লমন খুম্বা ভায়—থাজহল্লগ—হাংখিব—গনতন্ত্রগি অহোংব সর্ব্বনাম ব্লেকমার্কেট মন্ত্রী— ।

মিল : ঙাইখো—নহাশা — হেমলেট মহুংশা। দেনমার্ক—মায়াপুর ওইব য়াই, অমতু অমুক তাসি—থিবীজগি নিংথৌ ইদিপস ।

কোম্মুং : লায়গি নোংদম ! মপাহাৎলু হায়ব লৈ—কিনবদৈ পিক্লিঙৈ অতোপ্প লমদ ঈথৎত লংথোকউব অঙাং—, চাউরক্লগ মপাদৈ লাপ্ন লৈরুনব লাক্লগ খঙনদবদৈ—অশেংব মপা লায়স থেংন থংনবদৈ হাংখি—মপাবু। মীওৎপ sphinx কি পাকফোংম্নু ফোং হিংচাবীবু সমক্রদ পাইথহনখি, অন্নাব কোক্লব ইজিপ্তকি প্রজাবৃন্দন ইদিপসবু থিবিজদ—নিংথৌ হাপখি মপা লায়স হাংখিবদৈ লুখ্রা ওইহৌবী মমাবুন চংনরোলা মতুং ইন রানী হাপচিন—অঙকপ-নোংদম : মচা নিপা ২ মুপী ২ লাইবকথী ঙাক্ক পোকখি—।

অমচেং : মতুন কদায়দ করম হুংঙাইদৌরিবা ? ঐখোয় সুন্নাইদদি তাহৈদব রারী লীনহৈদব রারীনি হায়ননি।

কোম্মুং : হুংঙাইরিবদি রারী মরীদু দিটেক্তিব Story গুম্বনি হায়গন্রা মনীংদৈ হঙ্গংন লীবজাংনি। অহৌবদ থিবীজ প্রজা মীয়াম্ন লৈসাক্কি দশা-অশি অনা— সন-সগোল মরাইতাব—, চাক তাংব—ঈশিং তাংব — কোকহনবিয়ু, মতিক লৈব নিংথৌদ রাকৎখি — ইদিপসন অঙম্ব মতেং পীনি—রাশকখি। লায়স নিংথৌ হাংখিব লমন থুমদবদগি অন্না অনং দশা তারিবনি—

লমন থুম্মু তাকথি —, লাইফাও কাওব মাইব মাইবী - ক্বিথুম-
পুবশিংন। ইদিপসন পোৎন লমন থুম্মি হায়দুন থিগৎনখি—
মমৈদ লায়স হাংলুব নিশাদি মশামক ওইরম, খওদবদগি শাপ-
নংব ওক্রুব মমাবুম্মু রানী ওইন লৌরু ঙমথীরব, পুন্সিদু
থম্বালন মকারাম্ন Slow motionদা শাংপগুম কেনখি—লীলা
অরা পোলোইদ থুংলক ন্দুংঙাইহনখি।

লৈশা : মত্থন্ব রান্নীদুবু—ম য়াপুরগ। পক্রগদ্রা মুংঙাইগদ্রা— ? মান্নব থৌদোক খির ফংগদ্রা - ?

থোদৌ : চাউরাক্রু মান্নব থিব ফংগনিনা তাইবং মী ঙাক্লি—, লম অমদ মতম অমদ মীয়াম অমদ থোকথিবদু-অমুক হনব-ওইথোক্রব —নত্তে।

কোমুং : ঐথোয় মায়াপুরসিদ সর্ব্বনাম — মন্ত্রীমন দীনবন্ধুজীন লৈবাক্কি হিসাব শুখিরম্বদু—, মী কয়াবু ময়ুম হিঙ্গোল লৌ—, লুপা সনা মাংহন তাকহন মরু কোকহল্লগ, অথও অহৈ অশিংবশা, লমহুই মকোন্দ পৈশিন থমখ্রিবসি পানসিনব য়ান্নোইদ্রা ?

থোদৌ : প্রজাগী নিংথৌ লৈত্রে গনতন্ত্রধারনা মপা হাংকুম লাইয়স হাংখ্রে—। মুপী অঙাং লৈবাকপুম্বা নহা ওইরিবশিংদি— মন্ত্রীবু মপুরোইবগুম—উনব য়াই, কাংলুপ তিন্নব থরদ—, নত্তে কান্নরগ লোয়রে হায়ব হুনিয়ানে—। মহৈ হৈব মতিক মরল লৈব মন্ত্রী হায়বসি, নাপন্দি অতুম পকপকিন মহাক্রু লৈখাদ তারকপ কান্দ মঙ্গোন্দ শেন পীজখিব রানীশাবশিং নত্তবন কলক পেন্নে, অতৈ অউবশিংনা রানীশাবশিংদৈ মরুফাওকোক খোমগংখিব সন লুপা লমহুই মকোন্দা পৈখিবদু, মীগি থবক পাংবিরমদ্রবদি লমন তোন্দ্রাও চোপত্রাও—ইকাইব কয়া খওদব মীন—লৈবাক্কি কুম অচৌব—মপুশাবা পক্রাও ? শিজখিবন কে।

যোম্মুং—শিব ওমদব পা:দব, মীবু ওংলম্বশিংদি— চোম্মা —য়ান নোয়োক তাবগুন ইকাইব নংঙি ইদিপসকুম মমিৎ কোংথোকচ খাংখিব য়াই—।

অমচেং : ইদিপসতি খঙদন উদন মন্নাইবক থীবদৈ অগ্নাব ইকাইব দশা নংখিবনি, মরম্নাই মরাল করিনো—বিধাতাই—নোংদম। ঐখোয়—মন্ত্রীমন খঙন খঙন সেঞ্জাব , মীওৎপ—, মতিক-চাবদৈ হেন্না পাম্ব—, চোম্প, ইকাইব নাইদবশিংদি—মথৌ খঙদব—হুইদৈ হেন্না তোনবজাংনি—শিব ওমদ্রবদি শিহিং হিংনি নোরোক্কোমদ খৌরী ফাও ফুম।

মিলমম্ব : মন্ত্রীমন শিক্রখাকপু প্রজা ঐখোয়্নন রেক লিষ্টা পরেং লেং উয়েনগুম পৈম্নাদ ফাজিম থমগে হায়দন অমুক ইলেক্সন্দ থাগৎনব চুম্বা ? প্রজা ঐখোয়্নন মাবু হুইদৈ তোনব শানি হায়ন খঙথ্রব নম্রাও ? প্রজা ফত্তবদৈ—প্রজা পঙবদৈ মহুৎ—শক্তি পাম্ব ইকাইব নাইদব লমহুই থাগৎন লৈব'ক মাংহনবনে।

থৌদৌ : মতিক চাদবব্ শেন্না মেনখৎ, খনগৎ লৌখৎ মতিক চাববুন খম্মোক—লংথোক মীচং মীখায় নায়বসি—লৈবাক পৃন্নমক্কি—কয়' মাংনীংঙায়নো ? মীয়ামগি লোনচৎ শাজৎতা অকাংব কয়া অমাংব— চফুগুম্বা লংশিন্নব য়াওবদগি লৈখা তাহৌরিব—ময়াপুরনে। মন্ত্রীওইনি হায়তুন লৈবাক মীমাংদ লেমন থোরক্লগ চফুন অমাংব কোৎ সমাজদ লংশিনববু হুইগ—চাংদম্নদন অচম্ব ফুরিৎখাও চম্পনি হায়গদ্রা ? ( খুবাক—খুনৈ )

ভানবী : ইন্দোন ঈশৈহনবী—, ইহে, ঐখোয় লৈবাক মায়াপুরগি ম্নাইব মাইবী - মাইচৌ লায়গ পাও ফাওনব ওম্বশিংন—মাং-ভুংদ—থোকহিব— থোক্লদৌব উব তাব ফংবশিংন ঐখোয় লৈবাকসিন শুক নংনরিবগি মরম্ব করিনি হায়বগে ?

ঈশৈহনবী : মাইবী লায়তোংবীমক্তি নত্তে ঐ—, ঐন থাজবদি লৈবাক-সিন নংলিবসে অহুওৈ পাল্লম্ব নিংথৌহু হাংখিবগি লমম থুমগ্রি।

অপওব প্রজ্ঞা মমীং ফত্তব —, মনাস্থু তাথীবশিংন থনব — নিংথৌজ্ৰং—ইঙ্গং লৈতব,— রাজনীতি থওদবশিং মি —কাহেন্ন লন-থুম হুথ্রে থৈদোকখ্রে —কাংলোন থওদন - । মপোৎ-মরল মাংহৌব লায়রব প্রজাশিংন থিগৎত্রে, শিংগৎলু হায়নদ্রে.— হূরানব শাজৎ চংপ —মপুৎাব শিংদ রানী অচানবী ওইনীং লগ্নাই - সেনথুম কংসিনবত্তম তান্নে--চানবিনব হূরানমিন্নসি য়ানব। হূরানচিন্থী স্থক কনব উচী কাবিনব হৌদোং মতিক চান লৈতন করম মুংঙাইখৎতগে ? ( নোকনৈ—খুবাক )

মিল : Pied Paper of Hammelin তৌদ্রিথোং উচী ফাবত্থু থমত্রবদি গনতন্ত্র কান্নরোইদৌরি ( নোকপ —ময়াম )

তমচেং : লৈবাকসিন নংনম্নিবসি — নাইতোম —মুংঙাইনীংব— প্রজাশিং অপওব - অমদি মীনাই মরন্নাই—কনব ইকাইব থওদব—মন্ত্রী — শাব —শিংগ —( লৈব থোক্লবদি ) লৌতুনরগ থোকহনব য়াই —। ফংভম থোক্তবন মীমাংদৈ চাকলুক চিংসিনখ্রবদি —, চন্না হেনব য়াওব - নশান তাবনে—.।

থৌদৌ : প্রজা ঐখোয়রক্ত - মৈতান অশিব য়াওরক — লৈবাক অন্নাব নংনথি। অদুদৈ থীবিজগি অন্না—পোলোই মুংঙাই ন্নারীদস্থু প্রজান খিগৎনরক মন্নাল—লৈব ফা—লমন থুমব খিবত্থু—প্রজা অশিংব অথৌব—য়াওবননে— । ইদিপসতু—

মপানি থওনদ—হাৎখি শাওগৎন

লঙ্কাংদ থেঙ্গাইনরগ

লম্বীথৎপী পাকফোং ফোংলুবদৈ হিংচাবীদো

পাইথখি ঈপাক্লুং—

কাহনখি মপাই গাদীদ, মমাবুদি—

অত্থুম রানী ওইহন

শাপকি শক্তম্নাং ঈদপিস, থীবিজগি—

লায়পোক্লুম কনহৈশিং
সুংঙাই—পানখি মরাইলোং মত্তম থয়, সুংঙাই
পাপনি থঙজদ
প্রজা অশিংবন থিগৎলক উনরকখি
( মমীৎ পূম্মন ) পাপকি পোলোই—
লাইবক থৌবি মমাম্বু পীথোকখি
মত্তু—ফিজিদ—
করি নোংদম মথৌনি হায়সিগে
মীৎপাংব তনজব প্রজাসা ?

ঙানবী : মতিকচায় হায়নখিব নিপাদু—,
গনতন্ত্রগি ফিজোন শেৎচিন—,
মীয়ামগি—মীহুংশা—শায়োনলকখি,
হন্নাওনখি য়ঃ য়া লাও মায়াপুর—।
অহুবু—লৌনম লোংউপ—তান, সর্ব্বনাম,
ফকথ্রে—মনি—মুক্তা মায়াপুরদৈ—।
হুম্প্র—হী য়াই, পুকৈদৈ ফৌওইবি।
সগুণথোড তাহোরে থোজ্বুন্দি ফোংকোং।
কমন খুম্বতায় প্রজাশা— !
চেং পুখিবদ চেং শিংহন—,
ঙক ককখিবগি তান্ন মঙক মুন—
—ইমা লাওনরি চদংব চীনয়ান্ন—
( থৌব হেক লোইবদ য়ায়ালাও—খুবাক খু মী অতৈন থাগৎনব মত্তৌ উৎকনি )

———

# প্রজাই থুদোল-সন্নাও থম্মেহৈ

মোমোন্নবী য়াওংখঙ মাঙ্গোন—ফক অরোনথদ খোঙ্ব্রাইচন ফম—কোয়েং সলাই য়েং—, ফৈজোম কৌরপশেং লৈরুম অম ইন—হিদাকপু—খিল প্রোক প্রোক চিংই—হন্নুব (ধনন্তরি) মাইব—।

মুংসেন অচৌব ১ মাঙ্গোন্দ য়াল্লি; চৌকি ২, মোড়া ১ মু থাব-উই-।

শারী কোট শেংলিং মোমোন্নবীন মাং থা-মতুদ স্যুট টাইন কে-ব-পাখঙ—হকসেন চুঙ্গোই—থোরকই—মিংসেন য়েংমিন্নে—নোকমিন্নে। হন্নুব ঙকই, মতৌ উবদ।

হন্নুব : কনানো পাখঙন্থদে—কদায়দৈ—করন্না ?

মোমো : ঐন ঙহাক লৈতন পনব—বোদীগার্দ—হায়ন্থ নিপামচা-সিনে, নুপীগিজাৎত পোকপী—ঐখোয় অবলা জাতীদি হকসেন চুঙ্গোই ১বু শেন্নহন্দব য়াদেয়ে—। নত্তে—মতম্ম ফত্রবন গুন্দা—, ফুরিংখাও চপ, শেঙ্গাওলাক, নুপী লরুগন, নুপী চিংব ফাব-ইকাইদব-অথৌব-থবরদ ইনরিবা ময়ামন্থ ঙাকথোক্রব—নিপামচা—নপাম্বোম মশলন্থ কাপথংহন—নত্তিক—নপাঙ্গল নহৈ থর—উংলো—নঙ—পাবুং মাংদ— ?

চুঙ্গোই—( মক্তি শেম—হন্নুবদ মথুং লোন্ন থুরুম) মুক্তা, মন, থাংনা-ধনকা—থর তৌরগ—মশল উং শুগং পোজ তৌই।

হন্নুব : মসিন্না ঙরাং অহিং—চুরুট মনম হা হা, খোঙউপ গে গে খোং, কপ কপ চংপ -হৌদোংদো ?

মোমো : কদায়দৈনো-দা-লাইমিং লৌজত্রিব নগুণ থাংজত্রিব—নিপামচানে—।

হন্নুব : মমা মপান মুংশা থীনরমনি, থাদোকপিগ্রোদন অঙাংদো—?

মোমো : থিনবিরুগে তৌরিবনে কাঞ্চিপুরদ, হকচাং শাজেন ওইন-

লংথবানচিংস্থ কাখৎ কুমথ —, চেনখৎ চেম্থ ভাহাক শানরক— হৈমা—, খুদৈরা কৈজোমলা শেৎলিবদো ? ভরাং দর্জীন শীরকপ খোজ্রাও কোট কাহু—শেংচিন লিংসিন্নগ— হৈমক্কব—য়াকীং চৎ শানব য়াত্রাও— ? নহা ওইনীংত্রবাও ?

হন্নুব : লেপ্পাবী ৪/৫ ন ঐবু ইরুজবিনি হায়হু অয়ুক্ত নত্রাও ? টব অচৌব খুদেং অচৌবহু—ঐদি থাংজব ভমদে—নিপামচা অকমবসিবু খর থাংদোকহল্লম্ম্—অতুগ ঈশিং ঈরুজনব—, বাটিল ১০ মুক্তং পুখ্রী—অচৌবদগি সং হোলহল্লম্মো— ।

মোমো : কদায়দৈনো, অভাংন পুখ্রী অচৌবদগি ঈশিং হোনব য়াদে— ঈশিংদ—তাখ্রবদি—মমা মপান করি হায়নি ?

হন্নুব : ঈশিং হোনব ফাওব কান্নত্রিব অভাংহু হৈদোং লমকোইদি শাব হৈবদায়—খোঙভূপ—গেগে লাওন তোং— ? মৈখু মনম—হা হা কাম, কান্নাপাৎ নত্তে—মমা মপাদ—য়োকহনখ্রো- হৌদোংমচাদো—,—চুরুট মৈখুদো—। চাক তিংনববে—

মোমো : কদায়দৈনে—, হৌদোংমচানি চান্নন য়োকচরগে উচি ফাহনগে হায়ন পুরক্লবনে—, করম হায়ন হুজিক মূক ময়ুমদ থিন্দোকউদগে ? পোৎপূম্ব তাংনরব মত্তমনে—হোংইবসে উচি-উতীন—, চাক য়াম চংব চীন—।

হন্নুব : লাইজুখ্রবদি থাদোকপ রাব কানীগুম্ব—হেরোইনগুম্ব—ত্রগ ওইব—তারে—! তো—, লাইজুখ্রবী হন্নুবী অমম্থ লাক্ল করমে—ঐ—ভসি !

হন্নুবী : (লিকোনশি-কে-মৌ) রামত্ত হংজগে ? মন্ত্রীমনগি মজাইবেম্মা, মমিংন ক'র হায়য়ে, ফাক ফাক নোকপি হ'য়ত্রা—, ময়ুম পানবা খঙদহুন মাইব হন্নুবা ১ হৌদোং লম্বোইব য়োকপগুম য়োকলি হায়বহু সিদ ওইরত্রা ?

মোমোন : সিদ লৈরিব পাখণ্ডসি মানব্রা--য়েংউ—? ওম্মবদি ফারগ পুজখ্রে —, তাম্বোকপদ চৎলু য়াদ্রে—, চেংহী ফুংপ মনম—শংবৈ. চবোৎ অঙৌব মরা—, হৈজাংমপান মনমদ হৈনখ্রে চুখ্রে। মোড়াদা ফম্মো ইন্দোন ব্'রী শারম্মু, রা রাদি খৎনমু মী মমাংদ ইকাই। য়ুম শ'লম্মু—ঐ অঙাংসি খোঙ্পু গে গে লাওব অমত্তা লৈবিরুগে—, কোটোম্ন নম্মুগে লুহোংবগি খার্ত্রোন্দ হাপ্পব—। ( চংমিল্লখি )

হমুবী : মখোয়নী লুহোংবদ ঐখোয় উঝা মাইবন—অরাংভম ফম্মিব্র ? য়ুম শংলিব্রা— হিঙ্গোল কোই, সগোন মতু তক—, শজিক ফান সৈস ওইরব্রা, ইকাইব খণ্ডব্রবা অহনবো ?

হমুব : কনাগ লাকমিন্নে নও উঝা ঈশৈ তম্বিবতু য়াওরক্রা ? অতুক কেন শেৎ চা-লিককোন. ওসি নত্তে—ঐন লুহোংদৌরিবদে—মশেমনে ।

হমুবী : নও লুহোং হরাউ কুম্মে য়েংগে লাকপ নত্তে, অরোনব পাউ তারে—, নওবু সগোন শজিক ফানহন—শগোন মতু তক—মখোঙ হাম্বি—মথি শেংহন মীনাই ওইন থম্মে তাদুন হন্দোকে লাকপনি লুপা ১৫ রা ৫০ রা নমল হল্লম্মগা।

হমুব : লুহোংদৌব মুনিৎ হুম্নীদ ভায়রে হায়হুন ঐখোয় মজাইবেম্মন ঐবু মনাই লৈশবী ৭ ৮ হন মমু দ ইরোইব য়ার্ব লাইখুদোং অচোন টব হায় মখোয়ন অমদ থাদবিরগ চেংহী লুজবি—. সাবোন কোঙ্গোন্ন মীৎ থুপ্পন কৈনো—ঐ কুচুসি য়েংউনে পুলৈ কুচু মাল্লব্রুদ্রা ?

নওদি মুংদাং মুংদাং মথা-থং মুপীমচাশিংহু নেক্লগ হিপমিন্নব্রা ?

হমুবী : নওন স্বয়ম্বব চৎথিবদৈ হল্লক্রে তাবদ ঈশৈ উঝা তুনাম কৌহন্নে ঐবু মী থারক—, ঈশৈদ হৈবন কান্নব য়াংলি

জগোইসু তম্বিনি লাও হায়দুন, মুংদাং মুংদাং উঝা খোয়দ জগোই তম্ব চৎলি—য়েঙ্গাংসু হাওন পীজখ্রে—, এনাকথুন নিপাই অতোম্বী ওইদৌ শরুক —উঝান চানবিব ছাত্রী ওইজগে —ঐদি— : জগোয় থেকপ য়াররোই হঙ্গাম অরিবগুম্মে খুৎসে হায়ন খন্নরম্বদু, উঝান চানবিদুন থরাই য়াওন মেৎপি নম্বী তাকপি তম্বিরবাদুদদি হরাঙ্গমতোনদৌন থুজেং থোৎ :নৌব-জাৎনিকো ?

( মতিন য়োৎ-হন্নুব পৈথদুন য়েংই —হন্নুবীন মমাংদ মখুৎতু জগোই থেক—নৌ—কেথৈ "খিৎতা খেনতা ঘিম্বেৎতা—, তোলৈবীন ফক্লাংদ—, তানপ থোংবন উয়ান্দ '—(শক শায় )

হন্নুব : য়ুমদি শংদ্রে হুন্দোক্লেনে, অহিং অহিং—শোলোন থনম— ? জগোই রাশ য়াওরু লম্বাংদ—মাগুপ্তা— কৃষ্ণশাব—মতুং ইন্ন !

হন্নুবী : ক্লবকি পাখঙশিংন শংবিদা য়ুম্নুদৈ পালী নায়ন উঝা মাইব —ঙসিদি রা অশেংব ১ লোইনদব য়াদ্রে—। চরক চহিং নায় সুম লৈবনদি—কান্নপোৎ নত্তে।

মোমোন্নবি শংদুন মাগি সগোন সজিক ফান, মতু তক —মথোঙ শেংবি সুম শৈস ওইন লৈথখিদৌব ওইরদি—ইমানী থায়নরসি রা লোইথোকপিরো।

হন্নুব : নঙবু থায়নগে —লৌখিব নত্তে—ঈশৈ হনবী, লৈশাবী অমা অতোম্বী থম নঙ্গসু কায়নদ পুন্সিসি কমদোগে য়েংনীং তৌবনি, উৎসবকি মথেল —ময়ামদু—চাহৌ মথেল ১ সঙ্গোমছানা মথেল অমা লোংবগুম্বনে—। নঙসু খঙহৌব কান্ননি—চহি হুম্ফুগি মৌনহা। ঐন পাঙঙ ভনম্রবদি নঙসু নৌথদব য়াব্রাও কুর'ও মপান ঙাংশংন—শজিফু চৈরাও য়েন্নীংথাদ ?

হন্নুবী :—ঐ মাংজরে তোক্লে, ইশৈ হনবী—কুরাও মপানঙাং টুপি উপ্প দোলাইপাবদ তারে—মতোম্বী মাংদনবা শঙব থৌ পুবী :

ওহ—ইমা ইবেম্মা—! ঐগি—লাইবকসিবু—করি লাইবক্তি হায়সিগে অমুক খোইশাওন হিংদো ওইরদি ইমা ঐবু কৈদোন পোকপিরম্বনো ?

হন্নুব : করিনো করিনো—ইশৈহনবী, ঙাওরবা নঙবো ? কপকে তেংথাগে হায়রবদি—ঐখোয় লায়বক্সুমদ কুম্মগ কপ্পসি লাংজিংমতোন থুন্নব-পি শিন্দ্বহন নোংও চুথরো হায়ন লাওরুসে। মফমসিদি কোন্নুংগুম্বনি, নোকপ খেব-হরাও কুম্মে—জগোই ঈশৈ পুংলোনগি খিংভাম্ন।

হন্নুবী : নোক খেৎন য়াওশঙ ঈরাঙদ - আবের—তৈন - পিচকারী কাপ্পত্নন নুংঙাইবিহৌরো, ঐগদি থায়নরসে—রা লোই-থোক্লরুসে লৈকাই অহল—লমন—চৌকিদার নম্বর মমাংদ—অমুক্তদি শাক্ষী থম্মুসি—থায়নরব মনীংমখা তম্নরব—অমগ অমগ তৎনরে—থানরে হায়ত্নন রাখৈনরুসি—লুপা ৫০ খঙদে ১০০ খঙদে রাখৈসেন কোংনরুসি লাও—। ( চিংনৈ )

হন্নুব : ঐদি থায়মবদি ঙম্মোই - ইমানব য়াম্ম, অনীদ নত্তে - ৩/৪ লোন্নবম্ন য়াওই—মতিক মরল লৈবশিংন।

( চিংনবদে হন্নুবীন ঙম চিংলগ পুথোকখি—লৈশাবী ১/২ ন লোন্ন য়েং থিক থিক নোকহোই—। )

(Humorous music fades out)

---

## প্রজাই থুদোল : সম্নাও থম্মোই

মন্ত্রীমনগি ফমুংকা—চেবিল মচা ১,—চৌফি ১, ফোন রিসিভর, ঈশিং গ্লাস ফমুং—কাংথোন......লৈতেংপোৎ—

ফাইল য়েপ্ন য়েৎত ওইদ—নিপা—( কোম্নুংজাও ), হুপী লৈশাবী ঙায়নরি — মন্ত্রীমনবু — সহি তৌহন্নব—নত্রগ পাউ ভম্মগ করি তৌদগে পাউতাক—লৌনব—। মখুং তুংবুম্নব মন্ত্রীমন রাথন্দ ঈরুপ,-ঈরোই থোরকই, পায়জামা শেং খুদাংলাওবী লিং—নেহরুকোট মচা অমা নপ—। মীকা অমত্ত উদন ঙাওচৎচংলি - মথন্দ রা ঙাংই—। মুরুম মুরুম—শোল্লি—ফম্মাংদ — অমুকশু - মপান্দ — থোক মী-য়েংই-, অকিঅথং মতৌদ—; মাবু উরগ মতৌয়েং ঙকই কিরি—Reaction উৎলি :

মন্ত্রীমন : মাংজৌনন উবঙম্ব তুং মাং তুনা—সেক্সপীয়ারগি "জুলিয়স সীজারদা" য়াওব, কিথুম পুবন করি লাওখি সীজার উবদ, সিনেট ফমগে কারকপ উ Beware the ides of March চেকসিল্লকো সীজার—মার্চকি থায়াই। সীজারন থৌশাবিখিদে মমঙনি হায়দ্রন। ( ঙাহাক তুমিন্না চৎলগা )

"Cowards die many times before their deaths, the valiant never tastes of death but once"

পাংদবশিংদি য়াম্ন তোয়নশি মথোয়ন শিদ্রিবে মমাংদ। অথৌবদি অমুক্তগি হেন্ন অশিবগি মহাও তংদে।

( কোম্নুংজাওদ থংলাও লাও )

ঐবু কৈদৌঙৈ হাৎকনি হায়রি হা কোম্নুং ?

কাকথ্রুম—কৌথা, আলু মঙ্গ্রা—হা, মুলা— সলগোম—গাজর, শিং য়াঙং-তোকনীংকোক মরা চরোৎ অঙৌব-মর, মথোয়ন-?

মৌশাবি নঙদি খঙত্রা ঐবু কৈদোউঙে যজ্ঞগি মৈনুংদ থাদবি লানবিনি হায়রি—জলজন্তু ঈশিংমনুংদ তাব হৈকক থম্বৌ, লেক্ফ, থেম্বুং—ঙাসেপ ঙামহাই ঙাক্রা ঙারীল রাইখু থেংঙ্গ ঙা-কোরিয়ান-খোয়না ? করি পাউ লৈবগে ?

(অনীমু থগংলি ঙকই )

কোমুং : অয়াম্ব প্রজাশিংদি মথা মাইকৈ অমদি নোংচুপ থংব দিষ্ট্রীক্টা লৈবশিংবু হায়জরিব খোইবিনিংথৌ মকোন সনাবুন মান্ন অমুগ খোইরেম্ন য়াংকোক নত্তে ফৌরামুক পাক্ল খোইরা য়ান শারি। মথা মাইকৈদ নোংচুপ হারমদ মনীংদা—, মোইরাং লায়জীদ শাব খোইদি য়ুম্বুদ তাকপিব খুদোংথীব খোকপ য়াবগি খুত্তমনি হায়নৈ।

মন্ত্রী : অমুদি কেরসিন পেট্রোল হৈজিন মৈদ কং যজ্ঞ তৌব তায়।

লৈশা : ইস—কদায়দৈ অমুদি তৌহৈরম্মোই মামো।

মন্ত্রী : করিগি ? মহূপানব মখোয়ম মীগি হিঙ্গোন্দ পাট্টা পায়দন আইন খোশাদন ঐবু উশিত্তন শীংনরক্লবদি লান্দারক্লবদি অরৈব প.ম্বৈন মৈ—ঈশিং—নুংশিং খঙদে মখোয়বু তাম্নোকপ ঈনাংনি, ঈথৌনি। ক্ষেত্রিমচাই—ধর্ম্ম : ইতু অম ফোইখিবগি, ময়া অম ফকপ তায়, হূইনাও মচা অম হূখিবগি লমন অঙাং মমা তুনানবি অম ফাব তায়—।

কনানো মীয়ামহুৎ সর্ব্বনাম ঐন নিংবদথৌব নিংথৌগুম মীতৈন-মাইনোরিটি ওইরক্লদৌরব-মৈত্রেবাবসিদ ইনীং ওম্ন শেমগৎ-শাগৎ হায়গত্রা ওৎনৈব হায়গত্রা ইথৌ পাংথোকপদ থিংলগদৌব য়েৎলগদৌবসিবো ? অমুঙৈগি মীখা পোল্লমদব নিংথৌদো ঐন হুজিল্লবনে খঙঙো—।

( অনীমুন চেম্পিলক—ফ.ইল লাম্পিনব হানব তাল্লবদ থংই মথুৎন ঙাকই। )

ঙাইখো অম-মম—অকোন অহান—, নিশান হানব তায় –,
থাজইল্লগ হাংপ ঙম্বা মুপীব কোনব তায়,।
( নিশান মকোয় পায় নাল্লি, শাওরবি মুপীহুন মমায় খুম্মি )
নিপাগি কাইলহু য়েংই, চে খর সহি তৌই। পায়—

কোমুং : সার ঐখোয় কাংবুনি হায়হুন ওইজ—ওইথক-অচা অথক-ফংই মী থর্দি, মমুংদ-নিংঙাই মরূপ্তা য়াওই তারি—মখোয়ছু—কমদৌসিগে ?

মন্ত্রীমন ঃ ইতৈঙো—ঐবু—মশক মুন্ন খঙদব কাংবুনি—। অশেংব মশকু লেপ্পগ লৈখোম লৈনাং ওম্বোকহল্লু, সম্বী থর তোংলগ কক্লাং য়াই—তৌজব। প্রাইভেট আমী অসিদ মমিং চনব মখেৎ তোলোব হেঙ্গৎলনি—, তৌবদদি ট্রেনীং-থর—হেন্ন—লুব—খুৎলাই—নোংমৈ থঙদে বোম খঙদে—শিজিন্নব ঙম্নব।

লমহেনবশিংহু — হয়েংদি — মশক য়েংগে — ফোটো লৌরকউ কনা কনানো ?

কোমুং—কনি সার।

ইতৈঙো (মন্ত্রী) : রাজনীতি করিনো কোমুংজাউ ? —মী খুদিংদ মন্ত্রী কম কব য়াই থাজনব গণতন্ত্রগি ভোট—বাজার। শক্তি হেক পায়বগ পাঙ্গল কনব নিংথৌ ওইনব লাক্লব—, মীবু কিহনব দিক্টেতর—জরাসন্ধ - কংসগুম মনীংমথা তম্না মী ওৎপ-নৈবগী—, প্রজা মীয়াম্বু—থাজন লাওহন—"অকব—নিংথৌ, রায়েন চুমি জৈ!" খঙব্রা সেক্রেটরী ?

কোমুং ঃ খঙজরে সার। ( চৎখি )

মন্ত্রী ঃ কদায় নওদি করি করি ঃ

লৈশা : মুপীমচা থর থবক পীবিয়ু প্রাইভেট আর্মীদ চংলবসু চংজগে— Spy ওইয়ু ওইজগে—লান য়াও - য়াওজগে হায়বসু য়াওখি।

মন্ত্রী : কদায় কোটোদি ? ফুলসাইজ অমমম হাপকউ হায়্যু — । মশকপু কমদৌগে ? মশা মশান লাক — মশক উৎলো — রারী শারো হায়খো — Spy ওইনব লাকপস্নু য়াওরম্বা য়াই — খঙঙ্ অপাম্বী নহুৎ শিনীং, রানী ওইনীংবস্নু য়াওরম্বা য়াই ।

লৈ : য়াওদদি কো — । মন্ত্রী ইতৈঙো হায়ত্থন মিং — চৎপিরিবত্নু মরম লৈব মতিক চাবর্নি ।

মন্ত্রী : মশা মশাদ ঐগ উন্নৌ — হায়ত্থন অন্দরগ্রাউণ্ড — বাঙ্গলাদ থাজিল্লকউ — নোংমদ-অমমম — খর শাংন ইন্টরভিয়ু লৌত্রবদি ফত্তে — । নঙ - ওসি ছুটি - no night duty — ঐ খর রাবে — তুম্ব — য়াত্রা য়েংগে । (গুলী ১ চায়) ঈশিং গ্লাস অম পীযু ।

( পীরম্মু চৎখি )

ঈশিং খর থক্লগ — মকোক নাল্লি - হঙ্গৎ — হন্দা ওহাক — চৎলগ ফমুংদ চং হিপ্পি - খর খর — তুমথখি — খংন হৌগৎলি । কোইন য়েংই হৌগৎ — কনাম্নু উদ — ঈশিং খর য়োৎ — খুৎলায় — থি — মনাক্ত থম্মি — চৈ - ১ - ফমুংদ চং — তুম্ব থেমখি; Sleeping Pill ২/৩ চাশিল ঈশিং খর থকচিল — । ( থোঙদ কাক কাক থীনব ) — নাখোকপ — মখোল তায় —, নোং — মুংশিং উৎ — ঙংব — অকি — অথং মনীল থোঙদ কাক কাক খৎপ অহুম্নক — । মমঙদ খুম্মি —

মন্ত্রী : কনা কনানো ? করি পাম্মি ?

মুপীখোন : থোঙ হাংদোকও
ইতৈঙো — অন্দর গ্রাউণ্ড — বাঙ্গলাদ লন্নাই লন্নাই থবক ফংনব ইন্টরভিয়ু তৌনজরু — থাবিরকপনি পিএ কোনুংজাওনা ।

মন্ত্রী : মুপী — ভাক্ত্রা নখোয়বো ?

মুপী : মানি হোয় সার —

মন্ত্রী : অমমম চংঙকউ —, খুৎলাই — অরোনব য়াওব্রাও ? নফি কল্লু, হৈ —, বেগ অচৌব পায়রকনু, ছাটিন্দু মপান্দ — থনম্মু ।

ফি অচোনব—অচৌব অথাব থোংজিন্দ—য়াল্লম্মু।
মথুং শম্নরগ নর্জগি পোষাক শেংপি মন্থরা—তারকা—
সূর্পনখা লনা—নাম্না—কে—ন চংলকই

মন্থরা : ওসি অহিং ওপরেসন ঠিয়েটরদা হ্যাটি তাব নর্জ অহুম্নি
ঐন :—মন্থরা।

তারকা : ঐ, ইমিংনা—কুমারী তারকা—।

সূর্পনখা : ঐন—কুমারী সূর্পনখা—।

নিপাখোন : ঐখোয়স্থু চংলক্লগে থেংখ্রনি।

মন্ত্রীমন : হা কনা কনানো—নিপাখোনভাক্তা ? ( খং-হৌগং ফম্নি—
থক থক নিক - য়েং )

নিপাখোন : মতৈঙোদ—খুদোনপোং তম্ব লাকপ- ( চংলকই
মথং মথং—Operation য়াওব—Doctor শিংগি পোষাক
শেং— হৈজ্রাং—কাটি মৈথিঞ্জে মৈরৌ চৈগপ—হোরাই,
থাঙ্গোল, পায়জ থেঙ্গ পায়রক— ... )

দুর্যোধন : ঐহাক সিভিল সার্জন্নি—, হৈজ্রাং—কাটি এক্সপার্ট,
ইমিংন দুর্যোধন চেটার্জ্জী ; (ধমকাদ শিজিন্নৈ )।

ভীম : ঐহাক্ন এসিষ্টেন্ত সার্জন, মৈথিঞ্জে-মৈরৌ-চৈগপ শূব ;
ইমিংন ভীম বাহাদুর থাপা—। ( য়েংন থিনব, ওইন চপ্প)

কর্ণ : ঐন কর্ণ—গর্ভ—নাকোংদৈ, শৌব — য়েনবীনিংগুম।
খুংশূন হোরাই থাঙ্গোল।

অশ্বত্থামা : ঐন — অশ্বত্থামা, হার্ট ওপরেসন্দ পায়জ থেঙ্গুন
য়াওজৈ, —, মতম কুইনচংদনব—

নোংথাক খোংই মতম থর—লেপখ্রগ তুমিন লৈ সেকেণ্ড থর
অদুদৈ—আকাশবানী লাওথরকই—

আকাশ : হেল্লো - ! লৈথাদ তৌনরিব মীয়াম লৈবাক্কী থবক চিত্র-
গুপ্তশ্রীনা মুন্ন তম্বদৈ খঙলহুন নোংথক লায়-য়াম সুপ্রীম
কোর্টকি জজ ৭ না অরোইব রায়েপ মন্ত্রীমন নহাকি কর্মফল—
মতুং ইন—:

**প্রজাশিং' খুদোল ঃ** সন্নাও থমোই ওপরেসন তৌরগ সন্নাও থম্মোই অম নহাক্কিতুগ ওস্থোরুব তারে। মরু ওইব নগুন হায়গদ্রা নরাল হায়গদ্রা, মতৌঙৌ নওগি কর্ম্মতুদি মীয়াম প্রজাগি মহুং সর্ব্বনাম শারগ—মীয়ামগি ফনব চাউখৎনবনি হায়জিন্ন নয়ুমগি সুপী অঙাং নরন্নাইগি ওইজনব—হায়নৈ মীনাই মরন্নাই হায়দ্রু তৌরম্বগিনি –। অতোপ্প হিরম নশক নতৌ মতৌমানব—ধমকা, সুপী অঙাংন য়াব — নেতা শাবন চিংবদদি —80 Percent marks ফংই নত্ত –মতৌঙৌ। Doctor Surgeons, Nurses,

মতৌঙৌ—মন্ত্রীমনগি থম্মোই operation তৌরগ লৌথো ক্লো—, অতুগ সন্নাওগি অশেংব থম্মোই অমা খুদক্ত পানং সিনবিরো—খুদক্তা।

## Start at once

(মন্ত্রীমন মমঙদা চেল্লি—তান্নতুন ফায় ফমুংদ— হিপহন— লাক্লৈ ফানৈ—মখোঙ মখুং ফা পুন, পায়জ-থেঙ্গ হোরাইন লেন operation তৌই। Background দা ঈশৈ শকই কপ-লাওব নমহৎনব— Noisy African song like Rhythm. ডোক্তরশিংনা তান্ন তান্ন operation তৌবদ শোইব, হনব–, কপ্পি লাওই—, মচিন মেল্লি—কানী থিনৈ—সিরিঞ্জ থিনৈ—মখৌরী মেৎলু লাওব ঙমদনব। থবক্ক তান চান শক্কদৌব ঈশৈ থর মথাদ—লৈরে। ইমুংত্থু টিন অহাংব—কৌটা অহাংব গ্রোং গ্রাং লাওন তুনব ঙক্লব মাইখন–উপু অহাংব থর থম্ব—ফৈ-লাংনব।

Anaesthetic medicine পীদন operation তৌবদ কপ্প-লাও-থোংব তাদনব শকহনব

## অরাংব ঈশৈ (১)

ওই—হ—ও

খাঙও—খাঙও, ওহ মতৈঙো !

ওহ, শকহেনবা—লিন্দাওবা থাজহন্নহাংহৈ !

খাঙনবনে অতৈস্মু, তাইবং মীওইপোক !

নওনা ওৎখি মীন খাংখি মন্ত্রীওইরিবঁগে কাউরবরা নফম তারগা ?

মীন ওৎলবদি নওস্মু খাঙও ঙসি—, ফৌপুর ফৌশিং—চেং পুরগ চেং । (তান চান মন্ত্রীমন লাও-খোংই )

ওহ—হ !

কাউরব্রা সার ব্রাশকখিদো অঠুবৈ ? ভোট্রা থাদৌ সত্য, শেম্বিনিহে—নাশা নপাশক নমাশক নতৈঙোনে ঐগাক মীয়াম-ভুৎ, সর্ব্বনাম থাজহন্নহাংহৈ, ধমকা ঙৈব থৌঙম্ব নশানান্ন পো-কেটমার, সনাখোং লুপাখোং শুনুখোং থুমখোং. পুকৈ-ল গৈ সগুম্বোঙ হোনোরেবল লাকহুই কাউরব্রা ভিক্ষা ঝুলী নখুৎ লোন্ন—গরুড় শা ? (অয়ো ইমা লাও—কপ্পি হৌন)

দুর্য্যো : ইহে— ঙায়খো, Sister সুর্পনখা—। সম্নাও থম্মোই কদায় থম্মি ?

সুর্প : সোরী সার, ভোক্তর অশ্বত্থামা চূড়াস্থান—সম্নাও থম্মোই লৌথোকপিদৌবনি ।

অশ্বথা : ভেরী-সোরী, ঐদি ওন্নন তারুরে, মন্ত্রীমন সর্ব্বনামগিন হান্ন ওপরেসন্দ লৌথোকদ্রা হল্লরে । নেভর মাইন্দ ঐ মিনিট ৫ দা ফক্তে সম্নাও মচাই থম্মোইদি—দোক্তর কর্নগর্ভ, Please হেলপ me—. Sister মন্থরা—, নর্জ তারকা নখোয়স্মু খর য়াওরো হো

কর্ন : য়েস, ঐ য়াওরগে হৌগৎলম্মো !

তারকা : লাকও কুইব য়াদে। ( মন্ত্রীমন নাহেবা )

মন্ত্রী : অয়ো ইমা— অয়ো— ঐবু করম্মো ? ঐবু নিংশা হোনব ব্রারেদা ।

মন্থর : ওহাক্কং ওায়বক্তার—মীতোন্দ নখোয়ন ওায়খো—ওায়খো মুংওাইয়ক্লনি—। পোৎ হেংহন্নিনি—য়েক্সন হেল্লনি—চেং—থাও মকম খর ওায়খো, থবক পীনি, ঠিকা পীনি ঐট শিংদা য়া হংনি হায়খিবদো প্রজাশিং নওস্ত ক্ষারয়ো সার, হনরেম্বদ ল্যাকহুই—।

মন্ত্রী : অয়ো য়ো—, করিনে সিবো—মীগী থম্মোইবু লেনখায়রগ নুংদাং লিক্লা য়ৈহল্লিবসু করি ওপারেসন্নে? হা? পায়জ থেঙ্গ হোয়াই শুব ডোক্তর লমশিং? মুংশিব খুজদব্রাও? নথরাই পাল্লাও নখোয়বে। ডোক্তর রে বোট ওাক্লাও? য়োৎনা ধাতুন শাব—হংমী?

ঈশৈ (২)

হৈ—হৈ, ওাইখো হৈ, ওহাক্লনি হৈ
শোয়নব হায়সিঙী ওাইকং হৌনশানে
শোহত্রে সোরী হায়রিদনা—
সন্নাও থম্মোই থুংলরনি।
ওহ চাকও! মতৈঙো!
চেং পীয়ু চিনি য়াওন
কেরোসিন্দি কদায় লৈ—
ওাংখো হয়েং হচিং মশেম—
নোংজু মুংশ—রসন পীয়ু।
হো ও করম্মো লাইবক?
অওাং পিক্লি চাউব ওায়
অহন্ন ওাংগন শিব ওায়
লুট পার্টিন—ফমদা ওায়।
হিংব হায়বু—য়ান ওায়নে!
চাকওা—,—চাকওা!

ভীম : পুবল্লে হৈ—য়ারনো—।

হুর্য্যো : ঈ তারিবদো য়েংও— খুদোংদ হাপ্পকও — কৈনে ?
লৈবাক্ত চেম্মিবত্থ লেকশিল্লো পামুই।

মন্থরা : খুদোং লৈরে লে— ওহ—সিদ হাপসে—সম্নাও থম্মোইদো ?

মন্ত্রী : ঐবু কৈনো শিল্লে হাপ্পমি—সিবু মঙলা তাইবংলা ? অয়ো ইমা ! ঐবু করি ঈরালগি লক্করিবনো ভূতশা ? করম্বা ধর্ম্ম লৈতব লায়মুশিংনে নখোয়বে ? নিংশা হোনব য্যারে—ঐ.–হা–হ.–হা ঈশিংদ ঈর ক্করিব্রা মঙলাক্করিব্রা — ঐবে,— থর হৌদোকও— মীনাই মচাশা —অং: আঃ আঃ ঐ, য়াদ্রে—ঐ শিরে নহায়.—মীশক ওন্নরম্মি—মুম্ম য়েংউ ডাকুশা—
ঐদি ঈরাল লৈজদে—মীয়ামত্থং ওইজরম্ব—Popular—নেতা—শ্রীশ্রী মতৈঙো মন্ত্রী ওইরম্বত্থনে— আ.–আঃ —নফম কয়া হাপখিবদো ঐনে, নবুক অশিংপ যোড়াথাওদ রাইকুপ য়ানব-চেংবুম বিক থম্ম হানবিবদো নবুংঙো ঐনে—(লাওই)—
অয়ো ! অয়ো... — ...( noisy music)

ভীম : operation পার্টি. ডোকটর নর্জ লিংজেল —মাম্নব তায়—, দিফেক্তর মখৈ দিসকালিফ'ই তৌনি। থঙঙ্ - কোম্নুং কাঙজাউ অম্বারী— (এক্সন লাওবগ ঈশৈ music— )
লেনব লোয়রে. জৈ জগবন্ধু. হোরাই থাঙ্গোল,
( হোরাই লেন মথোল )
মতং মতৎ ককথৎলুহৈ : শিংলি নাওরী নগীং—শিংউ হৈজ্রাং· কাটি-থেংউনিহৈ থবোম্বীদ— ।
ওহ-পায়জ থেঙ্ ! মপা শোইনিকো !
এপেন্দিক্স মখৈদ তুপ্পব থবৎ কক।
ওহ চাকথাও মশীঙ্খা থীবোং থীরিল মমল তাংব অহাওবদ থিব
হোটেলন পাম্ব চীঙ্গাক মচং ঙাক্তনে
ওহ-নর্জশাবী, ঈজ্জং য়েংউ পার্টিগি, সুর্পনখা তারকা সিষ্টর সুপেরিওর মন্থরা, ফজন থম্মু থিবোং থীব্রিল মশিঙ্খা অর

স্পেশিয়ল মাংদনব ডোক্তর কর্নগর্ভ, হায়্বং পোষ্টমোর্টেম তৌরগ চোম্পনি। মাঙাগ্রে—হায়নরকপদ তাইবং ডোক্তরন জৈ জগবন্ধু !

( মঙলাক্লব অক লাও শিখিন, ফর ফর হায়রম্মগ তুমিন কৈথি।

দুর্যো : শোইগ্রে—হল্লসি—Pack up গেট্ট গঞ্জ ১০ রাংন থিনগনি হায়নরি—নুপী—ময়াম্ন—শেন খায়নরগ।

পামু দাকে ঐগাইঙো—চৈবাক য়াব লুচিংবা—নত্তুং কনান শিনবিদগে ?

নানৌ : ওহ পাবুং—মীকত্ত নচা নুংশিব খঙদব—নেতা—। মীপুম্ববু নমথাক লৌনমদ লোংউপ্ন উপ থম সনা লুশা—পুক্কে লংগৈদগি—লম্ন পেকপ ঙম্ব—পম্বো—! নঙন ঙরাং মঙলাক্লহুন শিরম্বদি—লৈবাক পুম্ব কল্লক পেম্ন নুংঙাইনরে—ইবুংঙো—লাইবকচাউ—লৈবাকপু অম্নুক চাংমান্নন কল্লকপেলহন—হরাওহনবদি—নপা লৈররোই অপোকপ নিপাথোক—। কল্লকপেন্ন হিংলম্মে - ওক্লে—ননীংথুংন পাল্লম্মে, লায়রৈবাক্ত—যমগি চৈরাক পীনিংব পীজসনু—অত্তুক তাইবঙদ নুংঙাইররবু—কৈনো। ও পম্বো।

ভীম : হিংচায়াতম থম্মোই, কিচক সেনাপতি মতৈঙোসি থাংথসে কোকথোংনা ?

হো হায়ে———জৈ জগবন্ধু !

হো হায়ো———খেচরী উতী— !

হো হায়ো———কংসগি থম্মোই !

দুর্যোধন : অমুক্ত ঙাইবিথো—ডোক্তর ভীম বাহাদুর থাপা—লোইফাংত্রিয়ে ওপরেসন—, অমুক্ত হনখিসে — ? করি হায়গে দোক্তর কর্নগর্ভ ?

কর্ণ : চুম্মি—সার্জন দুর্যোধন অমুক হন্দব য়াদ্রে—চাকথাওদ থাঙ্গোল য়াওখ্রে সোরী—, মবুক অচৌবত্ত হোরাইন লমমুক শাংন লেল্লগ—মৈথীজেন থিন্দোক লৌথোকহৌদব য়াদে।

অথখানা : Correct—হক্কে লৌরোক পাঙ্গাদ লৌমীশিংব-থাজোল —নপাং থাংলে-কোৎথাক—হন্থ চাক তাংলনি লাঙ্গকনি—।

ছুং'খা : Start Operation—ready Sister—nurses—Action :

ভীম : Operation is Successful—never mind, the Patient is dead of Course.

ডোক্তরশিং—নর্জশিং ফিংলপ চৎনখ্রে । Pathetic music is heard in low tone (Curtain)

---

২/৫

## হুপ্প নোং ঙানখৎলি।

অযুক—স্নুমাংদ—অশিবগি কু·ফিঙৌন কুপ লৈব উই—। মী থরন অরাব শকফমদ—লোপ্পি ফাম্ম। কোম্লুংজাউ—বঙ্গি ঞ্ৰ—ইঙে—বে—

কোম্লুং : পামুইদকে থৌওম্বা! লৈবাক্ল নুংশিনব— লুচিংবা—মী—অফবদ লায়না ঙন্তা লৌশিল্লি হাযনবন্থ চুম্ব তারে—।

লৈশা : নুংঙৌ মূর্ত্তি অম খৈদেনগি-গেট মোমোম্নবী. (কপ্পুন চেল্লক)

ও পাবুং নতিক নঙম শানবা—ইঙে! নবস অহুক লৈবন করম হায়ন শিম্নিনে—?—শেল সংগাই ১ ময়াদ ইল্লগ, ফিজিদ যেম্প্রিগ খুম্মুং কিকোই লৌওনবীষ্ঠবু থাদোকখিব য়াদব্রাও? পামুইদকো পন্থো অতাংব নহুং কনান শিনবিদগে—? লাইবক থীব-শিংগি মরূপ—প্রজান শেলবু পায়জরবদি অপাম্ব মতেংগা ওসি-পুজমকপ, পুকচেল-চাউব পাবুনে কৈদৌঙৈ-মায় হায়খিগে?

পামুইদকো পাবুং সরারেনগি মতিকৈল—, ইবুংঙো নঙন উত্তৌন খরবু—শামু ওলহন, চক্ষুয়োনভমদ কুনবী— অঙাওবী কয়াবু—আফিস কাহলত্তন শাম্নহন শিংজু বোরা চান্নহনবদ্ধবু—য়োং শক্তম—কনান—কাউনওমদগে ?

( অতৈস্থ জা জা কপ্পে—)

**CURTAIN**



# নুপী' অধিকার

## ( সেটয়র কমেদি :— টেট্রালোজীগি ৪শুব লীলা )

**লীলা—মীকোক :**

১। মন্ত্রীহন—(১)
২। মন্ত্রীয়াই (২)
৩। মন্ত্রী— (৩)
৪। মন্ত্রী — (৪)
৫। মন্ত্রী— (৫)
৬। লৈমহন
৭। লৈময়াইম
৮। লৈমতোন
৯। মৌনহা
১০। লৈনম্বী
১১। পাখঙ—(১)
১২। পাখঙ—(২)
১৩। নিপা — (১)
১৪। নিপা— (২)
১৫। অহল—(১)
১৬। অহল— (২)
১৭। অঙাং—(পা)—১
১৮। অঙাং (পা)—(২)
১৯। অঙাং—(পী)—১
২০। অঙাং (পী)—(২)
২১। পুলিশ ইনস্পেক্টর
২২। পুলিশ এস আই

———

# নুপী' আধিকার

## মতাং—(১)

মায়াপুরগি মন্ত্রীহন তাকাওমচাই বাঙলা মনুং ফমুং ড্রোইং-রুম—পুনব, ফজন লৈতেংলব কা অচৌবদনি। মতম্মা অহিং পুং ১০/১১ তাবদা, কা মনুংদা—। টেবিল অকোইব—,লিক্রী—গ্লাস, ফম্বব চৌকি ৪/৫, নুংশেল লেপ চনব—ফিরোল কয়া য়াম্বব—ফিয়ান, ফমুং অনানব, মোন মখাদ রিভোলবর—, ফেল্ট হেট, জীন খোঙ্গ্যাও—, টেলিফোন টেবিলদা ..   ...

লৈমহন—সারী ব্লাউজ কেরেপ চাদর মমায়দ পাউদর থা—মরেংবান্দ জীন খোঙ্গ্যাও য়ান, লোম থোরক—নুংশেলদ মশক য়েংলগ শেমজরি—কিরুক কিরুক য়েং—জীন্দু চাগত্রা য়েংই—তমহন। লাম্লপা—কাওমচান খোদেন্নি পাজামা কুর্টা কোট মতেক—মকোক্রা সন মচী ২ হাপ।

কাও :—অহেম—, লৈমহন! নখোয়বু ইবেম্মা কদায়দে লোংলিবগে? সাবিত্রী সেনাই লুচিংবী থা অম ফারে—নখোয়নি ট্রাইক—, চাথুম থোক—, সেনাবন—! নুপীগি অধিকার পীরসি হায়বগি বারেপ ওসি অহিং ঐখোয়সিদ—থম্মরনি। অচুপি, লাওনহে—, ক' মতপ ১ তং নখুংন ওম্লগা ইল্লোদনা?

(মমীংত উই: মী-ওই লায়-ওই-তোৌবী- মকোক্তা লুহব উম্নী Swimming dress শেংপী ফিঙ্গাও ইনবী হঙ্গং হন্দা চংথিব মাংখিব—)

তারিত্রা লৈমহন? (মতুংদ নুপীন লোম য়েংলে)

(চৌকি—১ লৌখোক ফম্মিন্নৈ মপান্দা—নুপী ময়াম খোন্দা লাওরকই :—

"সুপী"—অধিকার পীদব য়ারোই।" চয়োলসিদ পীত্রবদি—থা ১ সু চথখিনি। চাথুম—থোক। সেবা বন।

কাও : করম্নো মাংব ভারে মায়াপুর! পেন্দখোল্লাও দোং দাং—পোক্লাওবি, ষ্ট্রাইক-বন প্রোসেসন, থবক নোম্বা মহুৎ, মিটিং ফাইটিং, করিনো ধর্ম্মনীতিবু রাজনীতিদা থুংলাই ওইন ভোট থোম, মাতৃশক্তিবু খোইজাক ভীম্বো ক ওইন শিজিন্ন ভাজাও ফানব, পাউরার পায়নব খোইচোপ। মন্ত্রী ঐথোয়বু কল্লকই-বসি করি মতম্নো—গণতন্ত্র? ঐবুদি মন্ত্রীহনগি ফমসি থাদোক-পীবগে, মায়াপুরসি মুংলনি হায়হুন থাংবিবনে। ঐবু করি অরানব তৌগ্রগে? শেন চাখিবশিংহুদি প্রজাশিংন কংশিল্লক-পদগি লৌখিবনে—প্রজা নখোয়গী ফনবগীদমক। A minister can do no wrong মন্ত্রীদি অরানব তৌব ঙমদে, খঙভো।

থাজহল্লগ খোরকহন লৈহুংদগি সবী অমদি ফারুমত্রা? মহুগি চৈনল্লি—থাজহল্ল হাং—। ভোট থাদনি হায়রম্মগ হাংখিব শেজাও ময়ামহু থাজহল্লহাং প্রজাশিং নত্রা? রাজনীতিগি মাইথুম থাজহুনব হায়ব সম্নাও মকোক—, য়াও হামেং মমায়। (মমায়—মাবদ মচী মিংশিং থংই—, নুংশেনদ য়েংউ-)

হৈ! ঐঙোন্দসু কাওমচাই সুহুপ—মগী—। Press মম্নায়া—পীখিব crown হু—শেংলত্রা? মরম পীব ঙমগত্রা—খবরম্নালাসা? মীগি মিংচং মাংহনবগি শেল কয়াম তিংনি খঙত্রা?

লৈমহল : (জৌম-জীপ থোরক) : কেশ তৌনবিকমু—মীম ঙমখিনি-।

কাও : ঐংভোন্দ কাওমচাই সুহুপ উপহল্লিসি উত্রা?

লৈমহন : উদে—, ভাব কত্তহন উরিব ওইরিনি। সুপীদ থম চোপ্পি হায়হুনা, বিউটি কনটেষ্টা—Crown পীনবগুম—পীরমান। মমাংতৈদ শোইখিব লানখিব মিংশিংবিরুহ—খোইশাওনবনি-।

কাও (নুন্দ য়েংই) : য়াওদ্রবনে! (মঙোন্দা লাইগে হায়দুনা ওয়া চেন্সিল্লি—মচীমেং—, অমতুন চেল্লি -। টেবিলগি অকোইবদ)

লৈমহন : ব্রো ব্রো—বো! শোকপ য়াদে—, ষ্ট্রাইক তৌরি—চাখুম থোক. সেবাবন—! নুপীগি অধিকার—পীদবগি। (মমীং ফাকই)

(ক্রিং ক্রিং খিংলকই মপান্দগী)

লৈময়াই (সালয়ার শেং—কমেজ লিং—চাদর য়ান—, মথক্তা—লম্বোইবি' ফনেক—ইন্নফি য়াওংশং শেং-ইন, মকোক্ত—টুপি-মখুৎনা য়েম্পাক—পায়—ফিংন থোঙদা গাং গা থিল্লগা)

ইচেমা, থোঙ—হাংও! ইচেমা — থোঙ—। (লৈমহন্না থোঙ—হাংলে, য়াইমন লোল্লে—, নুংশেল মকমদ লোংলে। থোঙ অমুক খিনবদ—)

মন্ত্রী ২ : ঐ মন্ত্রী য়াইমনে, প্লীজ—!

(মন্ত্রীহন—হাংদোকউয়গ—চংহল্লক)

মন্ত্রী ১ : কৈদৌনরে—? তান্নবকইব্রা?

মন্ত্রী ২ : শোমদ লম্বোইবি মচা অম ভিক্ষা নিব—লাক্লম্ব্রা? করিনে—হুজিক্কান মৌনহাশিংদি লম্বোইবি জগোইশা—অহিংদা দোনেসন খায়—হায়নে? (কোইথি থি কাওথ—কাচীন)

লৈমহন : থা অম ফাদৌরে—পানা মরীগি—দিষ্ট্রিক্ট—হোলদা—নুপী ৪০০/৫০০ নুপ্তিগি অহিং অহিং লেকই—, কেম্প তৌরি। ওসিদি বিউটি কন্তেষ্ট—;Fashion Show কাম্বু—উংকনি হায়—। ঐখোয় য়াওকদৌরিবনি—।

মন্ত্রী ২ : সিদ লোংজিবি—লম্বোইবি মচাসি—বিউটি কনটেষ্ট য়াওরুদৌরিব্রা?

লৈময়াই : পায়বিরক্নু—অশেংবনি। ষ্ট্রাইক—তৌরি—চাখুম—থোক, সেবাবন——নুপীগি অধিকার পীদবগি—।(লাওরিয়ে)

মন্ত্রী—১ : কেমন শো উৎনি হায়বহু — ভাবোক য়াওগত্রা ? টিকেট নুপা কয়া কয়া ?

নৈমহন : নিপা অমত্তা য়েংহল্লোই— ?

১ : সিদৈ চংখিবদি গাড়ী কনান থৌনিনি ?

নৈহন : ঐখোয়নী—থৌজনি !

(মন্ত্রী ২ না লিক্রী থিরগা থরুব লাকখি। নুপী ২ না Fashion তৌরি —, মুংশেল মমাংদ Pose তৌরি —, কেরি থেক নৌ—চৎপ তম্মি )

(হুরান য়েংই— ফিয়ান মরুমদ ) মন্ত্রী ২ হু, মখোয়নীন থেকপ নৌব Fashion Show দা, হৌগৎলগ মমায় মমায় থেংনা —Ball dance তৌব উই—, মওহাদ তৌবগুম—। নৈবাক্ত মুক্রা থাদবগুম অমনা অমবু থাদখি। নুপী ২না উরগা নোক্ফেৎ কল্লকপেন Revolver পায়র মনীং নৈরগ চংখি। C.M.না ওবোং ১ ফিয়ান্দৈ লোথরগ মুপমিন্না তুমখি।

মপান্দা— থোঙান্দৈ ক্রিং ক্রিং খিং তাবদা, C.M. তন্না হৌগৎ মপান থোকখি। অমদুস্থ হৌগৎ মফিমরোল শেং-ইন — মুংশেল — য়েংই। মন্ত্রী অহুম পুরগ মন্ত্রীহন চংলকই— চৌকি ৫ পুথোক ফম্মিন্ন—মিটিং তৌনব শেম শারি।

মন্ত্রী ২ : কেম্পশিংদু য়েংবিরুরব্রা ? কদায় কদায় ?

৩ : মিটিং তৌহৌই— নোংপোক পানা কেম্পতা, অরাং পানাদ নুপী ময়াম লৌপা শান্নহৌই —নিপা চংহন্দে— !

৪ : নোংচুপ্তা হৌসি শান্নহৌই, লগাও থাওহৌই—Women's rights demand গী Fund খোম্নবা।

৫ : খ্বাইদৈ মুংঙাইরিব camp তি খা-পানাদা মৌনহা মৌহনুবী beauty contest— চহি গ্রুপ ২ গী—২০ দগী ৪০ ফাওবা A group, ৪০ দগী ৬০ ফাওবা B group rehearsal

তৌহৌই। Fund খোম্নবা, হয়েং মখোয় অধিকার ফংলগ Town Hall দা final ওইনা উৎকনি হায়।

২: মুপীন অমুক য়াম্না রাজনীতিদ চংনীংলবদি নিপা ঐখোয় য়ুমদ পোত্থা—অঙাং শেম্ন চাক থোং কৌস্নু তৌরসি ?—মখোয়দ শিন্নথোক্লসি। লৈবাক ঙাকপসিবু খৈদেন কাবদৌন—মুংঙাইব অরাইব থবক্‌ম খন্নরে।

মি ৩: মতমসিগি মায়াপুরগি সমস্যাময়াম—! চাক্ত তাংব, থবক ফংদব লায়রিকহৈ—, দোনেসন খোম্ব নহারোলগি রাথোক; খাজনা লোইশঙ মশীং হেন্সংলক, শেনখায় দোনেসন লাখ ১ দগী ১১ য়ৌব জাৎ—!

মি ৪: থবক লেপ্পব লালহৌ—বাজার বন, গাড়ী বন, আফিস ষ্ট্রাইক, স্কুল কলেজ ছাত্র-রাথোক—, ওঝাশিংগি পেন্দব তলব, ট্রান্সফর প্রোমোসন, আফিস রালাশিংগি তলব মান্নদব তলব থিংব চাদবদি য়াদ তখেল থাং নত্রগা দোনেসন খোম্ব য়াওব।

মি ৫: অচৌ অশাং অঙম অথৌ মন্ত্রীদৈ পিওন চাপ্রাসী—আফিস কাবশিংবু শেন চায়—, থবক মোৎলি, অরানব তৌই হায়ত্নন খবর কাগজদা—হোটেলদ খৈদেন্দা—ক্লব-ক্লবতা লমঙাওদ য়ুম খুদিংদ জা-জা ঙাংনরি, open secret লোল্লম্বদৈ ফোং-ফোং মন্ত্রী নত্তর অঙম অথৌনা মরীমতা মরুপ মপাং মুংশিনব-শিংগিদমক ক্বা মতপ অমনা চীন পৈনৈ কা হায়নবত্ তৌরম্ব য়াইকো—। মন্ত্রী ঐখোয়দি গনতন্ত্র পথাপ্ত' can do no wrong, অরানব তৌব ঙমদে।

ম ২: Correct, প্রজা মখোয়না খনবনিন মখোয়গি ফনবা—, মখোয়গি মীহুৎ মন্ত্রী ঐখোয়না তৌব থবক্তি লাল্লবসু অচুম্বনি, ফত্রবসু অকবনি, লৈবাক্তি মঙোল। লৈবাকি আইন কানুন,

morality, ধৰ্ম্ম—অধৰ্ম্ম, অক ফত্ত অচুম অরান, custom Tradition—লোনচৎ-শাজৎ ব্যবহার করি খলদা ওনগদগে ? কনাগী মীৎনা য়েংলগ বিচার তৌগদগে ? Delhi, London রাশীংটন্দা য়েংহনগদ্রা—প্রজাশিংগি মুংঙাই—য়াইফনব মীৎ-য়েংনা—য়েংওইদ্রা ? প্রজা হিংনব chemical balance অচুম্ব অকুপ্প খলনা ওল্লোইদ্রা। (খুবাক)

A minister in গনতন্ত্র চৎপ মায়াপুরদা Can do no wrong. অরানব তৌব ঙমদে —মন্ত্রীনা—, লাল্লবসু প্রজাদ তায়নৌ।

ম ১ : হুজিক হুজিক, ঐখোয় মাংদ নোংতাদবগি; শেঙ্গাও য়ুথিবদগি, চাক তাংব,—পোৎকি মমল রাতোন য়ৌ—, থবক ফংনদব—, লানহৌব নহারোল, কেন্দ্রদগি তোঙান চানীংব, গনতন্ত্র থম নিংথৌ হাপ্পিংব—, সংবিধান হোংনীংব— য়াম্ন লৈরি—। মখোয়সি থেংননব মুপী মন্ত্রী ৩দং হাপকংসি—ঐখোয় ৫ দগী ৩ দং তোকসি হায়ববু, কনা কনা তোকপিনীংব য়াওবগে ?

ম ৩ : ঐ অম পোথাজগে। মরমদি—প্রজাশিং ভাব তাদে—মতিক চাদে। নোং করিগি তাদে ? মুংশিংনা তন্দূন লৈথোকই—, সমক্রুদৈ ঈশিং মনীল থোম্মক্কে। করিগীনো মুংশিং নথৌ থৌশাদবা dereliction of Duty নত্র ? no sir, হঙোইন গোগা খোং তুম্ব - - গৌদোরক্কে। হঙোই নঙদি নথৌ তৌদ্রিব করিগিনো ? অহিংদা-পুখ্রি-থোংবান লম্বী-লম্মাং লীন য়াম্না থোক্লে--, ইথরাই কন্নব খুৎলাই মতিকগাব পীবিদে। শেঙ্গাও নঙনা—অরেম্বদ চাদিং তৌ নতিক নপা চাদন ইনাক খুনবগি মতৌ তম্ব project কয়া পায়থৎ লোকতাক ঈশিং কংফাল তেমথোক শেলথৈ মাংহন চানব চেং মাংহনবদি ? চাক চাদনা হিংব য়াত্রা ? প্রজাশিংনা হংব ঙমদে—, থিংব ঙমদে –, মায়া-পুরবু টোকিও বার্লিন-লণ্ডন-ওলহনবিগে হায়দ ধৰ্ম্মদ থাজ-

বগুম থাজে। খুং কত্তবদ সেনাপতি ওইজনীংদে—ঐ অম মন্ত্রীকমদগি কুমথজরে। ( চৌকিদগি লৈবাক্তা ফমথি খুং চিংনৈ ম ১)

ম ১ : **Thank you very much,** অতৈ কনা ?

ম ৪: ঐস্থ মন্ত্রীকম থাদোকচরগা মায়াপুরগি লৈমরোলশিংদ, খুদোং চাব পীজনীংই। নত্তে, নুপী-নিপা য়ুম পানমিন্নবদ য়ুম কায়ব অঙাংনুবী মহৈমশিং তন্তম খঙদ্রে, চারম থক্লম খঙদ্রে—। বাবা নঙবু—, ঐখোয় ইমা নুংশিব খঙদ্রবা হংলে—, মমাবু চাখুম চংহন্নীংলে। মাংদ খিল্লিব সমস্যা চীংজাও ময়াম্বু কিন্থনা ইফম থাদোকপ নত্তে, নুংশিরবী—ইচন ইচেশিংন লৈঙাক চুপ্পী পায়বদ মতিকচাব উজনীং ত্তৌবনি। ঐবু ঙাকপিন্নু—C.M. না। ( চৌকিদৈ কুমথ—লৈমায়দ ফমথি খুৎচিংনৈ )

ম ১ : Thank you very much. অতৈদি কনা ?

ম ৫: ঐস্থ চৌকিদৈ কুমথজব তারি। মরমদি পার্টি মন্নুংদ লিংজেল মান্নদব—, অঙম-অথৌনা উকন লৈ হায়ত্থন হায়ব ইন্দব—, খুংলায় পায়রে হায়ত্থন—থকসি থাসি নায়দব, মঙক হায়গৎ শেল য়াম্ন থৌব—মতিক চাদব নফমদা— চহিদা লিগীং ৬০দা ফংব নিপাদৈ য়াম্নবদ ৩০ দং পীয়ু থাদ ৩/৩ তরারক থিজো হায়বিদনা লুপা লাখ ১ পীয়ু, ২ পীয়ু খুদক্তা হায়ব হৌনব্রা ? থবক ফংদব নহারোলদ-donation চৎচৌ হায়ন হৌদোক-থিবত্থু মন্ত্রী নং৫ য়াঙমচা ঐনি। নহারোল পরশ পরশ ইনাক-খুলগংনিংব য়াম্ন য়াঙরে, মরম অত্থনস্থু মন্ত্রী ঐ নং ৫—ঙসিদৈ ইফম থাদোকচরে ? ঐবু ঙাকপিয়ু unemployment **Problem** খর শাফনব—য়েন্নত্থন চামিন-থকমিন্নব মতম ফজ্রিঙৈ হায়ব **Project** অমা চত্থধ য়াগদ্রা হায়ত্থন হৌদোক-চবনি, অত্থবু উতাংবীন উত্থ তুম্নব চাখোক্লীংব শোক্লাওবি য়াম্না

য়াওরকপন থাজরক্লে। ঐ donation minister, মং 5 থবক থাদোকচরে। কংস রাবনগুম্ব—নত্রবদি লৈবাকসি য়াররোই, sorry !

ম ১ : Thank you very much, অতৈদি—?

ম ২ : ইজ্জংকি মথক্তা মন্ত্রী ওইরুরে—, ভোট খোম্বদ লাওরুরে—চাকফি রাংহল্লোই—, মুংঙাইন থম্বিনি নচামুপী, ইকুবোক—ইনেম্বোক— ইচে-ইবাই, অতুগ ভূজিকপূ তসব থা কয়া পীবিদ কর্মচারীশিং—মবুকফাও থলহন্দ অঙাংশিং মমাবু—, করম্ব ইকাইখঙদব — নিঙোল মরানো হোনোরেবল মন্ত্রীনো ঐবে ? নত্তে. হনরেবল চীফমিনিষ্টর—, মায়াপুরসি লায়রব কোক্লসি হায়রবদি ননাও রা অমত্ত হঙ্গৎচগে ?

মন্ত্রী ২ : হায়রু মন্ত্রী ওইরগা ফুরিংখাও—হাং মতিক চাব মীশিংদ দান তৌব ঙমদব—, ব্রাহ্মন বৈষ্ণব মাইব মাইবীদা ধর্ম কর্ম, লায়বাও তাকপিবগী মনা মথুম কৎপ ঙমদব —, মন্দিরগি পুজারী, চর্চকি প্রীষ্ট, মসজিদকি মৌলানাশিংদ এলাউয়েন্স—পেন্সন পীব ঙমদব—, করিনো ইকাইখ্রপোৎনে, মমান অঙাংদ অমুত্ত ইম্নিংঙায় লৈতত্রন সঙ্গোম কোটাদ মথুৎ লোন্নবগুম চোপ-থ্রপোৎনি। করি উপায় লৈবগে লায়রব কোক্লবা থবক রানদি শূদন হাওরপ চানব—লেম্নপ শেং-লিংনবা ?

মন্ত্রী ২ : শেম্বোক রাংপ, শূনিংনব অশূমন চাউদবদগি লায়রনরিবনি। চাক লাম্নব মীদ পাপ পুন্যগি—অফ ফত্তগি বিচার লিঙ্গত্রা ? মতুনদি নিরুব খঙদে—লাকউব মুল্লব খঙদে অরৈবগা য়েন্নতুন চামিন্নব তায়—হায়ব আইন অম শেম্ব-য়াগত্রা, য়াত্রগ সরকারগি নোংমৈ থাজিন মুলগনব ফাহনব হাৎনরিব শূন্নরিব নমথাক লোনম, ধম্মন লোংখোন ইঞ্জিং ভোট ফানরিব, মুপীন "চাখুম থোক সেব বন "রাজনীতি য়াওরকইব—লৈত লায়র মেনব

ওন্মক্তব—মনীং থুংদব কয়ান ইন্নিলকপনে। অঙম অঙম লাক্নমুম্ নত্রগা হয়'ও হয়াও য়েম্নড়ন চারো, নখোয়ন থোকপ তৌনরে, সরকার ঐখোয়দ করিমত্তা য়াকংলমু হায়ব য়াগদ্রা ? লায়রব মীয়ায়' সত্যযুগক্কি অকব আইন্নি হ'য়নি, অরৈব খরনা - অজলগি আইন সমুদ্রদ লৈব ওায়ামগি আইন হায়নি। দোনেসন চংপ ভিক্ষা নিবশিংনা সনা মুহোর ৩০ দং নত্রগ লুপা লাখ ১/২ দং ভিক্ষা নিক্সরি —, পীত্রগ নথরাই ৫ত্থ গুলী অসিমগ ওম্নরসি হায়রদি অজলগি আইন ওলে। ইয়া চংপিদে ঐহাক মন্ত্রী ওইব তোকচরে। ( কমথি )

ম ১ : ইনাক থুম্নব—লৈবাকসি — মুংওাইংম্নব করি সগজেসয়ো পীবিরমদ্রে ?

ম ২ : লায়রব লৈবাক্কি হাণড়ন ভ'রা পীখিরোইদ্রা লক্ষীন কৌবিরি চংচরুগে—জাপানগি কোন্নুং লালহাম্নু দা· নন্থগা আমেরিকাগি কোন্নুং লৈমখোংদ, লৈবাকসি চহি ২০ দং বন্ধক থম্মরগ ইনাক থুঙংনব ইন্দষ্ট্রি কয়া মতিক চাব লিংখৎহনগে, লৈজরিব শেস্তোকক্কম- খোং ঈশিং-মুংশা মুংশিং ইন্দষ্ট্রি লৌ-শিং তুয়েল পাং কান্নব শেনহনগে। নীংব কায়বিমু - ঐগি মুং- শিরব প্রজাশিং !

ম ১ : শেলদি লৈতে —থম্নব য়াব য়াকম্নি। মন্ত্রী অহনবী - হৈশিংবি- শিংমু লাকখিসমু। Thank you very much মথংগী মন্ত্রী সভাদ থম্নদোব হিরম থর ফম থাদোকপীরম্মবমু—Suggest তৌবিরম্মু।

ম ৩ : নহারোল —অথোব নাওশেকশিংগি কাংলুপথে কৌথংলগা সংবিধানগি থকথন মথাদ য়ারেপ্পব —চান্ন-চিন্ন লৈতান লৈমিম্নব য়ানব। পোক্লাওবি থাদোক্নব—, কলম্ন সাধী ওইহনব। শান্তি লৈতন—, চাওখং থেংয়াং নিংথিন কৌথংপ য়াদে—,

কর "সন য়াদনব অরোন অথুপ থৌশিল থাদোকপ তায়—, পুকচেল শেংনব তায়—, শেঙ্গ:-থুমজাস্থু থাজনা ওইন কোংন ১০০ দা অম্বুক অম্বুক করুপ, শরুক থরনা এজেন্তশিংদ রাথে-শেল ওইনা য়েম্বোকপিব।

ম ৪ : অমুক শেমখিব সংবিধান্ন, ( লৈঙাক পথাপ ) হায়বসি মতম পূন্নমক্তা চানহনব ঙমদে : চহি ১০ মুক শুরগা খর শেমদোক শেমজিন, হেংদোক-হো জিন তৌব ফে। গনঃন্ত্রগি মন্ত্রি-শিংদ শক্তি য়াম্ন পীরগ প্রজাশিংগি মাংজে—, মীচং মীথায় নায়ব থুজিন খোরাং, পোৎয়েন শেনয়েন ফজদব য়াম্ন উবা ফংই। সংবিধান শেমদোকসি য়াপ্রবদি অমম্বদা নাথৈরিব অথৌব নহারোল অঙানবদ চোংথোয়ক্লো হায়ব য়ানীংদব য়াওরি। থবক পীবঙমদব, চাক পুক থলহনব ঙমদব লায়রব সরকারগি মথাদ হিংদৌশরুক এনাক থুনব ইপুরোইব থিসি হায়ব কংবুম্বু য়াম্মি।

ম ৫ : লম্বুন্দগি তোঙাঙ্গরগে ইনাকথুনব লৈবাক্ত চংজরগে —। লোয়-লম ওইজরগে, পুক থজনব যুম্বান-কৈবান ফগৎচনব হায়জরুবদ প্রজাতন্ত্রনা তাবিগদ্রা ? চাকফিগি মহুৎ লীচৈ নোংমৈ পীজর-ক্কদ্রা ? পুক থন্নব ফি থুংনব তানব তাইবং মীগি অধিকার নত্তব্রাও? মীজাউ অঙম অথৌন মীপিক তীন-কাওগুম্ব ঐথোয়বু নিংশিংহিরিব্রা ? অসিনচিংব লাওব্বিব.—খোংতেক মীৎতাং লাগর চুদৎনব লখা কয়ানো ?

ম ১ : লম্বুন্দগি তোঙান তাক্তরগে হায়তুনা লিংজেন চপ মান্নন সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌরব—, হিংসা য়াওদনা মীপূম থুদিংনা, মাই পাকপা ওইথোক্তব নত্তে।

নত্তে কঁরিগুম্ব লম্বুন্দুন য়াবিব থোক্লো, কনাদ করম্না ঐথোয় মায়াপুরসি বন্ধক থম্মুদগে নম্রগ করম্ব ফিভমদ লোই ওইজগে হায়রুদগে ?

ম ৫ : য়াবু য়াবিরক্লবদি খবর কয়াদ পৃথিবীগি, লাওথোকপ তারে : চাক চরা ২ নোংমদ পুক থর পীজো, ফিজেৎ চাকচা য়ুম্বান চাউথৎহল্লু চহি ১০ দা খওদে ২০ দা খওরে।

লৌউ শিংউ ইন্দ্রষ্টী মথল মধা, ঈশিং মুংশিং মুংশা, লৈবাক মতিক চাম লায়রব কোক্লবন হান্ন শেম্বিয়ু এনাক খুনবশিংগি মমীৎ থুগ্নর Town দা তাজমহল, আতিয়া-থেংপি দলাল কয়া, লায়রব নোক্লব সিনেমা টেলিভিজন-শেঙ্গং থৌরাং চাউন্দ Tram চেলহনব লৈনুংদ শুরুং হুং কয়া চাউথৎপ লৈবাক কয়াগি মতৌতম। লায়রবশিংপি লৌ উনব ঈশিং কেনেল, লম্বী থোঙ কোটেজ ইন্দষ্ট্রি মচা মচা, ফিশা লোন্সাগি লোন, লংলৈনব হার লৈনবন মমিং ওইনব শরদং। অনংব খুঞ্জা লায়রব লৌউবশিংগি ফগৎনব হান্ন পায়খৎকত্রা। য়ুম্বান ফরবশিংগি—মহাজন অচৌ অশাং মুংঙাইরবশিংগি—অকে অমৌ কুম্মে ফিগোং মীতৌ তম্নবন হান্ন পায়খৎকত্র। ? ইন্টর-নেসনেল air Port, market, হিদাকশঙ—লায়েংশঙ, মুংশিং মুংশাগি ইন্দস্ট্রী কয়া লিংখৎহনসে--নিলাম লাওসে শন্দোকসে। মথোয়ন শেম্বিত্রবনিন মীবু শেমহনব —, অতোনবী মচা ঐখোয় চাক-ফিদদি থুংনব ঐখোয় লৈবাকসি চহি ২০ দং শান্দোকসি কমদোগে য়েংবিয়ু লাওনব তারে। মতম সিদ ঐখোয়বু সুক নংহনবসি গনতন্ত্রগি মন্ত্রী মণ্ডল অরোন অথুপ কয় তৌবগুম্বগি শক্তি পায়বশিংগি শাপ নত্রা। হংলকপদ খুম্নিংঙায় লৈতে ইকাইজে।

ম ১ : ফরে মথংগি কেবিনেট মিটিং—দরবার শঙদা ফম মতমদা—লৈঙাক পথাপ শেমদোকপগি, তোঙন্ন তাজনাং সেসেস নিষ্ট-শিংশী—চাউথৎ থৌরাং পায়খৎপর লৌমী-শিল্পী লায়রব ফিভম চান্ত্রিবশিংগিন হায় লৌখৎপ Priority পীব-সহরদা তাজমহল

শাগৎপ film television studio লিব satelite থাগৎকম শাবন চিংবনা কোম্না পাংথোকপ—তারে—।

ওসিগিদি লোইশিল্লসি—। নমস্তে তৌনরগ চৎনখ্রে—পূম্নমক—।

ম ১, (গ্লাস ১ লিক্নীদৈ হৈরগ থকই)।

ম ৪: (চংলক্লগ) ব্বারৌবদি য়াদে ঐদি কাউতুন ক্ষমদি থাদোকউরে—মুপীমচা ঈমৌশিং অমত্তং ওঝা। হাশ্লিনব order থোকহৌদ্রো মহুমতং চানবিব তায়।

ম ১: ঐ তৌগে—, হয়েং উন্নসি।

ম ১: (নুংশেল মমাংদ চং য়েংই মশক): কাওমচা! ভায় নঙব্ মন্ত্রী ওইবসি খিত্রিবা? লৈবাক্কি ব্বাথোক লুম্নব ময়াম নমাংদ লল্লাম্মুং, শওম্মুং, নোংমৈবুং কয়া পৈহুন লৈরে—ননঙন্দা থোঙৎকে হায়হুনা, নতুংদা খংহল্লি—পোক্লাওবীন, দোংদাং খ্রাক খ্রাক, ফিস ফাস! য়েঙ্গাং মরক্তা আলু বম্মুদা য়াওরম মী কয়া শিনরে শোক্তরে, চাক্লুক মন্নুংদা গুলী য়াওরম্মোইদ্রা? চিংনদব য়াঁরক্রবসিদ মন্ত্রী ওইব লেপ্লিব্রা? লায়রব প্রজা—, নোংমতা মবুক নিংথিন থন্দব মীওোন্দগি ফিরোন ব্বাইরুরগ মীরক তিনব নত্তনা—মরন্নাই শুন লৈজদবশিংনা ঐথোয়বু করি হায়রিনি? অবলা পাঙনশোনবি মুজাশিংন নিপান ওাকপ ওমদ্রে লৈবাকসে মথোয়দ শিম্নরো লাওরি। ব্বাথন্দ কয়া লায়রবস্ম থবক্তা কয়া লুবগে খওনদে তাইবংমী। নিপাগি থৱাইমি তুংভম ওইবিশিংদ লৈওাক খুর্জী পায়হন চাং য়েং—হল্লগ, Trial and Error হায়বহুদদি খিহল্লগ ভাব তানি। হৈ! ইকাউ কাউই।

( Calling bell খিংবদ Police Inspector অমস্মুং S.I.

নোংমৈ অমমম পায় থাজনব মকমদৈ ফংকং চোংথোরক সালাম তৌরৈ। ) মখোয় কনা কনানো ১র, ২রা Security থবক্তা তেংবাংজগে অহিং অহিং—সুপীখৈনা camp কয়াদ লেকখিউদ হায়বহ্ ঙায়রিব্রা ?

ইন্‌সপেক্টর : ঙায়জরম্মি অনীমক, ফজনা লৈতেংলবী লুহোংব চৎপগি ফিজোন্দা, নোংয়াই মতুং পুং ১ তারবদুদদি—, মতম চাদ্রে হায়ত্তুন থিনবিরুরে।

ম ১: লম্বাঁদ করি করি থেংনৈ — ?

এস আই : Sir, লেশাবন্দী পার্টি অমন ফারে, মশা চেক তৌরে—,ময়া কাহন হা-হা-হা কামহল্লে, মফি হায়দোক ড্রগ চারুব্রা য়েংলগ নোংস্তানব ফাও থম্মনি হায়রে।

ম ১ : অদুদৈ করম্না নাম্বোরকপ ?

এস আই : উপায় অতৈ লৈত্রত্তুন—Sir, সি এম-গি সনামুহোর নম্ব চে ১ পুথোক উৎপদৈ থাদোরকপনি, লায়রিক পাব থোক্তবি-শিংত্তুন।

ম ১ : কদায়দৈ চে ? ঐগি সীলদ য়াওবা ?

এস আই : হোংকোং ফেসন ষ্টোবদৈ অসাই অয়ুক Ladies dresses খর order তৌবিবহ্ উৎপনি।

ম ১ : ইস ঐগি মিংদা থাদোক্লকপা ! — — উম : ঐবুদি প্রজ্ঞান মুংশিবিরিব ওইরে ! চৎলো—তুমজরুরো—।

( চৎখি ২ হু সালাম তৌরম )

কাও মচা : নও ওক্লে মন্ত্রী তোক্লো।

( মকোক্তে কাওমচি শাওন লৌথোক লৈবাক্ত থাদৈ—থুগাই। অদুগ নূংশেল য়েং লৈ।

———

## নুপী' অধিকার

### মতাং—২

অয়ূক পূং ১১, দববার শঙলেন কোম্নুংলম্বী, মীতৈ ফনেক মপান্নাই শেং ফুবিং মুগা মবীক মবীক হৎপ ... হাফ শারী খুনীং ৱাংবী তোং .. .. চে কয়া য়াওব ফাইল অমমম য়েপ আনোক উপ্প য়াও লৈমহন অমস্নুং লৈমতোন মন্ত্রী ওইরবী ২ য়াম্নী শাহ্নুন লাকই।

লৈমতোন: ওয়াং অহিংদি ইচেমা, তূম্ব য়াদে: মন্ত্রী ওইরবনি হায়হ্নুন নুপী ঐখোয়ন তৌজব শারিসি নীন নোক্নখিদ্রা হায়হ্নুনা।

লৈমহন: নিপান নোক্নবদি খরবু কৈ, মখোয়দগি ঐখোয়ন শক্তি মুনখ্রে হায়বগি শাওনীংহ্নুনা তৌরম্বা য়াইকে, নুপী খরদি কল্লক য়েংখিবোই হায়গদ্রা — মখোয়গি ওইজ ওইথক হেন্ন ফংহন্দোরিব ঐখোয়বু ওইহন্নীংদে। মহুমক্তা মীনাই নুবী শা—নুপী—অয়াম্ব হবাও হরাও যুম যুমদ—লৈনরি মপু মপুনা চানবিনবা সেবা ফজন তৌ। থীন থীন য়ৈবি চৈবি মিপা চাউজনীংবশিংদি অহুম খা ই— অয়ো অয়ো খোং, তানবু তাহ্নাকপিদ্রবদি খঞ্জ।

হুজিক ঐখোয়ন মন্ত্রী ওইববনি, নিপান নুপী ফুব, থীন তৌব য়াবরোই— । অহল লমংদগি ফংহৌব স্বত্ব, নিপা নুপী মচিন মৌপন্না—মান্নন য়েন্নব তায়। নিপান তৌব থবক খুদিংদ নুপীন তৌব—মহুৎ শিনব য়ারনি।

লৈমতোন: ইচেমা—, দিপার্টমেন্টশিংদ সবপ্রাইজ ভিজিট তৌরগ থবক নিংশিন তৌদব,—করন্সন্দি তৌবলঞ্জ থুমজা হৈনব বাবু সাহেবশিংবু দণ্ডি-পীব দিশমিশ তৌখিব—, মহুৎতা মতিক চাব নুপী শং শং হাপচিনব—কমদৌই ?

লৈহন : মতু তৌদব য়াদে—, পুকচেন্দা শেংন লৈবাক্কি ফনব—তৌসি—, থৌনা ফগুব য়াদে—করিবু কিরনি। হৈত্তবগীদি অহৈ অশিংগি পাউতাক লৌব—তায়। করিমতা সুংশা থীরুমু—, লৈবাকসি মাংহনব মুহংনব য়াদে—, থয়াই য়াওন, ইবুকশেংন ইশাগিদ য়েংদনা থবক তৌরবদ করি গ-চাউখৎলোই ?

লৈমতো : সুপীবু—মশান য়াদব নিপাদ থাজব-য়োম্হোকপ থিংনব আইন শেম্ব—তায়-।

লৈহন : শেমগদবনি। মরম চাদনা সুপী অঙাংবু-নিপান হুন্দোকপ থায়নবস্থু—আইন্ন থিংব—তায়—। হান্ন ওইরম্ব মন্ত্রীশিংনা তৌরম্ব খরচ—কাহেনব—, অয়ানব কয়া উৎন থুম্রম্বশিংতু থিগৎপ—তায়—। ফাগৎপ—তায়-।

লৈমতো : মন্ত্রীসু মী—ঙাক্কি-, অয়ানব তৌদম্মবদি মতিকচাব দত্তি—আইনগি মতুং ইন্ন ফংব—তায। লীশাং থা—মন্ত্রীদ শক্তি য়াম্ন—পীনব—, থিগৎনদবদগি-ডাকু-হুরানবফাও শেন-য়াম্ন তাল্লগা ভোট লৈ—মন্ত্রী-ওইনব—লাক্লরে—; লৌ উবিনব-মী—লৈরক্লরোই—।

লৈমহন : আফিস রোমদ হান্ন চংউথিসি--। খর ঙল্লিমানো—
(চৎমিম্নথি—)

(—তিং-তিং তিং)

লৈময়াইম : ঐদি থেংখ্রে হায়হুন পরপ পবপ লাকপ শায়—। দরবাবসিদি য়াম্ন ঙল্লম্মিদ'! মনীং আফিস্তা ফম্মরমদ্রা—(চংলি)

নিপা ২ : (চেথাওদা সারী ১ পু পবপ পরপ তাম্নরক): রামতা হায়জগে ইবেম্মা ? ইবেয়াইমা নৎপিদ্রাও ?

লৈময়াই : কনানো করিগিনো ?

নিপা ২ : মকোক্তুগি কম্ফোটর লৌথোক) ঐবু কাউবিরব্রা-ঐহাক অহুৈও, কৃষ্ণজন্ম সুমিত্তা লিকোল শাম্নমিম্নবদ ইবেম্মদা ঐন

হাপচবগে লিকোন, তথেন্নে হায়খি—। মহাক তথেন্নেনা খুম্বিখি, "হাপ্পিরোমে চিগোংলৈ।"

লৈময়াই : ঐ কাউরে নিংশিংব থোক্রে।

নিপা ২ : কৃষ্ণকুম মতুং চহিহুই থোরানী জন্ম নুমিৎতা ঐন শগোল কারু ১ থোরগা লাকপদ মহাবলী উমং মপাদ ইবেম্মদ থেংব তারে নুংশা খী, উমংলোম থৌজিনবদ শগোল্দগি তা-খুক উহুবাৎপদা ইবেম্মগী রুমাল অরাংব অনন-ঐগি অশোকপদ তেরাপাইবী মনা শুগাইরব থর য়োম্ন কিশিনবিখি—।

লৈ : ওহ—নিংশিংলে—! তা-নিংথেমজাউ! নহানখৈ কদায়দ—উদব কুইরে—।

নিপা ২ : ঐ—সায়রমন লাইবক—য়েংনীং আসাম চৎলুরে। নাগা-বাদ সন য়োনব কাংবুগি মতুং ইন—। হুরানব সন য়াওরমহুনা ঐসু মতেং পালুবগি চহি অহুমরোম ফাদোক তারুরে! অহুদগি চেকশাব য়াওরু শেল থর ফং হারীসি লৈরক নহাক্কি রুমালছু মহুৎ শীরুগে থোরক্লবনি।

লৈময়া : ওহ—জেলদ চহি ৩ থাংউবদি রাজরপোংনিনে—? ঐডোন্দ পীদোশরুক—অহুম থম্বিখো।

নিপা ২ : হুং, ইবেম্মগি তমথ্রবনি, জেলদ চহি ৩ লৈবহু নহাকপু নিংশিং ইরা রাখিদে—মহুই লমনশিংব ওইন লৌশিনবিয়ু সে?

লৈময়া : ডাইখে' ঐহাক মন্ত্রী ১ ওইরে—মায়াপুরসিগি—নুপীময়াম্না অধিকার তাল—ষ্ট্রাইক তৌ—চাথুম থোক সেবাবন থ' অমরে ম তৌরব মতুংদা—নুপী ৩ ঐগা থানা—মন্ত্রী ওইব য়াওদৌরে—। মীডোন্দে পোৎচৈ, ভা থুম, সনা লুপা লৌব য়াদ্রে।

নিপা ২ : কনামত উপোৎ নত্তে লৌশিনবিয়ু।

লৈময়া : লৈবাক মীয়ামগি মীং অকোইবদগি য়েংলকই খন্দব য়াদে। মন্ত্রী ওইরগ অরানব তৌব য়াদে। নিপা ময়ামগি মমাংদা নুপী

ঐখোয়ন কিদয়কম ওইব শাক্ষং চং থুদম অমা থনমদোরিনি। লেংও—মীনা উখিনি—, শেঙ্গা' থুমজাগি ওইরিনি হ য়রকনি পাউচেশিংনা।

নিপা ২ : কনি চংচরে, অদুগ তাঙ্গা চারবদি চপ্রাসীরা পিওনগা অমত্তং হাম্নিয়ো। য়াগত্রা ?

লৈমরাই : মুপী ওন্নবদি য়ানি থাজদে, ডোক্তরশিংদ তাম্নবিরু—, অদুগ থন্নসি—।

নিপা : থবক সেন থর থোকপ কংদনা লৈদৌ শরুক—মুপী ওনবনবু করগদ্বা থগুদ্রে।

(রাউণ্ড টেবিল ১ দরবার হোলদা লৈ, মতাই য়েং—ওইদা মনীংদা ৫ থায়। টেবিল মথক্তা টেলিফোন সেট, ফুল গ্লাস-নচিংবা লৈতেংপোং থরম্নু লৈ—।

টেলিফোন খিংলকপদ ইন্সপেক্টর চেন্সিল্লকই—। মুপী মন্ত্রী অহুমম্নু নাকল অতোপ্পদগী চংলকই—ফিংলপা ইন্স-পেক্টরন র'স্নী ওহাক সারগা থম্মি খেঙ্ক মু—হায়রগ !)

লৈমহন : কনাগো কাঁয় হায়রিবনে. ?

ইন্স : সি, এম লোংগ্রে. অতৈ অতৈ-য়ারী শাগ্নগদব লমহেন-তুংহন সংবিধান য়ানীংব-য়ানীংদব কাংবু কয়াম্নু চংগ্রে, থুংলরনি। য়েথায় থিনগাই তৌরকপ ওমদনব চেকসিনবিয়ু হায়বনি। (থোকখি)

লৈমতো : নি দোন্দি তিং-তিং গোংই।

লৈমহন : করিনত থগংকনু. মন্ত্রী ওইরগে চোংথোক্লব মুপী নত্র ? ননীং তয়া—মতাং চান অপাম্ব হায়গদবনি। নয়রাই অপাম্বা ডাংগদব নত্তে—, লৈবাক মীয়ামগি মীহুং ওইন লৈবাক্তি ফনবত তাংগদবনি।

(মাংদা ইন্সপেক্টরন মী তাম্থোক, সি, এম, মন্ত্রী নং ২, তোকপ্রব মন্ত্রী ৩, মন্ত্রী ৪, মন্ত্রী ৫, এম, আইনা মাংদ মী

ভাম্বোক চংলকপশিংন, মৌনহা লৈনম্বী, পাখঙ ১, পাখঙ ২, নিপা ১, নিপা ২, অহল ১, অহল ২ ...... ফন্তুনদি— : up stage Centre দা—C.M., য়েৎ থংবদ মথং মথং ম ২, মুপী মন্ত্রী ৩, মন্ত্রী ৪, মুপী ম ৫ মতু দ, Ex-minister ৩,৪ ৫ কম্মি ওইথংব নাবন্দ —

মাংথংব অনীব —লৈনম্বী + অহল —১

মৌনহা + অহল ২ + নিপা ১, পাখঙ ১ + পাখঙ ২ নিপা ২।

থম্মিব রাকমতু হোংবগ মাংদ ফম্মম্বনা তুংদ মরুম ওইরপ ফম্মখিব–, তুংদৈ মাংলোনদ চথংখিব। Inspector অমস্তুং S.I. না Down Stage wings অনীদা অমমম লেপ্পি।

মন্ত্রীহন (১) : হুজিক মন্ত্রীফম কোনহৌরিব ঐখোয় অনীনি। one two : লেপথংলি মতুংতা মুপীন শিলহৌনব ফম থাদোকখিব পুকচেল চাউরব মন্ত্রী অহুমতুনা, অমুক্তা লেপথংপিয়ু—No 3, 4, 5 লেপপুই। অহুমগি মতুংতা মন্ত্রী ওইখিবী থোনাকবি অহুমতুনা No 3, 4, 5, মুপী অহুমতু লেপথংখি।

( থুবাক থম্ম তপ্প তপ্প থুনৈ )

## অহানবা থম্ম কৈনদোব হিরম :

মায়াপুরগি য়ুম্বালোল :–নংশিবসি কোক্লব — করি করম তৌদগে ? মরু ওইনা শরুক য়াবিগনব মুপীন লৈনম্বী, নিপান —অহল ১ ( অনীদ হৌগংলগ ফংখি )

অনীশুবা হিরম্মা :—সংবধানগি য়েম্পাক মরুমদ—থরবু ভপথরবস্থু, চাম্মন লৈমিম্ম—য়ানব থম্মবদা – মরু ওইব শরুক য়াবিগদবশিং :—মৌনহ, অহল২, নিপা ১—অহুমসিনি

( হৌগংলগ মশক উংচৈ – )

অহুমশুব হিরম্মা :—মায়াপুর পেন্নত্রে সংবিধান হোংলসি জাপান্দা, জর্মানীদ, ইউ, এস, এ দা থঙদ—চহি ২০/৩০

বন্ধক থম্মগ শেমগৎহন্সি। শেৎপ চাব য়ুম্বা'ন কৈথাল Tender কৌনি। খর ফবগি মথাদ—লোয়লম ওই'ন থা'সে—? মরু ওইন শরুক য়াবিদোবশি'দি পাখঙ ১, পাখঙ ২ অমসুং নিপা ২। মশক উৎলি: পাখঙ ১দি monkey Cap লোখোকই, নিপা ১, নিপা ২ না আনোক অমুব উপ্লি:

মন্ত্রীহন ১: দরবারশঙদা লেং শিনবিবব ইবুংঙো — ইবেম্মাশিং অমসুং অকোয়বদা তাবিরিব—মায়াপুরগি প্রজাশিং, হুজিক লৈবাক্নী য়াইফ থোরাং লৈত-লায়র খন্নব হৌরনি, এজেন্দাদ লৈরিবসি অহানবদ খন্নদোব—

## মায়াপুরগি য়ুম্বাল্লোল:

মরু ওইনা নৈনব, য়াওবিদোব প্রজাশি'ন থাগৎপিরকপ মীহুৎ শ্রীমতি লৈনম্বী অমদি শ্রীমান অরাংপুরেন অহল—। শ্রীমতী লৈনম্বী—?

লৈনম্বী: অনবে'শল চীপ মিনিষ্টর অমদি অঙম-অথৌ য়াইতোং ফমদোং—, লা'য়নবিবনা লৈত লায়র নোংমদ চারা ১ পুক থন্ন চানরমত্রা চিংনবব প্রজা' লথা কয়া।

ননাই এ চহ ৪০ রোম গুজ.ব—য়ুম পাএকইবনা ২০ দশী ২০ লোম হেঞ্জরে —, লায়'বক্র ক্লাস টেন্দা পোথাজবি। লৈবাকি অধনী'তসু য়ুম্বাল্লোনগুম্বনি; জুরারি অমদ য়ুম্বাঞ্জরকই, হুজিক এনা পাঞ্জব য়ুমহু নেং য়ুবম্বগি যুদ্রে, চারা অমদি চাজরে —, শেৎন হন্নব ফিকা হেন্দোক্রবসু, নিংথম্ব শাগং পগি, য়ুম নোং য়ুবগি কিন্দিংঙাই লৈজদ্রে—। ঐবু য়ুম্বাল্লেন হৈ হায়ল্লুন মীয়াম্মা দরবারনা অর্থ নৈতীক সমস্যা খন্নব য়াওরু থাগৎপিরকপনি—। (থবনা খুবাক—খুই)

ননাই এন হৎচনীংইবদি: মায়াপুরসিনা অসুক লায়ররিবসি করিগিনো? মনীং তম্মা লৈঙাক খুজ্জী পায়রকইব চহি ৪০

হেল্লে। ম্নুম্বুবী ম্নুপী মন্ত্রী য়াওরমদবগির. ? বুজারী মন্ত্রী হৈহ্‌শিংব মশীং য়ামহ্নুনা—শরেং থোংবদ খরি থাকচিন, য়োংচাক আলু ঈরোনবদা থুমগি মহুং চিনি থাকলুহ্নুনা হাওতত্রা ? কনান করিগী লৈবাকসিবু অস্নুক নংহনবগে ? মপু পান্দব—কর্ম্মদা অরাংভম্না ফুরিংখাও চোম্নব পোংচৈ লৈবিত্রা ? শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মচা অমগি ক্বা তপ্নব স্নুম্নু টিন অচৌব অনী লৈখিবনরা ? চারা ২/২ পুক থন্দব লৈবাকসিদ হর্রাগাড়ী পার্কিং তৌকম থৈদেন অচৌবশিংদ অন্দরগ্রাউণ্ড পার্ক শাবদ শেন লোইনা—থাদবিথ্রবা ? তাজমহল মচা ১ শারগ মবুক থন্দব প্রজা ময়ামদ মমীংতি থঞ্জনব য়েংহনবিদৌরিত্রা ? লৈবাকপু নংহনব কনানো ? ফুরিংখাও চপ্প, —একাগাড়ী লাকপা অঙাংবুদি থীন য়ৈবি চৈবিরগ লৈবাকপু অস্নুক থীনা নংহনবশিংবু—রাবন মকোক করুগ শৌবগুম—লুট পার্টিগী পেরে শোইহল্লবদি চেংফুদ চেং তুংঙকওই। ( খুবাক খুই মরক্কস্নু মতুংদ ফম্বশিংন )

মন্ত্রী ১ : হুজিক লৈবাক্কি—মীহুং শাবি শ্রীমতী লৈনম্বীনা হংখিব ৱাহংশিংদি—মায়াপুরনা অস্নুক নংলিব করিগিনো ? মরম্নাই যুম্বাঞ্জরকইব চহি ৪০ হেল্লব ফাওব ? মন্ত্রী, অঙম অথৌ—য়াইতোং ফমদোং অফিসার অচৌবশিংনা অওৎপাশাবি, শরেং থোংবদা ক্ষরিস্নু থাকচিন চিনিস্নু থাকচিন মাংহনব হেঞ্জাং নত্রা ? মপু য়াওদবগুম — অফং অফং লাক্লব য়েন্নব কর্ম্মদা 'ফৈবেদা ফুরিংখাওদা ! হুজিক মপু অশেংব শাহুন থোরক্লগা মরাল লৈবশিংবু থিগৎলগ ফা—, দণ্ডি মতিকচাব — পীয়ু, লাওরকই। ওনেরেবল মন্ত্রী ওইরম্ব, শক্তি পায়রম্ব মফম চাউব অতৈনস্নু পাউথুম পীব তায়।

মন্ত্রী ২ : শ্রীমতী লৈনম্বীনা তাকপিখিবশিংহু তোকঙা ওইরবস্নু তাব — হুংঙাই ; অচুম্বস্নু খর ময়াওই। মুন্ন কুপ্প থিজিল্লবদি মন্ত্রীন

তৌখিকশিংত প্রজা মীয়াম্না পামজবদগি ইনসিনবদগি তৌখিব ঙাক্নি, মন্ত্রীশিংদি গনতন্ত্র পাপ্পা। অয়ানব তৌব ঙমদে। পেল্দ্রগদি পার্মিসন লৌরগ মথক্তগি, মন্ত্রীশিংবু কোর্টা পুখৎ-পিয়ু মরাসগি চৈরাক পীনব। (য়ানীংদব উৎনীং লাংব য়াওই "য়াজনীংদে" খুং থাঙ্গৎ—"অমুক্ত খুমজগে"

মন্ত্রী ১ : লাংবিখিনু — পেল্দব খুদিং ফোংদোক্লব মতম ফংবিনি—অয়াংব কোর্টা মীয়াম সভাদ নৈনখিনি বিচার তৌনখিনি—কমিটি শেম্মগ মরাল লৈব থিগৎখিনি।

মন্ত্রী ২ : মরাল লৈরবদোবদি —মুংশিং, মুংশা মতিক চাদব নোংন ফৌথোক ব্লাংহনব—, মরম্নাই ওইজবদ খনবশিংন—শেঙ্গাও পুরগা মনীংথোঙবা—কুল্লব ফাগৎপ—, (মনীং ফম্বা কাংবুন—য়ানীংদে—য়াজনীংদে— objection—অমুক্তা খুমজগে।')

মন্ত্রী ১ : অমুক্তা লাংবিখিনু—, মতাং চান খুম্বিব য়ানি, হুজিক ওহাক্তং ঙায়বিখো, মফমসি খৈদেন—নত্তে—। ঙাংগদব ঙাং-খিসনু, তাগদবনা তাবিখো। মায়াপুরগি যুম্বাললোনগি মরমদ অহল অয়াংপুরেন্না করি করি তাকপিনিংবা ?

অহল ১ : ননাই ঐ করিস্নু হৈজদে — থোইদোকপ, ষষ্ঠী-পূজা, নাহুৎপ শ্রাদ্ধ ফিরোই,—উৎসব অগৌব কীর্ত্তন্দদি—অয়াংভম ফমজৈ !

কর্ম্মদা শেনথাদরিব মপুহই য়েংহুনা মঙ্গল ওইনব--তৌবিবন অয়াংভমগি পান্দম্নি ! মায়াপুরদদি অয়াংভম কয়াগি ফুরিৎখাওদ ফিরৈন য়াম্ন য়েপ্পব থেংনরে—, ঈশৈ শকপদ—থাবিয়ু খন্নখিব তৌখিবহু—কম্বল শাল ৫০ চৎপি ১০০ চৎপি থৈদোক্লগা—খুদৈ, ফিরাং ১ চৎপি থাবিবা—দক্ষিনাসু অয়াং-ভমগি মরীমতা মরুপ মপাদ হঞ্জিন হঞ্জিন মীশক খন খন তৌখিব—, ফংভম থোকপ মতিক চাব লায়রব মীচমদন ইমিং ওইন খজিক্ত থুংবদগি—মায়াপুর লায়রবনি। মায়াপুরীশিংদি

থবক নিংথিন শূ—মরম্নাই লেপচব ঙম্নব হিংনব হোৎনদে; ভিক্ষা ঝুলী পায়রগ হিংনি হায়তুনা তনবা তান্নৈ। নত্রবদি চহি ৫ গি প্লান ৭/৮ শুরবফাও করিগি অস্থুক লায়রদগে ?

গনতন্ত্রগি—শক্তি পায়বশিংন তৌব ঙম্বগি ঙমখৈ লৈতে, শেল পৈশিনবগিস্থু অতুম - পায়দবশিংন করিমত্ত ঙমদে মী-মখোঙ পায়রুব নিরুব নত্তনা—মীগ মীগ খেন্নবসি স্বর্গ মর্ত্ত খেন্নবগুম্বনি লৈবাক অমত্তদা।

রাবনগুম্ব—নিংথৌনা থনম্বা স্বত, চহি খুদিংগি মশু শুথাং ময়াম্না দান লৌ, সিন্ধা চা, হিংনব -, চাউথৎনব অপূনবগি য়েংদব. হাকুমদগি কুমশিন খর হেন্ন, কুমসিদগি নোংমৈন খব হেন্ন মুংঙাইখৎনব য়ুম্বাল্লোলহু মায়াপুরদ উদে। মথক্তগি ফন চাউনা দান পীবিরক কৈদোদগে, থৌরাংহু থবক্ত ওস্থোকপদ তম্ফাখুদোপ য়াইহু হুনব মতমদা চাক লাম্বা চীন ফদিক্রাশেৎপ অঙাং ঙাক্ত থোক্লবদি! মরমসিন অরাংভম ফত্তব থিগৎ দণ্ডী পীব তায়, মতিক চাব লৈবাক্তি মপু শাবহৈব ঙাক্ত থঙৎপ তায়:

মন্ত্রী ১: চুম্লব ৱা কয়া তাকপিখ্রে অহন্না—অরানব থৌশিন শিল্লম্ব পাংলম্বশিংবু—থিগৎকনি! অঙম "থৌনা লাল্লম্ব য়াই। প্রজা-শিংন লাল্লম্ব য়াই।

মন্ত্রী ৩: ঐস্থু খিৎত্তং হায়জগে? কারবার তৌনবনি হায়তুন শেল চাউনা পুখ্রগ—তীর্থ চৎখিব—ফজব অতাংব পোৎ কয়া লৈরক শেৎতোক-চাথোক মাংহনব—শেন্দোই কাথৎশদি হায়রুহু শেল্লেপ মুৎপ পাম্বা প্রজা শিংলব য়াময়ে। অঙম অথৌ ফম্নাইবশিংদ তায়নব চুনদে—প্রজাশিংন থবক শূনিংত্রবদি—মবুক শেংন মতিক চান সিমেন্ট হাপ্লগ চেক চন্দ্রবদি—য়োৎকি মহুং ৱা হাপ্লম্মদি, থোঙ শাবদ—কয়া কুইন চৎকনি?

মন্ত্রী ১: ফারে ৱাগৈন ফোংদোকপগি মহুং থবক্রা—উৎলসি। মথংগি এজেন্দা--

মন্ত্রী ৫: করিগুম্ব—অমত্তং?

মন্ত্রী ১: য়াম্না শম্না—

মন্ত্রী ৫: প্রজা চাউগৎতন মীহুং চাওথৎপ য়াদে, মীহুংনা মন্ত্রী ওইথি মীন ফত্রবদি মীহুংশিংস্থু ফত্তব তাবনি—। মন্ত্রীদ ঙাক

ভায়নব, লৈবাকপু নংহনবগি অচুম্বা ওইরোই। মরাল কয়াগী মরু থিগৎনবদ প্রজাশিংদ ভারকপ মশান ভাবনি।

(য়াজনীংদে— য়াজনীংদে—objection লাওনরকই—মনীং কম্বশিংন)

মন্ত্রী ১ : ফরে, ফরে—অমুক্তা ভায়বিথো মথা খন্নথিসি order, order।

লৈমহন : পেন্দব পুম্ব নহান মথৈ খাংবিবগি খাংবিব— মতম খরগ খাংবিখো। মুপী ময়ামগি মীহুং ওইন মন্ত্রীকম অহুম মুপী ঐথোয় অহুমম্ব—(হৌগৎলু লৈময়াইম—লৈংতোন, মখুৎ লোম্ন হৌগৎলি—অতুগ কমখি—) মন্ত্রী মঙাগি মহুংদ য়াওবনি। (খুবাক খুনৈ)

মন্ত্রী ৪ : ঐথোয় অহুম মন্ত্রীকম (নং৩ + ৪ সু হৌগং খুৎ লোম্ন) থাদোকচরে—, ইবেম্মা অহুম্ন শিনবিনব—। পেন্দব পুম্ব—ইবেম্মশিংন সম্বী লৈঙোইন খোজ্ল তৈথোক্তম মুথৎপীনি—নীংজৈ। (খুবাক খুর)

ঐথোয়না ভৌরম্মি হায়ব সাক্ষী প্রমানগা লোইনন ফাগৎলকপ ইবালশিংহ কোর্ট হয়েংরাই থিগৎনরকপদ পাউথুম পীব কাজরকনি। (কমখি—খুবাক খুনৈ)

মন্ত্রী ১ : মথংদা খন্নদোব—হিরমদি— সংবিধানগি থকখন্দা—লৈথক লৈমুংগ কৈনৌরায়েন্দা। তেসিন্নব চানন লৈমিন্নব রারী শাব। মরু ওইব ভাংবিদোবশিং— মৌনহা, অহল ১, নিপা ১। মাংদ কম্বিরো। (চথৎলগ লৈনম্বী অমসুং অহল ১ গা কন্তম শিন্নৈ।)

অহল ২ : ইবুংঙো ইবেম্মশিং, লায়রব প্রজাশিং মহুৎ অমদি অঙম অথৌ লৈবাকী লৈঙাক খুৰ্জি পায়বিরিবশিং! গনতন্ত্র চৎনবব তুং চহি ৪০ হেল্লে। Trial and error পুন্সিদ চাংয়েং কয়া থেংনরগ অরানব কন্তব থাদোক অচুম্ব — অকব লৌখৎনব ত ইবং মীগি অচুম্ব শাজৎনি। গনতন্ত্র চৎলিব মায়াপুরসি কয়া য়াম্না মুংঙাইথৎলগে? অমুপ নংলিংসি করিগিনো—প্রজাতন্ত্রগি লৈঙাকসিদ—অশোইব—অরানব য়াওহুনা ভৌম্বিব নত্রা? অতু ওইরবদি সংবিধান্দ য়াওরিব নিয়ম কানুনশিংহ—

ফত্তব য়াওরে — শেমদোকসে — ? করিগী শেমদোক্কদগে ? পাউখুমদি ষষ্ঠিপূজাদ হাপখিব ফুরিৎ ফৈজোম ফনেক ইম্নফিত্থু অঙাংথুনা চাউরক — চহি ২০ শু-লুহোংব লুমিংত্তা শেংপ লিংপ ইনব য়াখিদ্রা ? চহি কুনগি মতু'দা মীঙোন্দা চারক্রুব ফিশিংথু চহি ৪০ গি মতু'দা সংবিধান্দু ঐথোয়গ চানখিদ্রা চুনখিদ্রা ? মতমগ চাননব—খর শেমদোকপ হোংদোকপ মথৌ তাদ্রাও ? শা ওইরবস্মু মী ঐথোয়দি রাখন থনব জীব নত্রাও ? (খুবাক)

মন্ত্রী ১ : মতমগি মতুংইন্ন খর খর অত্থুম শেমদোকই চুমথোকই —, সংবিধানবু অখণ্ড অহৈশিংন রান শেমখিবথু পূনহেংে হোং-দোকপদি অশিংব মীগি মথৌ নত্তে। (মন্ত্রিশিংন খুবাক)

নিপা ১ : ইঙো ইবেম্মা—, অচৌ-অশাং, মীচম প্রজাশিংস্মু ননাই ঐন—হঙ্গৎচনিংব রাফমদি— 'গনতন্ত্র' Democracy হায়বসি প্রজাশিংগিনমক. প্রজা মীয়াস্ম—প্রজাশিংনা—ডাকপ হায়নৈ। শাসন পায়বসি প্রজাশিংনা হৈগদ্রা ? উশূব-ফুরিং তুব ফাওব তৌন্নে—, ট্রেনীং চৎনৈ। শাসন পায়বসি ট্রেনীং চৎনব্রা—, লায়রিক খর রাজনীতি অর্থনীতি খর তম্মুরগা অত্থুক লুব মীয়াম ডাকপ থবক হৈনগদ্রা ? মহৈদ নত্তনা লমচৎ রাৎপ— সন্নী হনব য়াওক্রুব একাগাড়া লাক্লুব মীস্থ--চিঠি খেলাদ ফাষ্ট প্রাইজ ফাওরগ ভোট লেপ—মন্ত্রী ওইখ্রবদি কয়া চাউব শক্তি মন্ত্রী ওইত্থুন পায়খিনি — ইকাই খুম্নব — ফংখিনি ? মান অরানব তৌরক্লোই হায়ব ওম্নদা ? করিগুম্বা লাক্লক্রদি মাবু কোট্টা মরাল ডাক্লব পুখৎপন কয়া লূম্মি—পার্মিসন লৌবদ— কয়া লুই ওনোরেবল মিনিষ্ট্ররনিন ? ইংলণ্ড, ফ্রান্সতা, ইউ এস এ দা লুপী-অঙাংদ চোম্লুবগি সেঞ্জা থুমজাক্রবগি বদনাম খবরদা কোংনরকপদ ইকাইনত্থুন ভি-আই-পিথু মফম হেক্ত থাদোক্রব

ওইন তায়---। ঐখোয় সোমদদি চৌকি থাদোকপ ইকাইন কোন লৈনৈ হায়ব তায় - কন চোপ য়াব চংনদ শাজং চংলুরস্থু মরালবু লৈরবস্থু। অতুনদি গনতন্ত্রদা Honorable মীহুৎশিংদ পীরিব লায়গি শক্তিগুম্বতু মী-হিংগাব ওল্লক্রদি মফমদৈ কুমথনব আইন শেম্ব ফৈ -। প্রজা মীচম্না ফাবৌভা লৈ চাজনব ভোট্র লুপা ৫/৬ শিৎ-য়োনবওম্বগি শক্তি দৈ হেন্না পায়দে। মখোয়-দস্থু, মীহুৎ কাখ্রবন মচং চুম্মক হিংচাব ওনখিব য়াওরক্লবদি কৌথনবা শীথনব—শক্তি পীবি চুম্মি। প্লেটোগি ফিলোসোফর কিংগি ট্রেনীং চংহন্নগ Honorable মীহুৎশিংবু মতিক চারক্রা ?

মরম অসিনা গনতন্ত্রবু অফব লৈভাক পথাপ শোইন্দ্র-বনি থনব চুমদ্রে—, চাং য়েংনরে চহি ৪০ হেন্ন চাউখৎলাব্রব লৈবাকশিংদ হুমুক খাব থৌদোক কয়া থেংনরে—মায়াপুরসিমক নোংমদ চারা ২ শুন হুক্লরিব্রা চিংনবে—শক্তি পায়হুন শেন তানব ভম্বশিংনা ক্রোড়পতি ওইখিব কয়া শুখ্রে-? অতুনদি মতমগ চুননব রায়েন পথাপস্থু খর খর মস্থোকপ হাপচিনব—আইন, চংনরোল কত্ত নত্তে।

সংবিধানদ্ম মীথুদিংদ সঙ্গোম ক্ষীরগুম্ব—ভা-:থা বগুম্বা Equality (খুদোংচাব মান্নবা কংহনব), Fraternity (মীগ মীগ মচিন মনাও ওইহনব) Liberty (ভানীব, থাজনীংব থিংদব) অমস্থং Justice (রাজনৈতীক অর্থনৈতীক রায়েন চুম) মান্নন য়েনবিদি হায়রি। কয়াদ পুকচেন চাউখ্রব ইকাই খুম্নভম থোক রাশক্রো ? লায়বক থীবদি য়েনবিরিব থাবৈ দেমোক্রেসী (গনতন্ত্র) হায়বতু কায়বনরা য়ুবনরা খভদে মীচম প্রজাশিংদ থুংলকপ কান্দদি চফু চবোনগুম্বা — সঙ্গোমথৈ কাঙশিংন থকগ্রব্রা খভদে অতুগ ভারী থা—ভামক্ত মম্নাং ভৌব মতোংথৈ য়াইতোং ফমদোংবশিংদা--।

সংবিধান হেংবিদ্রবস্থু থাবৈদদি থৈহনবিদব—, য়ুহনবিদব পামঙ্গৈ তোল্লব ননাই প্রজাশিংনা। (ময়াম্না থুবাক—)

স্ত্রী ১+২ : ফজৈ অয়াম্বা—; মতম মতমগি মতুং ইন্ন—ফুরিৎ চহি কয়াগি মমাংদ চারম্বহু—অনৌব শিনব ওমদ্রবসু ফোং-পগি মথৌ তাবনি! ওায়ওমদব তৌবিম্নু, পেন্দব খরগি হাংন-শুনদন—, পুক্লিং মরা তপ্না শেমগৎ শাগৎমিন্নসি—। মথংদ কনান পেন্দব — করি হায়বিদগে—? সংবিধানগি পরিকোরদ— ?

মীনহা : ননাই ঐ খিংতং হঙ্গৎচগে? ( মথুৎ থাঙ্গংলগ হৌগৎলি )

হুজিক হুজিক মায়াপুরগি যুমথোং খুদিংদ য়ামদ্রবদ মী ১/২ দি পেন্দব কয়াগি বন্দী ওইন লৈনরি। মুংঙাইরে হায়নরব য়াইতোং ফমদোংব ইঙো ইবেম্মশিংগি বাঙ্গলাদসু য়াওরম্নি। (খুবাক)

লময়াই : তাইবং মীন পেনব হৌনদে — মীখুদিং—লাইথুং ১/২ দি অতুম শাগোম্নে!

মী : ননাই ঐন হায়জরিব লায়থুংদি লায়ন য়েন থুংসকখিব মায়থুংহু নচ্চদে—মীন অফশারগ লোম্ন হিংচারক য়েনবিতুন থুংসকপ লায়থুং—থুৎশেম লায়থুং—চিঙাক থৈদোক মাংহনখি, খাবৈ থৈদোক থুংবিদ . পুক থন্নদব—ফৌ থোকনব সৌবুক্ত ঈশিং শীব ওমদব, মহৈ মরোং য়াত্তনব—, হার খওদে নোংলৈনর খওদে—শেন্দি লুপা ক্রোড় ক্রোড় কায়থোকখিব — চহি ৪০ হেল্লক্লব ফাও কুম অমত্ত চাক্লাম্বগি অকিব কোক্তব। অকিব অতৈসু য়াম্লক্লে, পোকলাওবী কাপ্পকপদ খরাই মাংগদ্র। ইরল ইথুম চফু উয়ান ফদি ফরা খর লৈজরিবসি মাংখিদ্রা কিব কোকহনব ওমদ্রে—চহি ফন য়াম্মে। মীয়ামগি অকিব কোকহনব ওম্বিদ্রবদি কৈদৌনব লৈঙাক খুৰ্জ্জি পায়বিবগে খুৎ পোক-থোক্লবা ? ( মীয়াম — খুবাক )

মন্ত্রী ১ : চুস্মিহৈ মহুদি—, ঐরু খুৎপোক্লব্রা— খুজ্জি—থাদোকসিরা খল্লি ! ( মমীৎ-মনা ইথক থক—হেলোই উই - কুফেৎ-কাফেৎ)

মৌ : খুজ্জি—পায়ব য়াবিরবদি, মীয়ামগি অকি-অথং লন থুম থরাই কনবিব ওমদ্রবদি, অরামন থবক অস্থমন ফাও পীনব শেল লৈবিদ্রবদি; অচৌ অশাং য়াইতোঃ ফমদোং খরদগি মুংঙাই-য়াইফনব—হরাও কুম্মৈ তৌনব তোলোবক্ত শোইদ্রগ লোয়রে খনবিরবদি—থবক থাদোকপিয় লেমনা, ইকাইখাং ওম্মকুহুন হূ হারগ ফম হাংহনবিদৌ শরুক !

মন্ত্রী ২ : হায়রেনা ! (মন্ত্রী অতৈ মমায় খুম্মি)

লৈমহন : চাক-লামদ নহ থবক থিহুন শূব তায়—, লম্বীদ উফুলশিং ঈশিং চায়—খঙদে, চিত্রাহার শান্নব হোল মমাংদ কা-হৈ-লৈ য়োনব খঙদে। হৈবোং মথাদ য়াক লোংন হিপ্পনদি কান্নররোই, হৈবোং পাম্বী স্বর্গগি কল্পবৃক্ষ হায়বদো, মহুস্থু মহৈ য়াম্ন পান্দ্রে, —মশা কংব য়াওরে—মরা তৎতুন তুরকপ্রা করিনো খঙদ্রে। কিগন্নবগি রাদি, লিম্বোইগাম্বী, ঝান্সি রাণী নিংশিং, থাংশাং পায়য়ু—, লৈম্নুংদ য়াওগেরা—লৈথক্তা লাগহোগেরা। ভিক্ষা ঝুলী পায় নিব চৎপ— ইকাইনরে।

মৌনহা : হুজিকপু থৌনা য়েংনদি হায়ব্রা — হুমাং তানসিরা ? কুম্মৈশঙ মমাংদ লৈরাং হৈরাং—black টিকেট য়োনবী ওইর-বোই নীংব্রা—তুরেল কুমদবী— নোঙ্গৌবীশিংন অচৌ অশাংগি য়ুমদ খিনব—শোবোক্স মনুংদা কেন লেমন হৈবোং অমুনব কেল্লকপদ ঙায়বীশিংন : থা খুদিং পহিলা তারিখ লৈমরোল-শিংবু লৈম্নুংহুং শবী শারুরব ঐখোয়গুম্মা লোক্কাক পুমলেন পাংকি কবোকং মরক্তা কাঙ-তুমিৎ শা-ঙাগি মতৌ তম অহিং কয়া লেকপিব ওমদগে ? ওনোরেবল জব্বানশিংগ থব্রাইগ থব্রাইগ পোম্থা থান অঙম্ব চীংলম্বীদ পোক্লাওবি কাপ শান্নব,

হুইশ হুইশ থেং থেংনা পান্দনব লোকখাদ নুংত্থুম্ন কয়াদ নেং ওন্থব য়াওবিক্লরগে — লৈবাক্কি নীংখা তম্ব। ফংনব —সুপীশিং অধিকার ফংন তান্নবদা ? (খুবাক জা জা)

লৈময়াই : হুজিক্কি মতুগি লাঙ্গংতু থাদোকপিরো, লৈথক্তা কাখৎপিরক্লো ফম্মিন্নরগা। চৌকব টেবিলদ, কৈনৌ ব্রায়েল তৌরসি, সুপীশিং অধিকার মপুং ফান ফংনব লৈবাক্কি পেন্দব কয়া কোক্লব।

লৈমহন : অরেম্বদ সুপী অঙাং পাখঙ, মরাল লৈতবস্থু য়াওন মশীং লাকওমদন শিনখ্রে। হিংসান য়ানদব ব্রাফম য়েৎনব চুমথোকপ ওমদে। শান্তিদ পুক্রিং মরা তপ্পা লৈনরগ, লৈবাক্কি চাউখৎ থোরাংদ খুৎমাব —য়াওবিরো — সংবিধানগি ছাটিন মরুমদ— থুপ্পগ। হুজিক্কি অনৌব—হুমিৎ থা থোরক্লনি মায়াপুরদা— সুপী ৩ মন্ত্রী ফম ফংলে ৫গী মরক্তা, নিপা ২ দা ওায়রে।

মায়াপুরগি চাথুম হুজিক্কি য়ুম্বান হৈবী সুপীশিংগি মথুক্তা তারনি, য়েঙ্গাং শেম্বদা খণ্ডদে—থোংবদ খণ্ডদে য়াওবিরো— থোঙ লাওনা হাংতুনা—থমজরে।

(মন্ত্রীহন মমীৎতা হেলোইন কুফেৎ কাফেৎ চৎপ উ— ওাওরি·ফৈরি য়েংই, অতৈদি উদে—লৈমহন্ন ঈশিং গ্লাস অমা পিথকই।)

মন্ত্রীহন : মথংদা কনান পেন্নব ওাংবির তারে ? ফুমতুনা থম্বা পেন্দব কয়ান মীবু থোইশাওহল্লি—, ওাংনীংবশিংতু পেন্নব ফোংদো-ক্লবদি পুকমক থম্ভ্রবস্থু পুক্লিংদি খর পোংখাব ফংই। পেন্দব নোংমৈ মরুতু টেবিল মথক্তা পুথোকপিরো—মীগ মীগ চান্ন চিন্ন সুংওাই লৈবাক অনৌব ১ পুথোকমিন্নরসে ?

অহল ২ : ইবুংঙো উবেম্মশিং অরাংব অনেম্বা মতিক চাউব, মতিক ইয়াও য়াওদব খিবিক! অহল হমুরব ঐথোয়সি মল্লব চেক হায়· গদ্রা থাইনগি হনুমান তারগদ্রা নহারোল লম্বী ময়াইদ চেনবন মতাইদ থৈদোকলো, নগুশিংন চৈন খিন শান্নব য়ুমদ কুল

লৈরো হায়নরে। অদুবু—অহললোম্নদি অহন মথিগৎনা চেংফু অকায়ব মেমৈ হায়দুন লাইবক য়েংগে থোরকপনি।

লৈবাক্কি চেংফুদৈ কোৎতুম কোৎকে মীন উরোই হায়দুনা কোৎখ্রে হায়নরে—কাঙখন মমুংদ হিপ্পগ উহৌব য়াওব্রা? খোঙ্‌ন্দগি খঙনরকপ্রা খঙদে। চামিন্নরগ হাওমিন্নৈ, খরদন লেম পান চায়গ অতৈন—হেনব চদৎনব লখা য়ারকওই—। পুথোরকও মীনাই মরম্নাই লোৎখিবশিংদু। হুজিকপু লৈবাকসি কনান পাল্লিবগে? লৈমুংদৈ ঙাক্লিব্রা? লৈথক্তগি পাল্লিব্রা? থরাই লন মাংগনি হায়বগি প্রজাশিংবু কিহন্দব ঙম কাংবুবু—লৈঙাক খুজ্জী পায়হন্সে ইরেম লেম—না? চাকফি, য়ুমকৈ, হরাও কুম্মৈ মতিক চান পীব ঙমদৌব—, পুক্লিং মরাতপ্পা তুমহনব চাহনব ঙমদৌব কাংবু কদায় লৈবগে চৌকিদা থাঙ্গৎসে? চৌকি মুন্ন, হাংন শুন, পুন্সি মাংহনব—, থক থক নিক্লা হিংনরকইব শাঙনরক্লিব—কুইরে—লৈবাক মচাশা। অহনগি মরাম্মু খর তাসে! চান্ন চিন্ন হরাওন পূন্ন ময়াম্মক—হিংমিন্নব লম্বী অশম্ব থিসে, ঙায়ব রারেদা ইপাখোয়দে। তীচখং য়ুব চৌকিদ ফম্ববু কদায়দ মুংঙাইরিবনো? সংবিধান অশংবদি ফোদ ওম্মগ মুলহনব য়ানি, শাওমু ত'কই হায়দুন। সংবিধান্ন অতোনব জাং চাউথৎত্রিবশিংবু থাইনদগী ওৎশির ফপগি প্রায়শ্চিৎ ওইন ওইজ ওইথক খর হেন্ন ফজনব কোটা থম্মকইব চহি ৪০ হেল্লে, লায়রব অশঙবশিংনদি ওইজব ফংদে - খর হৈশিংব মচিঙ্গাক চাব খরদন মুন লৌখি। সিদুল কাষ্ট-সিদুল ট্রাইবশিংগি ওইজ ওইথক কোটা System দু ককথৎপন হেন্ন ফরনি। লোইজরগে—অদুবু অমত্তংগ হঙ্গৎকে রারোব য়াদে! লমহাংদ মকোন শাব, নিতুন লাক্লন হিংব কাংবুগি ভোট্রা লৈমুংদ চহি খর চংজরুবনি,—মথোয়গি মীচংদ

মাখতং হায়দনরমগে। সংবিধানগী মাহেৎনা Equality, Liberty, Justice না শানি মী খুদিংদা, মাশকশিন্নগ মতিক চাউব অমম মাংবশিংন—শেঙ্গা খুমজা তৌরকবদি, কাগৎপ মাই, কনা লৈজনবশিংনা হুকব শাকউবদি চৈনকনগ হুৎরবমু হুই হায়হন লায়ন কায়—কদায়দ মাগ্রব অধিকার লৈগ্রে? অচুম্বা বিচার কররা ওইদগে? লৈত্তবশিংগ অরৈবশিংগ লাপ্প থেন্নদনব আইন্দু খিংতং লেমদোক ; 'লাকখ্রব হুখ্রব লেনখুম পোংতৈ খুদক্ত নত্রগা পুং অমগি মহুংদ কাহৌত্রবদি—নপুন গাংজ্বব চেকশিন্দবগি—, অহুবগি ওইজখিব থৌনা ফবগি মহৈ ওইন'। Penal code তা য়াওনব মসিমতং হাপচিনবব মীয়ামদা থাজংচরি! (খুবাক জা)

মন্ত্রী ১ : সংবিধান শেম্বা অয়াইব নত্তে। মী পুন্নমকপু মত্তম পুম্বদ পেলহন্নব শেম্ব য়াম্না লুই ঙহাক লৈতন চুমথোক্রব ঙমদে। মত্তম খর ঙায়নব তায়। আইন্দু থবক্ত পান শিজিন্নব কান্দম্ন লানগনব মীনিন পেন্দাব কয়া মুংশিংতগি পোক্লকই। হুজিক্ক লৈব্রিব সংবিধানসিগি — মহুংদ হিংলগে মীয়াম চংনরোলদ য়াওরগে খনবিরবদি --লালহৌবশিংন লৈথক্তা কাখংশিরকউ, চায়-চিয় মারী শাসি, লৈত্তা খুন্দা য়ানব খুদোংচাব কয়ান থোঙহাং ঙায়রি?

(পাখণ্ড-১ পাখণ্ড-২অমস্তুং নিপা ২ মমাংদ ফম্মগ ঙন্নথি)

পাখণ্ড ১ : ঐগাক কেকু লোংলকইব চহি ১০ হেল্লরিনি—, তারিখ থাবান মুমিং কাউনরব চীংলক নায়ক — লোকচপ, ভীংখঃ নোংমৈ শা-কৈগ সঙ্গ তৌ। হিংব ময়েহুন হুইগুম ইমৈ হাঙ্গ — ইখুং থাঙ্গং লোয়নম পান্নবশিংদ চংজরকপ নত্তে অহল-লমন খরগি পাউতাক ইঞ্জ—লোয়লমসিদ শান্তি থম্ব যারব্রা হাযবগি থম্নব থোরকপনি। হুজিক্কি লোয়লমসিগি মচিঙ্গাক চারিব প্রজা কয়ানা লোয়পোৎ হায়গদ্রা থাজনা হায়গদ্রা চয়োলদা থাদ —

খোমগংপিরক্তুন—চান-থক্লব ফিরোল খুৎলাই চৎনব য়ানব লৈজরে। সংবিধান অমনব শিল্লসি—, মীয়াম বানরে—মুখান ফংনত্রে, চহি ৪০ হেন্না চাংয়েংনবদ করপসন্দ চেকথায়রব গনতন্ত্রন থাক্ল, খাল্ল নোক—লক্লবগি মতৌ ভাব ভানরে—প্রজা অয়াম্বনা। নাইওই অস্থুক থীন হিংদৌ শক্লক হেন্না মরল লৈব, মবুকচেল চাউব জাপান, জর্মনী, ইউ-এস-এ গুম্বা অম ইপু-রোইব থল্লসি। সংবিধান অনৌব শেম্মসে।

মন্ত্রী ১ : সংবিধানগি য়াংমদ থন্নবদি ঐ য়ানীংদে য়াওজরোই।

পাথঙ ২ : হুজিনক চান্নন সংবিধান হোংউ হায়বদি নত্তে—, চুম্না থন্নবদি করিম্নু কায়ব নত্তে—। লৈবাক্ল বান নংনবন সন্ত্রেম্বী—ইমাদি চাক্লে—থৌরী য়োরে—লাওনরে। অরাব কোক্লব পাম্বে থিনব ভাইবং মী নত্রবা ঐখোয়বো। লাল্লে ফত্রে থঙনরে—প্রজাতন্ত্র গনতন্ত্র—শিজিন্নব মতিক চাদহুন— —, ক্রোড়পতি থর থোক্লব প্রজা লথা কয়াবু নঙন নান—থুবাক ময়ি পায় কয়াকুইন থাখিদগে? লাল্লে ফত্রে থঙলবমক্ত—হেংলসি পথাপ অনৌব ১ হায়বদা য়ানত্রিবসি—কয় পঙব কয়া পাংদব শানো ঐখোয়বো—? ( থুবাক )

মন্ত্রী ১ : ঐ থন্নব য়াওজরোই—, ইহুৎ—১ কনানো শিনবিহৌরো-থোকচগ্রগে? ( শোওন চৎখি )

পাথঙ ১ : মায়াপুরগি লালহৌ অয়াম্বদ থৌনাই থবক লাক্লবদি মুপীন নিপাগি মাং থা থেংনৈ খুদোংথীব কয়া। চীফ মিনিষ্টর ওইবিনব ইবেম্মাশিং কনানো অমত্ত—ওসি মিটিংসি প্রিসাইদস্থ তৌবিনব—য়াওররোইদ্রা? কনাবু কিবিবগে?

লৈমহন : ঐ লাইবক য়েংজগে—ময়াম্ন—য়াথং পীবিরবদি—? ( ময়াম্ন য়াবগি থুবাক )

লৈমায়াই : ওনোরেবল মন্ত্রি—লৈমহনবু—সি এম ওইবিনব অমদি

মিটিংসি প্রিসাইদ তৌবিনব—থাজংচরি। মুপীগি অধিকার—?

ময়াম : পীগদবনি।

লৈমতোন : থৌনাকবী মায়াপুরগি মুপী—নত্রাও? কনাবু করিগি কিরূদগে লাইবক চাং য়েংবদ। যুবালোল হৈবী মুপী ঐথোয়দ মায়াপুর অমুক্ত শিরহুন য়েংসে?

ময়াম : হোয়—হোয়। (থুম্মি)

(লৈমহৎ সি, এম গি ফম্ভমদ ফমথি)

পাখণ্ড ২ : মায়াপুরনা অম্নুম অম্নুম নংব হেক্তংলকইবসি করিগীনো? চহি ৪০ হেন্ন মখোওন লেপচ, মথুংন শুক্র নোমজরগা মবুক ফাওব থম্নত্রিব করিগিনো?

লমজাওদা অচৌ-অশাং—, লায়বক ফব ইমুং থরনা কার অহনব তোং—মফি অনানব শেংলগ. রেদিও-টেলিভিজন রিফ্রিজরেটর খিন-মমীৎ থকহন—মনা পংহন, মরম্মাই রাথন তৌজনব মতম—ফংত্রগ. মায়াপুর পুম্ব—চাউখংকত্রা? শেংচাব—থকপ—মীগি মতৌ-ফত্তবমখৈ তম, মতৌ মাল্লগ লায়রব কোকত্র।—? থৌনা শিজিন্ন—লিংজেল যাম্ন. হন্দক মুপীন হৌরকপদগি মন্ত্রী ওইবা য়াওরকইব—অচুম্বা লগ্বীনি। বিধান সভাদ মুপীগি ফম্ভম তঙখায় ১ থাকদবনি, মুপী—চাউখং হন্দন লৈবাক অম—চাউখংপ য়াদে।

অতোপ্প—ইনাক খর থুনব লৈবাক্কি মখাদ অনৌব সংবিধান মতমসিগ চুনদৌব শেম, হিংহুন—য়েংসে? (থুবাক—থুব)

নিপা ২ : করি হায়বগে অহল? ইবুংঙো-ইবেম্মশিং ময়াম য়াথং—পীবিরগদি—ঐহাক—জর্মনীদ জাপান্দ অরাং আমেরিকাদ চংলগ মায়াপুর—বদ্ধক—থম্নব ঙাংনজরগে। প্রজাময়াম্মা দান তৌবিরকপ donation হায়গত্র থাজনা—অরোনব হায়গত্রা—লমহেনব কাংবু—কয়াগি অপুনবা—ফন্দ লৈ—মহুই মথক্ত-খর অমুক হাপ-চিল্লগ—চংপ কোন্ননি।

ঐখোয়বু—চহি ২০ গি মতুংদা অমাই লেপ হিজব ওয়ব শেমগৎ শাগৎপিয়ু। ফিজেৎ চাকচা—, য়ুমান-হান্নদৈ থগ ফগৎন থম্মিয়ু। অহুল—ময়পমন প্রভু গণতন্ত্র চৎহৌখিয়ু—মন্ত্রী—খয়ন য়াম মুংওইখৎনব-লায়মক্না শাং তং—নঙন পায় থাংদনব শক্তি চাং ১ থম্মিয়ু। মন্ত্রী—অওম অথৌ ফমদোং শিংগি অরানব শাজৎ ফাগৎনব watch dog—য়ুমশঙ হুইগুম্ব-ওনোরেবল চিত্রগুপ্ত ১ গি পক্কায় থম্ব—, ভোটর লিশীং ১ না সহি তৌরগ ওক্লক্তব মন্ত্রী মহুৎ অম শিনব য়াব অইন, সংবিধান্দ—য়াওহনবিয়ু। ইংলণ্ড, ফ্রান্স, ইউ-এস-এ—কানাদ।গুম্বদ চৎনরিব দেমোক্রেসীদি মায়াপুরগুম্ব লায়রিক হৈব য়াৎপ চাউখৎপ য়াৎপ লমদদি—অওম অথৌ মন্ত্রী সন্ত্রী থোয়গি সোই চাফম ওন্দুন তোকই—। নত্তে, হাপ্নীংব আইন-হাপহৌব য়াই—থম্মরগ। মবুক থন্দব মীন—লোয় হুরম্বদি দণ্ডি পীনগুমসি হায়বস্মু য়াই—? মতম মযমগি বিচার তৌনরগ! (খুবাক খুই)

লৈমহন: হায়রিব ফিভম : সংবিধান অপাম্ব চৎনব, হান্নগি ইপুরোইবগ থায়নরগ অতোপ্প থর হেন্ন খুদোংচাব পীব গুমগদব লৈবাক অমগি মখাদ-লৈরসি। য়াব নংব—কুইরে—হায়বসি য়াবিনিংব্রা? মীয়াম য়ামবদি ঐস্মু য়াজ্জে—থোক্লিংব খুদোংথীব—থোকসমু থেংনসি?

মন্ত্রী :নং ২ : ইপুরোইব থিব চৎপসিদ মতম কয়া কুইন চংগদগে? মরক অসিদ হান্নগি ইপুরোইবন ration ককখিনি চানীংঙাই লৈতহুন ঐখোয়বু লমজা শারাগুম—য়াম্ম-রানগত্র।? নত্রগা খায়ন য়াদে লীচৈন কন্নি হায়গত্র।?

নিপা ২ : থা ২ গি মতুংদদি রাপুম্মক লোয়ন, শেঙ্গাও অচৌব পুরক অনৌবহু লেংলকপ ওম্মি। মরমসিদ লিংজেল মামদৌব প্রজাশিংন অরৈ লৈত তেংবাংন য়েন্ন য়েন্ন চামিন থকমিম্মসি য়ারোইব্রা?

লৈমহন : য়ানব য়াই—। লিংজেল মাসকা অচৌব থবক; লৈবাক্কি সমস্যা পাংব ঙম্মোই— কোকপ ঙম্মোই।

লৈময়াই : হায়রগি ইপুরোইবন য়েৎলোইদ্রা—? চৈ-থাও-নোংমৈ মরু উৎলকওইদ্রা মতুম ঐখোয়—করিদৌনি ?

লৈমহন : লিংজেল চপ মায়না প্রজা পুম্নমক—অহিংসা সত্যাগ্রহগি লাঞ্চং চংব। ময়াম্মক য়ানবিরব্রা ? লায়রবক য়েৎলমিন্না অনৌব মুদ্রান ?

করপসন চংদর গনতন্ত্রগি পথাপ অনৌব সংবিধান পান্বি রব্রা ? য়ানীংই-য়ানীংদে—খুং থাক্তৎপিয়ু।

ময়াম : য়ানীংজি, য়ানীংজি ! (মথুৎচু থাক্তৎ)

লৈমহন : হৌজিক চাকলেন ১, সরকারগি চাথুমদগি লুক হারুনবা নিংশিংজরি ময়াম্মক। পুং অমগি মতুংদ সবকমিটি খর শেম্ব তারি। করপসন চংদনবা—গনতন্ত্রগি ফিরেপ থর—সংবিধান্দ থেৎজিনব, অমা। হৌজিক হৌজিক চাব য়াংলিনসি মেনখৎনব—, অরৈ লৈত য়েম্ন চামিন্নবা, অয়াংপ মেনখৎনব নৈনব থবকমিটি; অনী। লংফৈদ মী অনী থানব খরচ মেনখৎনব শেন করম্না খোম্নগাদগে খন্ননবা সবকমিটি, অহুম।

ময়াম্মক চাকলেনশঙদা লেংশিল্লে।

( ইরাংলাংনৈ—)

ইন্সপেক্টর : হেক্তা চংবিয়ো— । হাওব হাওবব থিবিনো —, লায়র-রিবা সরকারমিন—শা ভা—ঘী থাওজি য়াওদে, য়ারোব য়াদে।

এসঃ আইঃ লাম্বু লাম্নদি চাব য়ারিবথৈ অহুম পাইসিনখিনি।

( Curtain )

———

## নুপী' অধিকার

### মতাং ৩/

অয়ুক পূং ১০, দববার শঙলেন্দ অতুম—অপ ষ্টেজদ মাইথন অমন, মংভম লৈ চায়ব অম খল্লি। ফিঙৌন খুম আইন সংবিধান ইরম্ব দোক্তর অম্বেদকারদি মালহন্দন,—মকোকঙৌব—মীজাউ অম; খোঙ্গুাও কোট্র শেং-লিং হিপহল্লি। খিংতং চথং ষ্টেজ-মিদল রাইট্টা, অতোপ্প মাইথল অমন খনগনি -: সরারেন কোর্টকি জজ ১, যমরাজ মাল—দণ্ড পায়হন, মশক উংপ য়াই, চৌকিন বিচারপতিগি ওইন তৌবদ কমহন। ষ্টেজ লেফ্ট—, মপা চানন অতোপ্প মাইথন অমন এসেম্বলিগি স্পিকর Hero শারগ পাথও ১ ফম্লিবহ্ খনগনি। মখোঙ ময়াদ লৈবাক্তা ইউনিফোরম শেংপ অহল ১ অকনবা পুলিশ শা—, মথুং নামন পিস্তোল লেকথন পায়, অতোপ্পদুন হাতকোড়া পায় ফম্মগ উইদুনা লৈগনি। (Hero শাব হায়বদি বোক্সিংগি খিন্দংকে মতাদ মমীং সুন্দ য়েং লৈদোবনি।

ফোংন সেণ্টর ষ্টেজদ থা মচেং শান চৌকি ৫ থারি, ফম্মিবন নুপী (মন্ত্রীহন, লৈমহন্ন ময়াই থংব; য়েংলোমদ লৈম-য়াই মন্ত্রী ৩, মিপা হায়রগি মন্ত্রী—(২) অদুগ ওইথংবদ লৈমতোন মন্ত্রী ৪ অমস্তুং লৈনস্বী—মন্ত্রী ৫ নৌন য়াওথিব —।

**(Crowd noise out side )**

লাওব (তায়) : নুপীগি অধিকার!

খুম্বা : লৈবাক্ন পীরে।

লাওব : নুপীন লৈবাক ঙাকপা ?

খুম্বা : মায়াপুরনা য়ারে—।

লাওব: য়ানীংদব খরদো ?

খুম্বা : লৈবাকসিদৈ—লেংবিগ্রো ?

লাওব : ধাজহল্লগ হাৎপ কাংবু— ?

খুম্ব : থাংমুথক্ত কেমখ্রে ।

লাওব ; নথৌ থঙদব শেঙ্গা থুমজা ?

খুম্বা : মঙাক্ক শিগ্রো ।

লাওব : নমথাক-লোনম, মীওৎ-মীনৈ ?

খুম্বা : চৌকিদৈ কুমথো ।

লাওব : মহিরাবন পার্টি ?

খুম্বা : মুর্দাবাদ— ।

লাওব : মহিষাশুর হাৎপগুম্বী ?

খুম্বা : জিন্দাবাদ ।

লাওব : ফিগে ফনেক পার্টি ?

খুম্বা : মতম কুইন—হিংসনু ।

( C.M. না calling bell থিংবদা Police Inspector and S I. নাকল অনীদৈ চেন্সিল্লক চপ লেপ সালাম তৌরে ।)

লৈমহন : কনা কনানো লাওরিব শিংদো ?

ইন্স : ফিগে ফনেক পার্টিন অয়াম্বনি ।

লৈমহন : ˜রুব রা থম্নদৌরি লাংথিনু হায়ন্নু — ।

( মীয়াম্মা অমুক হন্না লাওরকই )

লাওব : মুপী' অধিকার ?

খুম্বা : লৈবাক্কা পীরে—:

লাও : মুপীন লুচিং লৈবাক ঙাকপা ?

খুম্বা : মায়াপুরনা য়ারে— ।

লাও : বিধান সভাগি মীহুৎ ১০০দা ?

খুম্বা : মুপী ৫০, নিপাসু ৫০।

লাও : মন্ত্রী ৫ গি মমুংদা—

খুম্বা : মুপীন ৪, নিপান ১।

লাও : মুপীন লুচিং লৈবাক ভাকপা ?

খুম্বা : মায়াপুরন রারে—চামদা ৯০ !

লাও : য়ানিংদব খরদো— ?

খুম্বা : লৈবাকসিদৈ—লেংবিগ্রো।

ইন্স + সি, আই, : অমুক্তা লাংখিনো ! ( পূন্ন খংলাও লাওবদ তুমিন্ন লৈখি )

লৈমহন : বিধান সভাদা কাব্বিব মী চামসি ৪ থোক্তা ২৫/২৫ মন্ত্রী অমগ দিপুটি মন্ত্রী ২৪ গা—পোর্ট ফোলিও ময়াম য়েন্ননি। অথোব পাখং অমবু Speaker খনখ্রব মতুংদ মথোয় ১০০না ইন্দাইরেক্ট ইলেক্সন্দ ঐবু সি, এম ওইহন্নব খনবিরে—১০১ শুনব। সি, এম না এসেমব্লিগি মীদর অমসুং রাটচ দোগ ওইগনি। Watch Dog হায়বসি Democracy গী Corruption কানব—, খিনবা honourable post নি। ঐদি পোর্ট ফোলিও পায়রোই; Democratic corruption গি case মথৈ শূজনি, পাউরাব লান্ন শিজিন—শেজা। থুমজা থবক হাপ্প ট্রান্সফর-তৌব, টিকা পীব, পোথরেন শেনরেন কজনব—মীচং মীথায় নারন আটিষ্ট-থনব, মনা পীব কম্পিটিসন্দা, পরীক্ষাদ মোৎপ—পুন্নমক থিংব ওন্নব হোৎনগনি। পুজি হায়বসি Experience ভানবনি—, Experiment তৌবনি। We change to live ( ঐখোয় হোংই হিংনব ) । Living change still further—( হিংলগা অমুক হেন্না হোংই )—। অনৌব দিপুটি kitchen minister ওইবিবিব ইচেবেম্মা

লৈনবীন মহাক budget Session দা-State কি Godown দা উটি হৌদোং, লমচুই, কৌকেং—চং ফুমব হুপ্রে লাকপ্রে, ফুমপ্রে—লৈপ্রে, কয়ো—কয়ো—চাকতা চাকতা! লাওনরিব মতমদা—লৈবাকশিংবু থা ২ দং দপ্তে—, জাপানদৈ থতদে—জর্মনদৈ থতদে Supply লাকখিদে—, কদায়া থাকপিদগে হায়বচু—লাওথোকপিখিত্রা ?

লৈনবী : লাওথোকচখি হৈবেদ্মা সি, এম : মী লাখ ২০ মুক্তং থা ২ থাকপগি চাকমদনি। হৈরিক দেমোক্রেটিক কয়গনগি কুপান ফোংগে—দদে—লেম্—অয়োনব বেঙ্ক একাউণ্ট, মুমলৈবাক—মীরৈবাক—, বস, ট্রক, কার, চিক্তি সনা, মণি-মুক্তা—লোইদ্রে, ফোং-উং—ফন যাম্না লৈ;—চম। মামত চাব—অনীগুদব—লখা মুক-তি কামমগত্রা—? য়েনজল চামিন্নব অদৈ লৈত—থোইদম য়াবোই—হৈবেদ্মা—।

লৈমহন : অদৈব শিংন য়েম্নগ চামিন্নসি হায়ব য়াখিন্নকত্রা ?

লৈনবী : করিগি য়ারোইদগে ? সরকার ঐখোয়গি থামা য়াকোক থাদুন খোমগংকদব—য়াথংবু হিক্তোকপ—তমগত্রা ? মাংহল্লোই কোয় শিংখিনি মখোয়গি—হয়াই চেংয়াই—থুম থাও—মোরোক—হিসাব শিংবিন তৌদনি—Credit Card—(শোংপ—পূব—য়াইবগি) সরকারন য়েপ্তোকমি—We Promise to pay so and so to the bearer of the Government Credit Card-when our good days arrive. সরকার ঐখোয়ন শিংখিনি credit card পায়ব মহাজন, ঐখোয়গি মতম—অকব—য়োথক্লব কান্দ—।

লৈনহ : অয়েংপ মেযম—য়াওরত্রা—?

লৈনবী :—হয়াঙ্গ থুবাক থুনখি—থতদে থয়দি Hall দগি walk out তৌখিত্রা !

মন্ত্রী—২ : মথোয় তলা—৪রা থকনি থোকর্থিয়। (মপান্দগি মোইবুং—খোংব—তায়) :

ধু—তূ—ধু, পুং—রামতাল য়াও বেড়াই কীর্ত্তন—চংপগি মতৌ—স্থায়র শমান—Ex-C. M. কাওমচান বানা পায়—চাম্রবী অনীন অমুব কিরান মচা অমী পায় রামতাল পায়ব—পুংয়ৈব—৪রা—৬লা—, কিজেং—অমুব মচু—টুপিমু উপ-থোরকই-তপ্প তপ্প—,

ইন্সপেক্টর + এস আইন বেটন অমমম—পায়—যোগাই—মাথাই শা—থথলি, থমকা তৌই-ইয়ৈ য়ৈদে—, অমুক তাম্বোক—অমুক—হঞ্জিন—)

ঈশৈ

ধীন্তেং তাতেং, তাতেং ধীন্তেং—
ধীন ধীন নাগীন-(চোলোম)
সংবিধানগি থকথন লান—,
কৈমুং চংগে—তোঙান—তা—!
মাংলে-মাংলে-মায়াপুম—
করি চা—হিংগগে-মুজাশা—?
অশোন অনা অহল—লমন,
মুপী—অঙাং—চাকঙা-চাকঙা—!
চাকি মচুং গুলী—কৌ—
থেং—থেং—থরাই—থা—!

মন্ত্রীমন: করি কাম্নদগে প্রিয়ে-শ্রীমন্তী—শা ? তোম্নিব—পুকথমত্রিব ঐখোয়ন—লোইলম ওইজররোই—লাহেলোরনি ইকোংকোং—, লান তৌরম্ব অহুঙাই—, সংবিধানগি মথাদ—পেন্সব কয়া—থাংওয়রোই-লাওথোকপা—ঈথেং চেম্নি—,মী য়াম্ন শি—।)

ধীঙ্কেং তাতেং, তাতেং ধীঙ্কেং
ঘীন - ঘীন—নাগীন (চোলোম).
হরে - রাম হরে - কৃষ্ণ,
শিদব মপু—, অল্লা—খৃষ্ট।
নচা লমহেন থরাইজাওবী—থামজিনবিয়ু -
থাও চারব গাড়ী—মল (ক্রোক ক্রোক)
লায়সেন্স পায়দ্রিব ড্রাইভরনো—
গুরুং চংতোরে লোক্ত থৌথ—,
থামহৌসে—ওদ-থা, মায়াপুর।

মন্ত্রীমন (১): ওহ——হ——কনা কনানো মতম লৈরিঙৈ. কলহৌসে, মীরোল তাব—অহল লমন, অহৈ অশিং—চোংথোকপিরকও! য়াইরী খঙদে—রাশা খঙদে—,অমমম পায়বিরকও নিপাথোক্ল, মুপী—রারকপ ভম্ব—কনামত—লৈত্রবাও? শেং-শেং—কম্ব কলাপ্ত-লঙ্গদ, বুপ বুপ নীংজোন্দ খুবোমদ-থাজিন—, ফাজিন্সে পুনসিন্সে লমকেং-লমহায়বী চম্নরাশিংসে মায়াপুরগি। কিবিগন্নু কনাবুম্ন—য়াওজরি ঐহাক - মায়াপুরগি—এক্স—সি—এন! (মথুং থাঙ্গংলি।
ধীঙ্কেং—তাতেং—তাতেং—ধীঙ্কেং
ঘীন—ঘীন - নাগীন—! (চোলোম)
(যোগাই মাধাই অনীন—তাম্বোকই—চংলকই—ইম্নে—
—তাম্বোকই—লাক্লে - মতম থর—)

লৈমহ: তুমিন লৈয়ু--নত্রগদি লাথিচার্জ হায়রনি। চৈসি নাবনিকো—।

মন্ত্রীমন: ঐহাক—, নঙ্গি—মমাংদ সি এম ওইরম্ব—নিপাছনি। ছজিকম্নু ঐ - এম—এল—এ ওইরি; দরব.র শঙলেন্সিদ পেন্দব রা ফোংদোকপগি অধিকার পায়রি।

লৈমহ: হুজিক্ক ঐনা ওনোরেবল সি-এম ওইজরে, অদোমগী পাটিদগী তাক্সোক-খ্রবনি। ফিগে ফনেক পার্টিদগী দিকেট্ট তৌখ্রবা black flag তা মিংচনখ্রব এম·এল না মিটিং তৌরিঙৈ—লাংলব—লাওরব য়ারোই মার্শেল—। ওনোরেবল স্পীকরহুবু—অমুক্ত লেংথোরক্লব নিংশিংউ।

(শালাম তৌরম্মগ চংখি ওইদ মাইথন লৌথোক্লগ সালাম তৌরুই—, চিন্তাদ কম্মিব মখুৎতা—খদাং ভা—চৌকি অমদ—। অতৈন মচি অমদ—তাসিন লৈ—Ex-C. M. না মখুৎ-মশা নোইহুন—উশিংত্তন—লেপ্লি—। স্পিকর-তপ্লপ তর-থোরকই-, মাবু শংব পুলিশ অহল (১) মনাক্ত—হাতকোড়া or chain থম উইহুন লৈহৌই। speaker চংলকপদ— কম্লব— ময়াম—চপ—লেপখৎলি। পাখত্ত (১) না স্পিকর শাব—য়াই—।)

স্পি: গুদ মোর্নিং—, কৈদৌনরবগে? ঐবু সরায়েন কোর্টা কারক্ত য়াদে হায়রি—

(ময়াম হৌগৎলি নমস্তে তৌনৈ।)

লৈমহন: Mr Speaker, Sir

হায় ওইরম্ব রড়—মন্ত্রী-শ্রীকাওমচান—, হুজিক দরবারদ লৈবাক্কি—বা অরুব কয়া মন্ত্রী—এম—এল-এ ময়াম থম্লরিঙৈ —বেড়াই কীর্ত্তন শকচিন করেম কথাইনররে। পুলিশ থাজিন যোগাই মাধাই—শা তাক্সোকহনবদ চৎলু—য়াজে।

স্পীকর: নহান মন্ত্রীফম—থাদোকপকাদ—পার্টি—দৈস্থ তোক্লগে হায়খিত্রা?

এক্সমি: হায়খিদে—, অহুবু—

লৈমহন: তোকপ তাব—, ফিগে ফনেক পার্টিদ য়াওদব-দিকেট্ট তৌপ্রব-শিংদি-এশেম্বলীদ কম্বা—য়াওহন্দে—। ওপোজিসন

পার্টি থমদে—তোলোব তিংনবনি। সি.এম মা ওপোজিসন শাবগুম-Watch dog ওইদুন Democracy গি corruption তাম্বোকনি হায়ন—সংবিধান্দ এমেন্দমেন্ট ১ চাংয়েংসি হায়দুন হাপচিল্লে মায়াপুরগিদি—'।

এঙ্গমি: মী থুদিংগি পেন্দব ফোংদোক্নব অধিকার লৈ—।

লৈম: মতু লমহাংদ বাজারদ ফোংদাকপিরু-লাওবিরু, মীয়াম্ন য়ানরগা মীয়াম্ন শৌগৎলগ অয়িব চে-পীখৎপিরকউ। থবক ওন্থোক্নব থম্লজগে—। হৃজিক্তি য়োবিখ্রো ?

(সংকীর্তন হৌখি.- স্পীকর ওক্নুন য়েংই)

ধীন্তেং তাতেং, তাতেং—ধীন্তেং

ঘীন ঘীন নাগীন!

সংবিধানগি থকথন লান

লৈন্নুং চংগে তোঙান—তা

মাংলে মাংলে মায়াপুর

করি চা হিংগগে মুজাশা ?

স্পীকর: লাংগন্নু—, মার্শেল—,মপান্দ তাম্বোকখো—? দিরেক্টর —মথৈ দিসকালিফাইদ ওইরে—এসেম্বলীদ দরবার শঙলেন্দা —কারকপ য়ারোই-হায়দুন—নোটিশ পীবিখো—।

ব্রারৌব য়াদে, ঐবু সরারেন কোর্টা ক'রগ পুখৎলকউ হায়রি। অমুক্ত চৎচরুহিগে, নমস্তে—।

ময়াম: নমস্তে—, মায় পাকপিরকউ—।

(ময়াম চিস্তা তৌ—, কমদুন—লৈ লৈমায়দ)

স্পীকর: (থুগাম্লি কাপ—হৌদোকপদ—পুলিশ অহল থংন হৌগৎলি—হাতকোড়া থিরগ পায়থৎ মতুং—ইন চৎলি— তন্দেমান্দে লাপ্পা মথুৎ হায়—বিদায় তৌরম—তন্দে-মান্দে

চৎলি ( Stylised ) এসেমব্লী— স্পীকরগি rights and duties কবি করিরো —? পাউবার and প্রিভিলেজেশ—? —Contempt of Court ? অচ্চা—! মনা পঙব- মমিং তাংব আইন, শাক্তি থারগ চৎপ—লোলান ওনব লো !

( থেক-ক্লোঙ—, হাইরং হাইরং চৎলগ—Right wing —mid stage দা খিল্লিব —মাইপন্দু পুলিসন চিংথোকখি। উইরম্বদগি মীৎরুপ থোক জগশংত্রিক য়েং বৈ—Speaker দা—)

স্পীকর : নমস্তে—সার—, মায়াপুরগি স্পীকরনি ঐ।

যমবাজ : হে ! I see, you are Santiago, the Hemingway hero who caught a big fish in the Gulf Stream.

স্পিকর : No sir, My name is Thouren Thou. কবিগিনো ঐবু—সবারেন কোটিসিদ কৌখংপিরা ?

যমরাজ : অথোবা , —( ওহাক · Silence ) নঙবু—উনীংহুন তৌবনি— য়ারে নয়ুমদ হক্করো—।

স্পিকর : নমস্তে সার—। (মখুং লোম্রে—চৎপ হৌই—)

যমরাজ : Look here, নঙনা-ফাখিব ভাজাওহ্ন মন্ত্রীদ শার্ক ময়াম - মতোংথৈ-চাখোকখিদনব চেকশিল্লু ।

স্পিকর : Thank you Sir ( রাখন্দ চময় হল্লকই-শাওরপ— ) জ + চৌকি—মাংখ্রে। শাওন—মখোঙ য়াংলপ—থাং—অমুকং —Circle অমা কোইরম্মগ—হল্লকপদ—দেউটি মৈরান —ময়াম—,তরাম ওকই—, C. M. চংখি, মহুংদৈ ৩/৪ না দেউটি পুথোরকনি—। )

মীয়াম : সি—এম্বু কদোমদ লেংখ্রে—। কনা কনানো—প্লাউ— খর তম্মু —চো—।

পাখণ্ড (২)ঃ ইকাইগ্রব—গি -এমদো—? করিগি ইকাই-মমগো ? মীখাপোনবগি—লায়রবগি হৌনশানি —

স্পিকর ঃ অরম—রা ১ শরণব য়াদে C. M. হু ঐবু হঙোইবিন্নু লেংথোরকউ হায়রু— ।

পাখণ্ড—(২) ঃ মায়াপুর বিধান সভাগি স্পিকর— !

ময়াম ঃ য়াইফরে—থোকেল্লো— । (খুম্ব)

পাখণ্ড—(২) ঃ মসম কুইন হিংসম্নু— !

ময়াম ঃ থোরেল্লৌগি লিংজেল—।

পাখণ্ড (২) ঃ মতিক মরলখি ধমকা — !

ময়াম ঃ মুর্দাবাদ— !

পাখণ্ড (২) : মতিক মরলন লায়রবদা শানরম্ব ফ্লাশকি ব্লক !

ময়াম ঃ ফোং ফোং—পঞ্চা—ত্রী—ফুর !

পাখণ্ড : (২) ভাজাউ—মিংলেনবু মরুওক ওলহললখিব চৈরাক—।

ময়াম : Record তুদ—মুৎতসম্নু—।

পা (২) : মায়াপুরগি—স্পিকর !

ময়াম ঃ জিন্দাবাদ— ।

( লৈমহন থোরক Speaker দা—নমস্তে—হায়রগ—খুৎ—চিংনৈ—)

লৈমহন ঃ করম করম তৌরক্কে—?

স্পীকর : খর চোপ্পকই—"নশক উরে—ফরে—, নয়ুম-হল্লো—; অত্নুগ নঙ্গি—ভাজাও মিংচত্তু — সমত্রুগি — শার্শিংন—চাজখিনি,—চেকশিল্লু— হায়ন লক্করকই Hemingway গি—Nobel দা—

লৈমহন : "The old man and the Sea"—দা য়াওব—য়ারীন ভাকপগুম—

স্পীকর : উম, করেম্নরকই—, য়াম্ন—মুংঙাইতে—। ঙাইখো—C. M, মংভমদগি—কনষ্টিট্যুসন শেমলম্ব—Honourable—পণ্ডিতু নিংথিন-হৌদাক্লগ সংবিধান্দ য়াওব—পেন্দব কয়া লৈরিবতু হংব—য়ারোইদ্রা ?

লৈমহন : হংবদি য়াক্টনা, খুম্নিংত্রগ তোকসনু ।

স্পীক : হংতুন য়েংসি—, ময়াম লাংবিনু—তপ্ন—হৌদোকসি—( ঙক্লৈ ) Instrumental music—Sweet Melody ন-য়াকাইবোল-শক—মাইশন-লৌথোক ময়াম্ন খুরুম—তপ্ন—ফি হায়দোক. ময়াম্ন—শৌগৎ—খুৎ—পায়ব, খোঙ ঙাকপ, মশাবু ফাব—মঙক্ত—লেকথদনব শৌগৎ—ফিভম চান মখুৎ নাম থাঙ্গংহন লেপহল্লি—স্প্রীকর+C. M. না নমস্তে—তৌরগা—রা থর—হংঈ মথুৎ—লোম্ন—খুরুখূদক কুন—অতৈম্নু—মতৌ ঙম্নে—। )

সি, এম : রারৌবি য়াদে—ইবুধৌ—, সংবিধান শেম্বদ—লুচিংবিরম্ব পুরেন । পেন্দব রা—অমনীদং হঙ্গৎচগে চানবিতুন তাকপিয়্ন-নশুশিংদা—?

( Speaker—সি-এম হায়য়ু ইঙ্গিৎ-তৌনৈ ) Democratic Republic না মী খুদিংদা—Justice :— ধর্ম্ম—বিচার—সামাজিক—, অর্থ নৈতিক রাজনৈতিক—, পীবিনি—(১), নীংখাতম্ন—খঞ্জব—, থাজব—ফোংদোকপ—য়াহন্নি (২), ফিভব—খুদোং—চাবম্নু মান্নন ফংহন্নি—মী খুদিংদ (৩), ইবিরম্মি—Amendment অমদ—সোসিয়েলিষ্ট—ষ্টেট—ওইহন্নি—,থবকশূব-শিংদ য়ুম্বান চাহনবন পান্দম ওইনি State কি—থবক—খুদিংদ ইবিরম্মি ।

থক্ক ওইনা চশ্বরকইব চহি ৪০ হেল্লে। অচৌ অশাং মফম ৱাংবশিংন উটি উতীন খরবুদি শামু শামুগণ্ডা ওলহন্নব ওস্মি মুমিৎ খরগি মমুংদা-। অতৈ মরাইবক থীব-তীন কাও-লাখ। ক্রোড়দি অচৌ-অশাংগি ফজব কারশিংবু তকথায়হল্লগ শিজনীংলে !

করিদৈনো-সিবো ইধৌ ? কান্নরিব্রা ফজখ্রব সংবিধান্দো ?

সংবিধান (অশিব) : শক্তিপায়ব মফম ৱাংব মীশিংহু হিংচাব ওল্লকপ য়াই, ফুরিংখাও চপনিংলকপ য়াই খন্নহৌদ্রে মতমত্থুদ। মীন ফত্রবদি হিদাক লৈতে। সংবিধানদি সাহিত্য নত্তে।

স্পিকর : ইবুধৌ পুন্নেন অৱাংব ভি-আই-পি শিংন শাওনী লক্লগ তীল্লাইখোম্বী অম তকথায়নব স্টটকি Tractor গুম্বা tank কুম্ব শিজিন্নব, করিগুম্ব কান্দ উনৈ। মহু থাম্ব য়ানব সংবিধান্দ থুজ্জী হাপ্পীরমদব করিগীনো ?

অশিব : মতম—অমম্সুং ফিভমগি মতুং-ইন্ন হিংলিব নখোয়না amend তৌ—. হাপচিল্লু অৱাংপ ককথংলু আহেনব—। ফনস্থ হাপ্পনি, অহিংব নখোয়ন উশিন্নদন—ভূগনি হায়হুন শিজিন্নত্রবদি করি কান্নদগে ? মী অফব থন্নব খুৎলাই থিয়ো—ভোট থাদনদ্রিডৈ—।

স্পীকর : মতিকলৈব অঙম-অখৌ—মফম ৱাংবশিংদন মিত্রং তৌব ওন্নব শক্তি পীবিরগ লৌমী-শিন্মী লায়রব প্রজা শিংদন ফাবৌঙ' চরা অম চাব ফংনবদগী হেন্না শক্তি পীবিদববু Justice রা। অচুম-ৱায়েল্লা ? লায়রব ভোটরশিংদ অৱাংব চৌকিদ ফমখ্রব—সন্ন্যাসি রাবন শিংবু চিংথুনবা লৈখাদ তাহন্নব খুৎলাই, শো মচা অমতস্থু পীবিরম্ব য়াত্রা—?

মান্নরিব চাকয়েন শেনয়েল্লা মন্থবো ? লায়রব মরক্তা বিভীষন সরমাগুম্ব—পুকচেলশেং, মীগিস্নু য়েংব ধর্ম্মলৈ পোকহৈত্রবা ?

অশিব : নখোয়ন খন্নরগ কান্নদোয়েং amendment তৌজৌ নহে—। ঐবু ব্লারেনে, পোখারগে ?

(ময়াম চং হান্নগি মঙ্কমদা হিপহল্লি। Pathetic music না background খোংই)

মৈ - মমথখ্রব মতুংদ—মমলি মমলি তৌরিভৈ মীয়াম (mob) লাংই লাওতুনা—চৎলি—"লুট তৌরুসি—পুকৈদ ফকাইশি" ... .. অরৈব খুৎলায় থাঙ-শীংজং—উতুপ পায়তুন চৎনরি Stage দা য়েং এই—

মী-১ : চাদব—থক্তব যাত্রাও ? য়েংজরো য়ুম য়ুমদ চৎলগ—চেংফু-কোফু-কোট কয়াস্নু—কোগোক কোক্লে—, চেং হরাই মরু অম তাদ্রে। কোৎতব য়াদ্রে কনাই চেংফুদৈনো—? নখোয়না—বাজারদ হায়গৎলো।

মী-২ : শিৎ নাল্লে-ফুরিৎখাও-শেঙ্গাও, ভারুবাক ফিরুবাক—, চেনাল উপু , চেংহি চফু—কনাই য়ুমদ চংসিগে ? কয়—অচৌব খল্লে ? উতুপ-রাতুপ, য়োৎতেক থাংতেক—থাং-তা—অরৈব অফংব পায়রকও।

মী-৩ : অবৈলেত—য়েল্লংন চামিল্লৌ—চামিন্নব হাওবনি, হুমিন্নব মুংভাইবনি—, চরা হেনব য়াদে মায়াপুর বাসী-পুম্ব সরকারগী সনায়াথংনি। মুংশিনসে চান্নসে, চামিন্নসে ইচিন্নাওশা—মান্নব ফিভমদ পুকচেন শেংন-পুকথুদিং পোথাহনসে।

মী-৪ : থবক শুনীংত্রবদি চরা হেনবস্নু খর তম্বিয়ু ইচিন্নাওশা পঙবদগী মাংহনখিব নরল-নথুম নিংশিও, ইকাইব খরস্নু খভনসে।

মী-১ : কনা কনানো হৌনব খওদব ধর্ম্ম লৈতব তোঙান চানীংবদো ফাও ফাও ! মযুমদ চংউ লাঙতুন তাম্লৈ—, চৈনে , ফুনৈ কোককাক—চৈগ—চৈগ— থাঙগ থাঙগ য়াম্লৈ কপ্লৈ—লাঙনৈ—অয়ো—ইমা ! হাংলে—শিরে ... করম্লো করম্লো ? য়েন্নরগ চামিন্নসি—হুংশিনসি হায়ববু কৈদৌন—খংনফম—থোকপগে—?

(মৈ—খর খর ঙানখংলকই—, চৌকি অনী upstage দা থারম্মি—ফম্নগ রাখন তৌনরম্মি—ঙান মাঙন—. মখদাং মথুংন—শৌ—সি—এম লৈমহল—অমদি নিপা মন্ত্রী ২। হৌগংলগ Stage দা কাতু-কারল চংনৈ—রা ঙাংনদন—।)

মন্ত্রী : চাব রাংনতুন খর য়েন শুনরে মফম—মফমদা—। খবরন খর হেক্ষংন পাউতম—ঐখোয়বু ফত্তে—হায়তুন হুঞ্জরবনি—, খরমখৈদি—শোক্ক-পন্নরে—। হুজিক—করি চথসি—হায়বগে ?

সি-এম : খংন চৈনরিব—শাওনরিব মফমশিংতুদ—সিপাই খর পুরগ—কোইচং চং খাম্বিরুব তারে—। কেরানী অম অনী পুবিরগ Credit Card—অরৈবদগি লৌখিব—চাখিব চেং-চাক পোংচৈ পুম্ব অমত্ত মাংহল্লোই-মমল কক্করগ থা ৬ কি মনুংদা সরকারন শিংবিনি শোইদন হায়তুন-মুহোর—নম সহি তৌরগ হেক—হেক পীবিরম্মো—। ( Calling bell খিংই—ইন্সপেক্টর সালাম তৌনি চেল্লক্লগ—।

( তফিং তফিং—ইপা পাখংপ মতো )

সি-এম : য়েংউ ইন্সপেক্টর—নখোয়—খর মন্ত্রীসাহেব মতুং-ইন জীপ ২/৩ থুংলায় পুরগ খংনচৈনরিব মফমশিংদ কোয়রুব তারে—। অয়েম্বদ ঈদি তাদনব তৌব—তায়—।

মন্ত্রী ২ : অতুদি—খর হেন্ন লাংব — রাথোক চাউব মফম-খল্লগ —চংপ—তারে—।

ইন্দ : মম—য়ায়—লাকহৌই—।

মন্ত্রী ২ : ঐখোয় চৎচরুখিগে। নমস্তে!

সি-এম : মঙ্গল—ওইবিরকউ—নমস্তে। (অনীচু কিংলপ চৎখি)

অর।প্নদ—'চেং পীয়ু——চাক লাম্মে"

পান মাইরেল——ওইরস্রু চাজগে।

হৱাই-মহী——পীয়ু-থকে—

চফু-চবোল——পীয়ু-থকে—

মনা-মশীং——চগেম উত্তী—

তগ পীয়ু——লফুগ চাগে—

চগেম পোম্ব——পীয়ু-চাগে—

চুজাক মঙ্গল——শায়গে পীয়ো।

(মন্ত্রী অহুম মাইকৈ অনীদে চেক্লকই মুপো—থবেং থবেং হোন্ন—।)

সি এম : কৈদৌরে-কমদৌবে—?

মন্ত্রী ৩ : সহরদ খিনব গুদাম মথে হাংলম্মে—। মীয়ামদ-য়েম্মোকপ --কোম্নড্রিবসিদ—আফিসার—শো পায়ব থরদি—চেকয়ুম— শাগৎপ-য়াওরম্মে, খিগৎনবদ—থবক্তে পোম্বহনখ্রে।

মন্ত্রী ৪ : বাজারগি—দোকান অয়াম্ব-পোৎলোয়না থৈদোকখ্রে— থর অমদি-ছজিক—য়াওখায়রগ শো ফক্তোক্লগ-য়েম্মোকহৌরে চেং—য়াম, হৱাই থুম থাও দালদা—

মন্ত্রী ৫ : থর লাপ্পা লৈব বাজারশিংদ—দোকান খণ্ডদে—খুন খুনগি কৈ পুক্তে—লনগে—অচৌবমথৈ ফাগৎলুব তারে— য়েম্মোকউব তারি—। মুপীন লৈবাকপুব মতিক চাদে— হায়হনবদি য়াদে।

সি এম : চংড্রিবউদি চংব্রে, চংলুরবনিব হৱক য়ারিব্রা—। চৎপিরু মফম মফমদ চবা হেলহনব য়াদে—। ফিগে ফনেক